**Hantre Hunpham Manipur**
A Manipuri Traveloque
By Khaidem Pramodini Khanganba

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০১

অফোঙবী ঃ খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

মশীঙ ঃ ৫০০

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

মমল ঃ ৬০/-



ফংফম ঃ মণিপুরী চনুরা লৈসেম মরূপ (মচা লৈমা)
পেলেস কম্পাউন্দ, ইম্ফাল
ফোন নম্বর - ২২৯১০৩

লৈমরোল খোর্জৈকোল (লৈকোল)
য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল
ফোন নম্বর — ২২৮১৬৯, ৪৪৯৩৩৯

কেপি স্টুডিও
কাকৈথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল
ফোন নম্বর — ২২১৪৪৬

# ৱাহৈ খরদং

খাইদেম প্রমোদিনী সাহিত্যগী লমদা শক্তাকনিংঙাই ওইদ্রবী শক্লাইরবী অইবীনি। ইং ১৯৫০ দা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক "কবি তর্পন" ফোঙলকপদুনা ইং ২০০১ ফাওবদা ৱারেং, শৈরেং, লমকোয় ৱারী, লীলা, ড্রামা, ফিল্ম স্ক্রপ, ৱারীমচা, অভাংগী সাহিত্য, নোভেলনচিংবা লাইরিক ৩০ গী মথক্তা ফোঙখ্রে। মণিপুরী অইবীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মখল মথেল শুনা ইবা অইবীদি প্রমোদিনী মথন্তনি। লৈখল শুনা লৈ থাই। সাহিত্য লৈকোলগী চপ চাবা মালিনি। মণিপুরগী জি. বি. শো হায়না খঙনরিবা গীতচন্দ্র তোংব্রাগী ইচুম চুম্বা ৱা অমা হায়বদা মীনা শাউগদবা লৈরবদি মনিং মমাং ওম্ব্রেক্লগা হায়য়ু হায়বা মন্ত্রদু অইবীসু চিম্ফল পুই অদুবু হেন্না নুংঙায়রিবদি অচুম্বা ৱা অমা হায়বদা মীনা শাউনি শাউরোই খঙদনা শৎ হেক্তা কিদনা হায়দোকপা গুন্বা অসিনি।

অইবীগী লমকোয় ৱারী "হস্ত্রে হুনফম মণিপুর" খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদগী পারে। মণিপুরী সাহিত্যদা লাইরিক অসিনা অনৌবা মথেল অমা, মহাও অমা ওইরগনি থাজে। লমকোয় ৱারী ইবদা হেন্না চুনবা অইবীনা সরকারগী থবক তৌরিঙৈদা মণিপুরগী চীংগী লমশিং অমসুং তম্পাক্কী খুঙ্গংশিংদা চৎলুবা, থেঙনরকপা উরকপা লমশিংগী অশেঙবা পাওদম, ৱাঙাং-শঙাং, চৎনবী লোনচৎ, য়ুম্বাল-কৈবাল, চাকচা-ইথক পুন্নমক ময়েক শেঙনা পাউদমলি। পাউদমলিবা খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা মহাও লৈ।

অইবীগী লমকোয় ৱারীশিং অমমমতা তাকপগী খুদোংচাবদু তেল্লবা লমায়সিদা লৌজরোই অদুবু শম্লপ্পা পুক্নিংদা ফাওরকপা খরদং ইশাগী মোৎ ওইনা পঞ্জনিংই। "য়োংচাক চরোং" দা হৌখ্রবা ৱারীগী ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা নিংথৌ চরাইরোংবগী মচানিপা পামহৈববু থাঙ্গাল খুলদা থৈখিবগী ৱারীদু নৌহৌন্না নীং শিংহল্লি। তমেংলোং খুঞ্জাওদা চহী অমদা অমুক্তং লৈশা পাখঙতনা শেংদোকপা নোঙ্গাংহৈনা মপুং ওইনা হৌবা রঙ্গাল হৈকোল, অইবীবু মচানুপীগুম খনবা, খুল্লাকপী ইমানা নুংশিনা ফি ইনবীদুনা খুদোল তম্লকপা চীং-তমগী নুংশিবা মরিনা

থম্মোয়দা পুনশিল্লকই। "তুগদৌরবা য়ুমজাও লাইখল তাবা" দা কিম্বুগদৌরবা য়ুমদুগী মরাইবক অমদি অইবীগী হৌশ্রবা পূন্সিদা ওইরকখিবা অবা-নুংঙায়গী ঈচেল নৌহৌননা চেম্বরকই, পূক্লিং নৌরকই। য়াম্না নোক্লীংবা নোকপদি ঙমদবা "শিখ্রবা নুপীনা বালবাদি ওঝা ওইরম্বা" চীংমীশিংগী থাজনবী শিশ্রবা থবায়না চথলি হায়রিবা হৌজিকসু থাজনরিবা "শিরুই চীং" গী বারী, মমাংঙৈদা গাড়ী চঙবা য়াদবা তোংজে মরিলগী লম্বেল হৌজিক্কী মীরোলনদি খঙলরোইদবশিংদু তেনতক্না মরিক চুম্না লাম্থোরকই।

অইবীগী পূন্সিনা কাওবা ঙম্লোইদবা "লটিংখালগী ইবেল মায়ো" না (বারী অসিদি "ইবেন মায়োগী লৈপরেং" হায়দুনা লমকোয় বারীগী লাইরিক ওইনা পুথোকখ্রবনি) লফু চনামদা লেংবা লৈপরেং নুংশিনা খুদোল ওইনা পীরকখিবা, অইবীবু খৌরাংনা ঙাইজবা, লেল্লিবা পূন্সি মরেল, লৌথুপ লৌকোই য়াওদ্রবা ইবেনগী পাউদম্না অপাবশিংগী থম্মোয়দা য়েহল্লি। মাংবা শেংবগী খেন্নবা লৈরিঙৈগী মতমদুদা চীংমীগা তম্মীগা নুংশিননা হঙ্গোয়বা য়াওদনা চাক চামিন্নবগী অমত্তা ওইবগী লীচিংনা পুনশিনবা "শওম্বুং ব্লোক্কী ত্রেনিং" দা শরুাইরবা অমনা ভিজিটর বুকতা "চীংমী নিঙোল অমগা মৈতৈ নিঙোল অমগা য়াম্না নুংশিননা পুখম অমত্তদা চাক চামিন্নবা উবা ঙসিগী অসিনা অহানবনি" হায়না ইশিল্লম্বদু হৌজিক্কী ওইরিবা মওংশিংদদি নুংনাংবা পোক্লকই। অদুবু নুংশি-চানবগী লীপুল অদু অইবীদদি হৌজিক ফাওবা কোমগোম্নদ্রি। অসিদসু নত্রি। কোমলাথাবীগী ওঝা থোমানা অইবীবু মচানুপীগুম নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎতা চাক কৌবা, অপোকপা মশক খঙহৌদবা অইবীনা মপাগুম খঙবা, মৈতৈগী চৎনবীবু থিজিনদুনা হংজদুনা নুংশিনা দখীনা তৌরকপা, লম্বী-থোঙ ফত্তবনা চীংগী নুপী অমদি খুঙ্গাশিংনা থেঙনরিবা অবাবা বড়বেক্রাগী ইপল মুক্ত্যারবু উরগা অইবীনা অপোকপা মপাবু নীংশিংলকপা, অহলগী নুংশিবা বর, আশির্বাদ, চাসাদগী ইমা লৈশীংলাগী লময়ানবা ইরাবোতনা চাসাদ খুলদা লোৎপা, কুংনা হৌরবা তেজবাৎ পাম্বীগী মখোঙদা লেনখিবা, খুলনা মাবু-নুংশিনা লোয়নখিবা, মাগী লৈফম তাকপদা মনা পীগনি লাওথোক্লফাও মনা পামখিদবা, মানা মফম খঙদনা চৎখিবদা উম্না লৈবা উনা লোংথোক্নুনা খুঙ্গাশিংনা কোইথি থিবা, ফংদ্রবদা নুঙায়খিদবা ময়াম, কপ্নীংনা তম্লকখিবা বারী কয়া নৌহৌননা নীংশিংলুরগা অইবীগী পূক্লিংদা য়াকাইরকই অনৌবা তারা অমা, খুৎখৎ অমা, সুর অমা, ভারত সরকারনা লাউথোক্লুবা "পং

খৈ লৈতবা সিজ ফায়ার" অদুদগী। জুন তরানিপালগী তমথিবা থৌদোক অদুনা নীংশিংবগী লায়ুমদা মথং মথং হঙ্গৎনা য়েংখৎলুই। চীংগী অমদি তমগী খুঙ্গং শিং চৎলুবদা চীংমী-ইচিল ইনাওশিংনা লুনা চান্না নুংশিনা থোরকখিবা চীংমী তম্মীগী চেৎশিন্না পুন্নক্লবা মরিদু ঙসিদি ময়ি চৎপা তারবরা? হং লি ৱাহং, ঙরাং নুংশিখিবদু ঙসি হেক্তা নুংশিদবা ঙম্নগদরা? নীংশিংববু খুদক্তা থিং বা ঙম্নবরা? নীংশিংববু লৈরমদ্রবদি, নুংশিববু কাওথোকপা ঙম্নবদি চাসাদগী ইমা লৈশীংলানা লিখিগদরা কুইরবা লৈকোলগী খুইরবা লৈরাংগী ৱারী। অদুনা অইবীনা হায়রি।

"য়োংকী য়োৎক্লিংদি চাথৎপা নাই, কোৎহিলং কারকই অদুগা থম্মোয়গী নুংশি লীপুন্দি শুম চাদে, কোৎক্লিং কাদে, কুইরা কুইরগা উইবা হেল্লকই।"

অইবীগী খুৎই চম্মী। হৌজিক হৌজিক্কী শিজিন্নরিবা লোন্দা পুদানি। হায়নিং বা ৱাদু থম্মোয় শেংনা হেক্তা হায়দোকই। প্রমান পাষ্টে তৌদুনা নাকোইননা ফোঙদোকপদু তৌদে। য়াইঙং মশলা য়াম্না থাকপা মথেল নত্তে। অঙাং অহল খাক্তনা হেক্তা খঙবা লোন্দানি। নুংঙায়রিবদি মদুনা অপাবদা তঙ্গহনবা ফাওদে। চৎলুরিবা লমশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা মহাও অমমম পীবা ঙম্মী, মীৎতা শং শং উহল্লি লোকেল কলর মতাং চানা চানা হাপ্পী মসিমক অইবীগী মায় পাকপনি। "হস্ত্রে হুনফম মণিপুর" অইবীগী পুন্সিদা থেঙনখিবা থৌদোকশিংগী নিংশিং দাইরী ওইহৌরগনি।

মশাগী চহী হম্মুতরামঙা শুরক্লবী অইবীনা মখুৎ অনী চঙনা লাইরিক ইদুনা সাহিত্যগী পোৎথোক লেপ্তুনা পুথোক্লিবা অসিগী থৌনা লিংজেল থাগৎতবা ঙম্লোই। পাঙ্গল ময়েং তারক্লবী তুংগী মীৎয়েং শাম্লক্লবী অইবীবু ঈশ্বরনা থৌজানবিদুনা তুংকোইনা পুন্সিদুনা মখা তাবা লাইরিক কয়া পুথোরকখিগনি হায়বগী আশা তৌরি।

ইম্ফাল।
তাং ২৬। ১০। ২০০১ ইং — ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

# বাহৌদোক

নোংমা ঐগী য়ুমদা লাক্লম্মী লৈখিদ্রবা অরাম্বম সমরেন্দ্র। হায়রিরম্মী, "ওবা! ওবাদি লমকোয় বারী ইকনা খাইদে হেন্না পক্রে। চৎলুদ্রিবা উকদ্রিবা [illegible] অমগী বা ওবানা ইবদু পাক্ররগা মিৎতা শংশংনা উহল্লি। ওবাদা লৈরা গুণ অদুবুনি ঐখোয়না কনকচরিবা? ইবিখো ওবা ইবিখো। তোকপিগনু হোৎনবিখো। হোৎনবা হায়বসে ঐখোয়গীদি লেন্না য়াদে। হোৎনবিয়ু ইবিখো মবা ইথবিখো।"

ঐনা খুমখি "ইবুংঙো! ঐনা চৎলুবা ঐনা খেংনরকপা পুন্নমক লোইনা ইরে। ইনীংঙাই অনৌবা অমত্তু লৈত্রেনে।" মসি চহী ১০রোমগী মমাঙদা শানখিবা বারীনি। মতম অদুবাইদে হৌনা ঐ লমকোয় বারী ইক্লত্রে।

হন্দক্তা ইবুংঙো শরতচান্দ থিয়ামা হায়রে "ওবা! ওবাদি মণিপুরগী কাচিন কোয়া, চীংমান, খুনং খুলা চৎপীরম্বনি য়ৌবিররবনি। অদুনা খুনংগী পুন্সী মরেন করম তৌবগে হায়রবদুগী মরমদা ওবানা ইকনা খাইদে চুমগনি খনজে। ওব্রবদি ওবা খরা ইবিয়ুনে খবরদা হাপ্নবা।"

ইবা খরা হৌরে। নুমিৎ নীনি হমনি কোনবদা সনাইবেম্মা এম. কে. বিনোদিনী ঐগী য়ুমদা লেঙ্কেম্মী। সনাইবেম্মাদা ঐগী অইবা বারীদু পাদুনা তাহনখি। বারীগী মতাং মতাংদা য়াওরিবা খুনজাপিংনা ভাংলক শক্লকপা বাহয় বাতাশিং, খোহোক খোজেল চপ মান্নরা পাই। ঐনা পাখিবদু তাবদে সনাইবেম্মানা "বাবু! নঙ ফাগি জোগাই ইদুনা মতম মাঙহনবা চুমদ্রে। মতম মাঙহল্লনু। মণিপুরগী মরমদা নঙনা হৌজিক ইরিবা অসুম্না ইথখো। নখুৎনা ইবা ওমদ্রগা মী লেজনা ইহল্লু। নুমিৎ অদুমকী নুমিদাংবাইরমদা অমুকী বাকম অদুমক অমুক হন্না সনাইবেম্মনা নীংশিংবিরকখি টেলিফোন্দা।



হন্দক ভারত সরকারনা লাউথোকলুবা “পংখৈ লৈতবা সিজফায়ার” হায়বা ৱাহৌ অদুদৈ থোরকপা ৱাথোক লাম্হোক, ইরাঙ ময়াম নীংশিংলকখি। ঐনা সরকারগী থবক তৌরিঙৈ চীংগী খুঙ্গংশিংদা টুর চৎলুবদা চীংমী ইচীল ইনাওশিং না ঐবু কয়াদা লুনা চান্না নুংশিনা তৌবিরকখিবা। অদুগা ঙসিনা করি?

অসুক কুইবসি পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুরগী মরমদা ইবা কাউথোকলুরে ঐহাক। হৌজিক্তদা নীংশিংলক্লি। খল্লুবদা নীংঙম্নক্তে। ওহ্নোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা। থেঙমন্নসু নীংশিংলকখিদা। হকচাংগী কায়াৎ অয়াম্বনা পাঙ্গল ৱাৎলক্লবা মথৌ নীংথিনা পাঙথোকপা ঙমদ্রবকান। মতাং অসিদনি ইবুংঙো শরতচান্দ থিয়াম অমদি সনা ইবেম্মা বিনোদিনী অনীনা ঐগী কলম মুক হাপ্পীরকপা।

ঙমদা ঙমদা নীংশিংবা খরা খোমজিন্দুনা পাউদমজরি। অশেংবা মমিং মথা কাউথোককখিবসু য়াওরে। পাউদমজরিবা পুন্নমক অসে ইশানা থেংনরকপা, ইমিৎ অসিনা উরকপা, ইনাকোংনা তারকপা ঙাক্তনি। অশেম্বা ৱারী অমতা য়াওদে। লমগী মমিং, মীগী মমিং অশেংবা ঙাকনি। খঙলকপা, উরকপা, থেংনরকপা কোঙ্গায়নি। লোইনমক ইবদি খুৎ য়াদবনা ইথোকপা ঙমদ্রে। খুৎ য়াদদুনা খুৎ অনী চঙনা ইবনে ইশানা অহল মতম ওইশিল্লকপনে নীংবা থুংবদি ওইদ্রে।

ঐনা চৎলুদুনা খঙলকপা খরগী ৱারী অঙম্বা ইথোক্লুনা পাউদমজরি “হন্ত্রে হুনফম মণিপুর” কৌবা লাইরিক মচাসিদা। লাইরিক্কী মমিং অসি করম্না থোনখিবনো? মতম কুইরবগী ৱানি। অহল অমনা তাকপীরম্মী “কাঙজৈ শান্নবদা অমদি খোঙগাওবী বোল শান্নবদা ময়ায় চপ চানা বোল নত্রগা কাঙদ্রুম থম্মী। থল্লিবা মফম অদু হন্ত্রে হুনফম হায়না খঙনৈ। মণিপুর সনালৈবাক মালেমসিগী হন্ত্রে হুনফন্নি, হন্তেফমনি। কল থৌরবা, মথৌনা লৈরবা, মতম অমদা লাম্বা লৈরমদ্রবা ব্রিটিশ সরকারনা লৈবাক কয়া খুদুম চন্দুনা লোইলম ওইনা মখোয়গী মখা পোন্না থম্নম্মী। ব্রিটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাবা লৈতে হায়নরম্লিবনি। অদুক্কী মতীক পাক চাউনা লোইলম পৃথ্বীথুংনা শন্দোক্লম্মী। অদুগুম্বা পাঙ্গল লৈরবা ব্রিটিশ সরকার অদো মণিপুর খুদুম চন্নবা মতুংদগীদি মখা তানা লৈবাক অতৈবু খুদুম চনশিনবা ঙমখিদ্রে। অনীশুবা পৃথিবীগী লানজাওদা জাপান অঙকপা ফংনা ফিরাল মমায় চুল্লম্মী মতীক ময়াই কল্লম্মী। অদুবু মণিপুর য়ৌরকপা মতমদদি জাপান মতীক ময়াই মাঙখি, চমখি জাপান হনখি। মণিপুরগী তোপ তোপ্পা কনখ্রবা ময়াই অমা লৈবনি। কনাগুম্বা লৈবাক অমতনা মণিপুর শোকপা

য়ারোই। ময়া কুমদুনা হনখিনি। হন্তেফমনি হায়বসিনা-পাঙ্গল, লৌশিং পূন্নমক হনবা মফম তেথখিবা মফম্নি হায়দুনা মণিপুরবু হন্তেফমনি হায়নসু খঙনৈ হায়না অহলদুনা তাকপীরম্মী অসূন্না। অহল অদুনা তাকপীরম্বা মরমসি লৈবদগী লাইরিক মচাসিগী মমিং "হন্ত্রে হুনফম মণিপুর" হায়বসি পামজমনদুনা থোনখিবনি।

লাইরিক অসিগী মখুম অমদি মনুংদা য়াওরিবা লাই মায়ামশিং অসি লাইয়েকপা ইবুংঙো অহঞ্জাওনা য়েকপীরকপনি। অদুগা লাইরিক মচাসিবু শকতাকপা ওইনা ৱাহে মঙা তরাদং ইবিয়ু হায়জরম্বদা ইবেম্মা ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীনা হরাওনা ইবিরকখি। লাইয়েকপা ইবুংঙো অহঞ্জাও অমদি ইবেম্মা সুবদনী অনীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

লাইরিক মচাসিদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি
থম্মোয়গী পাউদমনি।
থম্মোয়গী য়াৱানি।

ইম্ফাল

তাং ২৮/১০/২০০১ ইং

-প্রমোদিনী

# হীরম লামাই

# ১

# শওম্বুং ব্লোক্তা নুপীগী ট্রেনীং কেম্প

কেম্প অমা তৌবা তারবদি তৌদ্রিঙৈগা মমাঙদা মাঙজৌননা হীরম খরা মুন্না য়েংশিনবা চঙই। হীরমশিং অদুদি কেম্প তৌগদৌরিবা মফম অদুদা থক্লনবা অফবা ঈশিং মরাঙ কায়না ফংব্রা? কেম্পরশিংনা লৈননবা য়ুমকৈ লৈব্রা? ক্লাস ওইনবা মফম, অমাং অশোয়গী মফম মতীক চানা লৈব্রা অমদি লম্বী থোং ফব্রা?

শওম্বুং ব্লোক্তা মথক্তা পঞ্জখ্রিবা অসিগী খুদোং চাবা নীংথিনা লৈ। ব্লোক অফিস, ক্বাটরনচিংবা শাবদা তৌখিবা চাউরবা পুখ্রী অমা লৈ। মদুদা ইরুজশিন্দে, ফিশু ফিচাম তৌশিন্দে। ঈশিং থক্লবনি হায়দুনা তরু তরু থম্বা পুখ্রীনি। ক্বাটর মরাঙ কায়না লৈ। কেম্পর ৪০/৫০রোম চনগনি লৈবদসু কোম্না চনগনি। শওম্বুং ব্লোক্তা উইভীং ট্রেনীং সেন্টর অমসু লৈ। মদুদা ক্লাস তৌনবা হোল অশাংবা অমসু লৈ। মদু ক্লাস রুম ওইনা শীজিন্নবা য়াগনি। ব্লোক্কী কম্যুনিতি সেন্টরদা খন্না নৈনবা, কলচরেল প্রোগামনচিংবা পাঙথোকপা য়াগনি। ইম্ফালদৈ খ্বাইদৈ নকপা ব্লোকসু শওম্বুং ব্লোক্নি। মণিপুরগী মফম অতৈদগী লাকপদা, লৈবদা চৎথোক চৎশিন তৌবদা, ক্লাস তৌফম্নচিংবদা খ্বাইদগী খুদোংচাবা হেনগনি হায়না খন্নদুনা ট্রেনীং অদো মফম অদুদা পাঙথোকখিবনি।

মণিপুরনা ব্লোক ১৪খক্তনা কোল্লিঙৈগী ৱানি। ব্লোক ১৪দগী মীহুৎ অনী অনী খল্লগা ট্রেনীং পীবনি। মীহুৎশিং অদুদি উইম্যেন সোসাইটিগী চেয়ারম্যেন অমসুং সেক্রেটরীনি। থা অমা চুপ্পা চৎথবা ট্রেনীংনি। মতম অদুগী উখ্রুল ব্লোক্কী মুখ্য সেবিকা মিংলিয়ানিনা কেম্পকী থৌবুরেন ওই। মাগী তেংবাংনবা মুখ্য সেবিকা ৩ লৈ। মখোয় অমনা চাবগী থবক শীল্লি, অমনা ট্রেনীং প্রোগাম মতুংইন্না ক্লাস তৌননবা শীল্লি। অমদুনা নুমিদাংগী খন্ন নৈনবা অমসুং কলচরেলগী থৌরম শীল্লি। মাগী মাগী মথৌ অসুন্না পাঙথোক্লা চৎথখি কেম্প অদু।

শক্লাইরবা মীওই কয়া লাক্তুনা ক্লাস লৌরে। বিভাগ বিভাক্কী অফিসার কয়া লাক্তুনা মাগী মাগী পুনরিবা বিষয়দা তাকপীরম্মী মমুৎ তানা। ডাক্তরশিংনা হকশেলগী মরমদা খঙবদা কান্নরবা কয়াসু তাকপীরে। শক্লাইরবা মীওইশিংগী মরক্তা লৈখিদ্রবা সিনামগী তাইবুংঙো কৃষ্ণমোহনসু অমনি। অয়ুক্তা তাবা গেষ্ট লেকচরর ওইরবদি কেম্পরগা গেষ্ট অদুগা লোয়ননা পুন্না চাকলেন চামিন্নে।



*চীংমী নুপী অমগা তম্মী নুপী অমগা পুখম অমতদা চাক চাম্মিনবা।*

মিংলিয়ানীগা ঐগা ধর্ম্ম তিন্নদে জাৎ তিন্নদে। মহাক্কী জাৎনা মারনি ধর্ম্মনা খৃষ্টাননি। ঐনা হিন্দুনি মৈতৈনি। মদুগী নুমিৎতা চাকলেন চাবদা পুখম কোন্নদদুনা মিংলিয়ানীগা ঐগা পুখম অমতদা চাক চামিন্নখি। ঐখোয় অনীনা চাক চামিন্নবদু উখি তাইবুংঙো কৃষ্ণমোহন্না। ভিজিটর বুক্তা তাইবুংঙোনা ইবিরম্মী অসুন্না—

"This is my first time, that I saw a Tribal Lady with a Meetei Lady dine together in the same plate."

ইবিরম্নিবা অসে তাইবুংঙোনা লেঙখ্রবা তুংদা কোন্না উরকপনি।

---

# ২

# য়োংচাক চরোং

থাঙ্গাল শুরুং অরাং জিলাদা লৈবা খুল অমনি। কয়া চাউদে। মফম অদুদা নুপীশিংগী ট্রেনীং কেম্প অমা তৌবে চৎপনি। অফিস ছুটি থারগা চৎপনিনা নুমিদাংদা থুংঙি। বিডিওনা মৈজাও অমা হৌরগা মৈ তিক্কুনা ঐবু ঙাই লৈরম্মী। বিডিও চিরী কৌই তাংখুলনি। ঐবু হেক উবদা চিরী সাহেবনা হায় " ইচে লাক্লেতনা। লাকও লাকও ইচে সিতা চঙক্লো ঐনা নহোয়ত হায়ত্রাও ইচে শোয়তনা লাকনি। ইচেতিনেকো হায়তোকখ্রপতি খক শোয়কনতপনি।" হায়রগা বিডিওনা ঐবু তরাম্না ওকই।

খোঙ খুৎ চামথোক্লো হায়দুনা লৈশা অনীখক্লা ঈশিং অশাবা পুথোরকই। ঐহাক খোঙ খুৎ শেংদোক্লে। ঙহাক মী লৈরম্বশিং অদুগা ৱারী ৱাতাই খরা শারে। লৈরম্বা মখোয়দু থাঙ্গালগী উইমেন সোসাইটীগী মেম্বর ঙাক্তনি হায়। বিডিও সাহেবনা ইচে ৱারম্মনি পোথারসনু। ঙসি নুমিদাং তৌদৌবা প্রোগাম মখৈ হয়েং তৌরসি হায়দুনা বিডিওনা হায়রে। মদুদা উইমেন সোসাইটিগী মেম্বরশিংদু ঐগা খুৎ শোক্লরগা ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে।

অঙমলা, উইমেন সোসাইটিগী সেক্রেটারীনা "ইচেকি চানপা চাক ইনশাং তোংঙান্না থোংতুনা থম্লপনে। চাথোক্লসি থেঙখ্রকনি" হায়রৈ।

নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরে। অঙমলানা ঐগী তৃম্লনবা ফমুং শেমলি। মী অতৈ অতোপ্পা তাহনদনা লোলপনা "ইচে চাক ইনশাংতু হাওপ্রা চাপা য়াপ্রা?" হায়না হংঙি।

ঐনা খুম্মী "হাওখ্রে। চাবা কৈগী য়াদনি। ওহোক্লা হাওখ্রে।"

"অতো ঐখোয়না থোংপা নত্তেয়ে। মৈতৈ নুপা অমনা থোংপনে। ঐখোয়কি খুনতা মৈতৈ নুপা অমা লৈয়ে। মানা ঐখোয়কি কেম্পকি চাক থোংপা, চা লোনপা, তল হৌপা লোইনা তৌয়ে। য়ামনসু হৈপনে।"

"বিডিও সাহেবনা পুরকপা মীরা?"

"নত্তে। মাতি ঐখোয়কি থাঙ্গাল নুপী অমা লৌতুনা লৈপনে। চহী ১৫রোম খরা হেল্লম্মনি হায়। মহাক্তিনে মৈতৈলোন অমুক্তা ঙাংতে। থাঙ্গাল লোনতমক মঙাংএ। মহাক মৈতৈনে হায়বসে কনাতসু তাথোক্কনুসু হায়পনিকো। মানা হায়পা মতুংইন্না কনাতসু তাকথোকপিতে।"

কেম্প লোইশিনবগী থৌরম পাঙথোকপা লোইরে। থাঙ্গাল শুরূংগী উইমেন সোসাইটিগী চেয়ারমেননি হায় অহল অমা থোরকই।

মখুৎ নাম্মনা য়াম্না নৌরিবা য়োংচাক চরোং অমা পায়। মখুৎ য়েৎ থংবা অদুনা ফি অমা·পায়। অহল অদুনা পুরক্লিবা অদু ঐগী মাঙদা থারিবা টেবল অদুগী মথক্তা থল্লে। অদুগা মখুৎ অনীদু তিংথোরক্লুনা ঐগা খুৎ শোক্লে। অদুদৈ অহলদুনা পুরকপা ফিদু তিংথোক্লগা ঐগী নঙ্গলদা কুপশিন্দুনা ইনবী। হায়—



*থাঙ্গাল ইমানা য়োংচাক চরোং খুদোল তম্বা।*

"ইচানুপী ফি অসি ঐনা পিপা নত্তেকো। থাঙ্গালকি উইমেন সোসাইটিনা পীপনি। ঐতি নঙতনেকো ঐকি ওইনকো য়ামপীনিংপনি। অতুতা নমা লায়রপি ওইপনকো, পীনিংঙাই কৈসু লৈতেপা। য়োংচাক চরোং অসে ঐকি ইংখোলতা হৌপা য়োংচাক পামপীতকি হেকপনে। সে ইচানুপী নঙ হরাওনা লৌকো। নমা লায়রপিনা নুংশিনা পিপনি খনখ্রো।"

ঐসু তরাম্না খুৎ অনী তিংথোক্লুনা লৌই য়োংচাক চরোং অদু থাঙ্গাল ইমাদগী। থাঙ্গাল ইমানা মখা তানা হায়রকই।

"ইচানুপী ঐ নঙোনতা বা অমা হংকেকো। নঙ নখোয়কি নিংথৌ চরাইরোংপা হায়পা মমিংতো তাখ্রপরা? মানা পোকপা মচানীপা নিংথৌ ওইখিপা পামহৈপা হায়পা অতুতি? নিংথৌ চরাইরোংপকি মচা নিংথৌ পামহৈপা হায়পা অতুতি থাংকাল ঐখোয়না য়োকপীখিপনিতো। থাংকাল চেঙ চাতুনকো মহাক চাউখিপনি। থংকাল ঐখোয়কা মৈতৈ নখোয়কা তৎনা থানপা য়াত্রবা মরী অমা নিংথৌরেল পামহৈপনা থনমপনিকো। ইচানুপী নঙসুনেকো মরী অসে মুম্না খঙচিল্লু। নঙপুনেকো ইচানুপীমক্কি হায়না খনগ্রে-তো। নখোয় ঐখোয় কায়নপা য়াতপনি কাউনপা য়াতপনি।"

ইমা হায়রগা ঐ লু লুকথৈ। অহল লমনদা পুন্নরম্বা নুংশি লীপুনবু কনানা থদৎপা ঙমগনি? য়োৎকি য়োৎহ্লিংদি য়োহ্লিং কারকই। চাথৎলি তৎপা নাই। থম্মোয়গী নুংশি লীপুন্দি শূম চাদে, কোহ্লিং কাদে তৎপা নাইদে। কুইরা কুইরগা উইবা হেল্লকই, লীপুন চেৎপা হেল্লকই। থায়নগী লৈরাং অমনবা মল্ল মল্লগা নুংশিবা হেল্লকই।

---

## ৩

# কমলা থাবীগী ওঝা থোমা

তেংনৌপল খুঙ্গং কয়ানি। তেংনৌপল চৎলুবা খোঙচৎ কয়ারক্নি। খুঙ্গং কয়াদুদৈ কমলাথাবীদং হান্না খনগৎচরগা পাউদমজগে।

তেংনৌপল জিলা হায়না মতম অমদা খণ্ডনরম্মী। হৌজিক্তি চান্দেল জিলা হায়না খণ্ডনরে। কমলাথাবী পলেলদগী মাইল ২/৩ লোম চৎলগা লৈবা খুলনি। চান্দেল লম্বী কমলাথাবী ফাওরগা মহা তুরেল লাল্লগা চৎলি। লীৱা চংনীংনা কমলাথাবী খুলগী মনীং পাংনা চৎলগা লৈ। চীংদোং মচা মচা লৈবা খুলনি লীৱা চংনীং। কমলাথাবীগী মতম অদুদা ওঝা থোমানা নিংথৌ ওইরি। ওঝাদো মতম অমদা লীৱা চংনীংগী নিংথৌসু ওইরম্মী হায়। লম্বী থোং ফত্তবদৈ, ঈশিং নুংশিৎ শেংদবদগী লাঈনা কয়া থোরক্তুনা কমলাথাবীদা হোংথরক্তুনা অনৌবা খুল অমা শেমগতুনা লৈখিবনি। নৌনা শেমগৎপা কমলাথাবী খুলগী নিংথৌ ওঝা থোমানা ওইরি।

ওঝা থোমাগী মচানুপী অনী ব্লোক্কী গ্রাম সেবিকা ওই। মমিং সুন্দোরী অমসুং মেমোরী। কোমলাথাবীদা খুন্দারিবা মোয়োন জাতিগী মীওই ঙাকনি। ঙমনু, দুংসা, লীংদিন, অগ্নীস, সংসিল। মখোয় মঙা অসিগী মরক্তা ঙমনুনা মুখ্য সেবিকানি অতৈনা গ্রাম সেবিকানি। তেংনৌপল, চন্দেল, চকপীকারোংগী সেবিকানি। ব্লোক অমমমদা সেবিকা ২/২ পোষ্টিং তৌবনি।

ঐনা তেংনৌপলদা টুর চৎপা খুদিং ওঝা থোমাগী য়ুমদনা নম্না থুংই। অহীং লেক্তুনা লৈ। অফিসকা মরী লৈনবা থবক ইনখাং লোইরবা মতুংদা নুমিদাংদা ওঝা থোমাগা ঐগা ৱারী হেক হেক শুই। ওঝা থোমা ৱারী লীবা পাম্বা মীতানি লীবসু য়াম হৈ। ঐনা ৱারী তাবা পাম্বা থোইদোক্না ফুঙ্গা ৱারী। ঐনা অহীং লেকপা খুদিং ওঝানা উজাওগী উতুপ অকংবা থাদুনা মৈজাও হৌই। মৈজাওদুগী মনাক্তা ফমদুনা ওঝানা নুংঙাই নুংঙাইরবা ফুঙ্গা ৱারী লীবী নুমিদাংগী চাক ঙাইবা ওইনা।



*নুপী ময়ামগা ওঝা থোমাগা ৱা খন্নবা।*

---

ওঝানা লীবীখিবা ৱারী ময়ামদগী অমখক্তং খনগৎচরগা ৱারী মচা অমা ওইনা ইথোকচৈ। ৱারীগী মমিংনা "নূরা শংনু শকহেনবী" হায়না কৌই। ইরিবা অসিদা ৱারীমচাদু মপুংফানা হাপচনীংবনি। মদু খুদোং কয়া চাররোই হায়দুনা হাপচদ্রে। ৱারীদি লাইজনিংথৌ ৱাংবরেন্না অনাল খুল্লাকপগী মমোম শংনুবু মাগী লৈমা ওইনা লৌখিবৈ ৱারীনি। ঐনা ইজবা ফোল্ককী ৱারীশিংগী মরক্তা ঐনা খ্বাইদৈ পামজবা ফোল্ককী ৱারীনি। ফোল্কী ৱারী খরা লাইরিক ওইনা ফোঙজগনি। মদুদা হাপচরগে হায়না খল্লে।

নোংমা ওঝা থোমানা মাগী মাঙ্গোলদা ফম নোক্তুনা হায়ঃ "ওচানি! নঙতিনেকো মোয়োন নিঙোলনে হায়না ঐনা লৌপনিকো। নঙনা ঐখোয়কি খুল অসিতা তোয়না লাকপকো। মোয়োন চাকখুমকি চাক ইনসাং চাপা, হংকোইপা লৈতপা, তুকচপা লৈতপা মসি উপতনেকো ঐ পেনখ্রেনহৈ। ঐনা নঙপুনে মৈতৈ নুপীনি হায়পা খনত্রেতো। নখোয় সিবিকা মখৈসু ঐকি ৱাসি তারো লাউনে।" ওঝাগী ৱাদু তাবদা মোয়োন সেবিকাশিংদু হরাও হরাও চেনশিল্লকই। ওঝাবু কোয়শিল্লগা ফমলৈ।

ওঝানা মখা তারকই, "মৈতৈকী নিঙোল চাকৌপা হায়পা, অমা লৈপতো নখোয় খঙপ্রা তাপ্রা। চহী অমগী মনুংদা অমুকখক থোকপনি।" সেবিকা ময়ামদুনা খঙই খঙই হায়না অমতা ওইনা খুম্মকই।

অদুদগী ওঝানা "কুমসিকি লাক্লিপা নিঙোল চাক্কৌপা অসিতা নখোয়কি ওচানিপু ঐনা চাক্কৌকে হায়না ঐনা খল্লিকো। ওচানা য়াপিরপতি নখোয় সিপিকা ময়াম্না থোংপকি থপক অসি তৌপা তায়কো ওচানিনা য়াপিরক্কতবা য়াপিরক্লোইতরা হায়পতুতি খঙত্রেকো।"

ঐনা "ওঝা অদুদি ঐগী লাইবক ফবনি। ঐ হরাওনা য়াজরে" খুম্মী।

"অতুতি ওচানি ঐ য়াম নুংঙাইখ্রেকো" হায়রগা মখা তাথবকই— "ঐকি নিঙোল নিপাল শুরে। ওচানিকা নখোয় ৭ কা ৮ শুরপা নত্রনে? ঐ নুংঙাইবে নিঙোল ইনাক খুল্লে। ঐনা নখোয় ৭ পুসু য়াওনা চাক কৌকতৌপনিকো।" ওঝাগী ব্রাহয়শিংদু তাবদা সেবিকাশিংদু হরাওজে। মায়থোঙ মকা লাম্না নোকচৈ। হায়রিবা চহী অদুমক্কী নিঙোল চাকৌবা নুমিৎ থোকপদা ওঝা থোমানা ঐবু চাক কৌখি।

ওঝা থোমা অমসুং গ্রাম সেবিকা তরেৎ নিঙোল চাক্কৌবৈ মরমদা খন্নরি ওঝাগী মাঙ্গোলদা। ঙমনু অমসুং দুংশা মখোয় অনী মোরে চৎকে হায়বি। মোরেরোমদদৈ মহোয়না পুরক্কদবা লৈরক্কদবা পোৎতি— কৌটা ঙা, লোকচাওদৈ ব্রানৌ মতোল থেক্লকপা, খোঙখাংদৈ শোইবুম লৈরকপা। মরু ওইবদি অসিতনি। অদুগা সেবিকা অহন্না ককচীং কৈথেল কারুগনি— লৈরক্কদবা পোৎনা মরু ওইনা ঙাক্রা অমসুং চাকলুক লানি। থাও থুম, অতৈ অতৈ মরোইনচিংবসু লৈরক্কদবনি। হায় ঙারীদু কাউনি ইশিল্লু অমনা হায়রকই। গ্রাম সেবিকা ওইবা কুইগ্রিবা অনীনা ইমুং মনুং লম তুনচিংবা শেংদোকপনা মখোয়গী মথৌ ওইরসনু হায়নৈ।

লেপ্নরিবা ইনশাং মথেলদি— (১) ঙাক্রাগা খোঙখাংগী সোইবুমগা থোংবা (২) কৌটা ঙা থোংবা (৩) য়েনগা লোকচাওগী ব্রানৌ মতোনগা থোংবা (৪) ইরোনবা (৫) তোর্ব্বোৎ চমফুৎ (৬) য়েরুম্না শেম্বা পুদিং (৭) হৈ থোংবা।

মখোয় ময়াম্না ওঝাদা হংঙি লেপ্নরিবা থবক অমসুং ইনশাং মথেলশিং অসি য়ারবরা হায়না। য়ানীংদবা অমতা য়াওদে নখোয়না থোংথাকপৈ থবক তৌগদবনিনা নখোয়না ফগদবা য়েংদুনা তৌরো। অচঙবা মখৈ ওঝানা পীগনি হায়।

চাক্কৌবা নুমিৎনি। সেবিকাশিং মাগী মাগী মথৌ পায়নখ্রে। লমতু শেংবা য়াও, চাকখুমদা চঙগদমখৈনা চঙনখ্রে। থোংবা হৌগৎনখ্রে। লৈরং অনী অহুম

পানখৎতুনা মানা মানা থোংগদবা মথেল থোংনরি। অমনা হায় অমনা তাদে। মখোয় মশেল পংলাংতা লাগুই। চাকশঙদু মখোয়না লাগুবদা পুমনীল।

ওঝা থোমা মাঙ্গোলদা চৈ অমা পায় হুই য়েন চঙলকপা ঙাকলি মাঙ্গোল ঝাই অতৈবদুদা চঙদনবা। ঐ লাকপা উবদা ওঝানা নোক্তুনা "ওচানি য়ৌরকলেতনা। ঐতি হুই য়েন চঙলক্কনি হায় চৈ পায়তুনা ঙাক্লিপনি। কুইরপনি মখোয়না থোংলিপা লোইরম্মনি। ওজানিতি অফিস কাপনিনা ঙস্তানা চারমনি। ঐখোয়সু চীংকী মীনিনা চাক ঙন্না চাপনিকো। অতুনকো লোইরল্লপতি চাথোক্লসিকো। ওজানিনা সিবিকা ময়ান্না লাঙলিপা অসিতা চঙতুনা খরা য়েংপিরুকতরা?"

ঐগী ড্রাইভরদা ওঝানা ওনশিন্দুনা হায়খি "ইপুংঙো ড্রাইভোরা নঙ লাকপসি ঐতি য়াম নুংঙাইখ্রেপো। পিপা ঐ ইতোমতা ঙাইরে হায়তুনকো ঝারমপনিনে। ফমতিলসু ঙসি অযুক চকপীকারোংতকি লাকপনিনে। হেক থুংলপকা সিবিকা ময়ান্না নঙ চাক য়েনকতপনি । শেংনা ইরুজরগা লাকও হায়তুনকো মহা তুরেনতা ইরুচপা চৎখ্রি। হল্লক্লনি। নঙকা, ঐকা, মাকা ঐখোয় পিপা অহম শুরেকো। অতু ওইরপতি মখোয় নিঙোলনা খরা য়ামচরসু ফরে হায়পা।"

ওঝাগী মাঙ্গোলদা ঐখোয় ময়াম কোয়না ফমদুনা চামিনৈ। সেবিকা মখৈনা মানা মানা থোংবা ইনশাংনা হেল্লি হাওবা হায়দুনা চাউথোক্লরি নোক্লি নুংঙাইরি। এক পুদিং অমসুং হৈ থোংবনা হাওবা ইহেল হেল্লি হায়রুবদা হরাওমনখিদুনা অমনা লাউরকই। ঐখোয়না জোরহাততা ট্রেনীংতা তল্লকপনি মথোং অসি হায়না। চাক চাবা লোইরে।

সেবিকা অমনা মোয়োনগী থুমোক অমদা মোয়োনগী ফি অমা, লফোই লফাং ফজরবা অমগা হরিবোব চাউখ্রবা অমনে হাপ্লগা পুথোরকই। থুমোক অদু ওঝাগী মাঙদা থমলৈ। অদুদগী ওঝানা "ওচানি লাকও চাকৌপৈ তখিনা তৌরকে। ঐসু নিংথৌ অমা ওইরিপনিনা চোপ্পা য়াতে হায়তুনকো মৈতৈ অহল লমনতা হংতুনা খঙপনিনে। চাক তোক্লকা তখিনা তৌপা হৌনৈ হায়নকো। সে সি ওচানিকি তখিনানে। হরাও হরাও লৌখ্রোকো।" হায়দুনা ঐঙোন্দা থুমোক্তু পী।

ওঝাদা খুরুম্মগা থুমোক অদো লৌই। ঐনা খুরুম্বদু উরগা সেবিকা ময়ামদুনা "মৈতৈকি চৎনপিতা মতুম হায়না তৌনপরা?" হায়না হংঙি। অদৈ মহোয় ময়ান্না ওঝা থোমাদা ওনশিল্লগা "ঐখোয় ময়ামসু চাকৌপা নত্রা? ঐখোয়কিসু তখিনা পীতপা সুপয়া য়ারোই, তখিনা পিতপা য়ারোই" হায়দুনা ময়ামদো য়ৌ য়ৌ তৌশিল্লকই।

ওঝানা নোক্লুনা "ঐতি নখোয়কি ৱাতি খলহৌত্রেকো। লাওসু লাওহৌত্রে কমতৌনি। পিতপা য়াতে হায়রকতি ফমতিলসু মোয়োন পিপা অশেংপনে। নখোয় ময়ামগী তখিনাতি মঙোনদকি লৌরো।"

ওঝাগী বা অদু তাবদগী ফমদিলনা মহাক্না ঙসাই অয়ুক চকপী কারোংদৈ পুরকপা উচানদু মেদামগী দক্ষীনা ওইনা হাপখিনবা উচানদু লৌরুগে হায়না ময়ুমদা চেনখি। ফমদিল চকপী কারোং ব্রোক্কী গ্রাম সেবক্সি। অসুম্না ওঝা থোমানা অপোকপা মপা অমনা তৌবগুম ঐবু লুনা, চান্না, নুংশিনা তৌবীরম্মী। ঐবু পোক্লম্বা ইপা অদো ঐনা য়াম অঙাং ওইরিঙৈ পীশক পীক্লিঙৈদা শিখি হায়। অদুনা ঐ ইপা মশক খঙহৌদে ইপাগী নুংশিবা ফংলক্তে। ওঝা থোমাবু ইপামক্সি খন্না লোয়নরকখি।

হৌজিক্তি ওঝা থোমাদু লৈখিদ্রে হায়না তায়। ওঝা থোমা লৈত্রবা কমলাথাবীদা ঐনা চৎলুদুনা করি তৌনি? ঐগী শক হেক উবদা ওঝানা ওঝাগী মাঙ্গোলদা ফম মমায় ইপাক পাক্লদনা "ওচানি য়ৌরক্লেদনা" হায়রগা নোক্লুনা তরান্না ঐবু ওকপদো অমুক উবা ফংলরোইদো মপোকসিদা। ওঝানা ঐবু নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎতা চাক্কৌরগা "ওচানি চহী খুদিংকি ওচানিপু ঙসি তৌনা ঐনা চাকৌনিকো।" হায়রম্বদো।

---

# ৪

# উখ্রুল খোঙচৎ অমদা ঃ সিরারৌখোং, ফদাং সোমদল, তুইনেম, তোলোই

কুইরে হোস্টাইল য়াম কল্লিঙে ৱানি। ঙসিতা নৌহৌননা নীংশিংলক্লি। সিরারৌখোং, ফদাং, সোমদল, তুইনেম, তোলোই খুল ৫ অসিদা অহীং অমমম লেক্তুনা লৈরকই। মথং মথং ওইনা চৎলকখিবা খোঙচৎনি। তাংখুল লৈশাশিংদি অতিথি সেবা ফজনা তৌই। মশা নাল্লি, তুখোঙ লংই। খুল্লানবা লাকপা মীদু হেক থুংলবগা ঈশিং অশাবা পী। মায় মিৎ তাথোক্লবা খোঙ খুৎ চামথোক্লবা। অদুদৈ চা অশাবা। মথংদা চাক ইনশাং অহাওবা।

চাক তোক্লবা তুংদা খুলগী খুনজাশিংগা লোয়ননা চর্চতা চৎলি। মন্নবনিনা লম্বী উননবা টোর্চ, লালটেনচিংবা পুদুনা চৎনৈ মাগী মাগী লৈজবা মতুং ইন্না। চর্চ অমমন্না চাউবসি ফনা নীংথিনা চাউই। মী ২০০/৩০০ লোম খরা হেন্তক চল্লি। গির্জাশিংদু মী থনকোক তৌনা তিল্লী। মীয়ামদুনা লাইশোন ঈশৈ কয়া শকই। ঈশৈ শকপা লোইরগা ঐগীদমক লাইশোল পাঙথোকপী। ইবুংঙো যীশূগী মফমদা থৌনিবী। হোস্টাইল কল্লবা, মীনা কিন্নরবা মতম অসিদা ঐখোয়গী চাওখৎ থৌরমদা তেংবাংবিগনি হায়দুনা লাক্লিবা মহাকপু ইবুংঙো নঙনা থৌজানবিয়ু তেংবাংবিয়ু। মঙোন্দা খুদোংথীবা অমতা থোকহনবিনু। অশোয় অঙাম য়াওদনা পনথুং য়ৌহনবিয়ু। মহাকপু পূর্ণী নুংশাংনা পালহনবীয়ু হে ঈশ্বর ইবুংঙো। অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা লাইশোন পাঙথোকপী।

অসুন্না লাইশোল সভাদু পাঙথোকপা লোইরবা মতুংদা ঐখোয় হল্লক্লে। হল্লক্লগা উইমেন সোসাইটিগী মিটিং পাঙথোক্লে। ময়াম ইকোয় কোয়না ফল্লগা ৱাফম কয়া খন্নে নৈনৈ। চীংদা নুপী ময়াম পূর্নবৈ থবকসি নুমিদাংদতা মতৌই। মরমদি অয়ুক নুংথিলদদি লৌদা চৎনখি অতে অতৈসু মাগী মাগী মথৌদা চৎনখিবনা য়ুমদা লৈনদে।


*গির্জা অমা*

মথক্তা পনজগ্রিবা পুন্নমকসে খুল মঙামক্তা চপ মাননা অমতা কায়দনা পাওথোকই। অদুনা হনজিন হনজিন ইবা তাবনা কানদ্রে হায়দুনা ইজদ্রবনি। খুল খুদিংদা ফি অমমমসু খুদোল তন্নকই। ঐগী খোঙচৎ অসিদা ব্লোক্কী মুখ্য সেবিকা নেমপী লোয়নদুনা চৎলি। মঙোন্দসু ঐঙোন্দসু চপ মান্ননা খুদোল তন্নকপনি। ঐখোয় নুমিৎ মঙানি চুপ্পা টুর চৎলুরগা ব্লোক হেড ক্বাটরদা হল্লক্লে। নেমপী য়াম নোক্কনবী নুপীমচানি। মাগী ক্বাটরদা ঐগী খোঙচৎ অদুগী থুংফম ওই। মহাক্না নোক নোক্কুনা হায়—

"ওচা ঐখোয় অনীসি মহারাচতু ঙাইরেকো। খুল ৫ কি ফি ৫। খুল ১/১ গী ফি ১/১ মম। মোরোক অকংবা ময়াম অমসু হাপলকপা। অদুগী মথক্তা তোনীংকোক মপুল মপুল। নুংবীদৈ খাং চফু উয়ানসু হাপলকপা।

পোৎয়াম অসিনা গাড়ী পীক থনপকো। হৌজিক্তা নুংঙাইপসে ঐখোয় মঙাইরেকো হা ওচা?"

ঐগী গাড়ী থৌবা মধুনা হায় "চয়োল অমরোম টুর চৎলুবা অসিদা অহাওবতা চারবনিনা হকচাংসি য়াম ফরেবো। নোয়রে। য়ুমদদি ঐগী শক অসিবু খঙলম্নরোইনে। হা নেমপী করি হায়গে?"

নেমপীনা ফাক ফাক নোক্কুনা "তা মধু খরা চেকশিনজৌকো। ইনম্ননা নশক খঙততুনা য়ুমতৈ তাঙ্খোকচরক্কনিকো।" হায়রগা ব্বাম্থ ব্বাম্থ নোকই।

কয়াদা চন্না ফাগি চোগাই তৌনদুনা লোয়নবা। মসি পুন্নমকসে মীনা মীবু নুংশিনবগী খুদমনি। অমতা ওইবৈ ব্বাখল্লোননি।

৫

# খোঙচৎ অমদা শিরুই চীং

শিরুই চীং য়ৌরুই। চীংথক য়ৌনা কাবদি ওন্নক্তে। চীংখোঙ ফাওবদি য়ৌরকই। শিরুই চীংদগী মথং মথং চৎখ্রিবা পরেংদুদা খোঙলম্বীগুম আ য়ৌনা তাবা উই। ঐনা হংঙি চীংদা ঙাংশং ঙাংনা উরিবা চীংলৈপাক অসি মী তোয়না চৎপগী খোঙফন্না হায়না। অমনা খুন্নকই "কতায়তক্কি মীনা চৎপকি খোঙকুল নত্তে। অশিংপে থব্বাইনা চৎপে মফম লৈপনে। মসিতিনেকো অশি লমপীনি। নঙসু ঐসু হয়েং শিরকা মসিকি লমপিতা চৎকতপনে অতুকা লাইকি লৈপাক য়ৌকতপা। নোং ঙাল্লমতাইতকো অশিপনা মৈরা চমতুনকো পরেং পরেং চৎপতো ঐখোয় উরপনিনে। থব্বাইনা চৎপতো ঐখোয় উইয়ে। নোংথী নোংমংবা অহীংতকো খর তোয়না উইয়ে।"

ঐনা হংঙি "ঙাইখো ইপা ৱারী অমতা হংজগে। শিরুই চীংথক্তা চীংদোন্দা পৃথ্রীগুম্বা ঈশিং তুংবা মফম অমা লৈ। মদুদা স্বর্গগী লাইরেম্বী ফিঙৌ শেৎপী ৭ খক হেক হেক পাইরক্তুনা লাক্লগা মফি মরোল থন্নগা উচেকুন্না লুপ লুপ ইরুজরে। ইরুবা লোইরগা মফি মরোল শেৎচিল্লগাঅমুক শোরারেন্দা পাইখৎখি হায়না তায়। ৱারীসি অচুম্বরা অরানবরা ইপানা খঙলবদি অমুক্তা তাকপিয়ুবা।"

"ঐখোয়সু মতুকি ৱারীতো তাপতি তায়এ। অশেংপতি খঙতেনে। নঙতি ৱারীতু কনাকি মফমতকি তাপনো?"

"তাংখুল ইপা অহল অমনা লীবিরম্বনি। ঐনা খঙ্নীংদুনা ইপাদসু অমুক হংবনি।"

"মতো লৈরম্লবসু থায়নকি ৱানিতা। লাইকা মীকা শম্নরিঙৈতা মতুম থোক্লমপা য়াই। হৌজিক্তি ঐখোয় মতুকুমপা অমতা উতে।"

"শিরুই লিলি হায়রিবসি মতম নত্তে শাৎপা হায়দুনা উবা ফংজদ্রে। মসি করম্বা লৈনো। লিলি হায়বদি ইংরেজী মরোলনি থরো হায়বনি। থরোদি ঈশিংদা হৌই ঈশিংদা শাৎলি। করন্না শিরুই চীংদা শাৎপনো?"



*শিরুই চীংগী চীংদোম্দা লৈবা লাইজকোম্দা লাইনূরাশিংনা ইরুবা।*

---

"নখোয়গী তমপাক্তনা ঈশিংদা শাৎপা ঐখোয়কি চীংতনা চীংমায়দা চীংথক্তা লৈকংদা শাৎপা। অতুনা লৈকং থরো হায়নসু মিথোনপনে। শিরুই লিলিতো উনিংলপতি শাৎপা মতমতা অমুক লাকপা তারেকো।"

---

৬

# মশকউদবা তেংনৌপলগী লোক

তেংনৌপলগী মুখ্য সেবিকা ঙমনুনা লোকচাওদৈ খিত্তং হেন্দোক্লগা শোরোক ময়াগী মতাই চীংয়া অমদা মাগা ঐগা লেপমিন্নে। মহাক্না খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই “ওচা লোকচাও অসিকি অৱাং থংপতা চীংচাও অমা লৈপসি ওচা উইতনা। চীংচাও অসিতৈ হাইথরকপা চীংমায়সে য়াম্নসু ঙমপনে, য়াম্নসু চাউপনে, য়াম্নসু পাকপনে। শুকপসু শুকএ উ ৱাসু য়াম হৌএ। মখাদা লোক অচৌপা অমা লৈরমনি হায়নৈ। মসিতা মী অমতনকো চঙপা ঙম্নতে। থাবল ফৱা অহীংতাকো লোকচাও অসিতকিকো মীগী খোনচেলকুমপা, লাউখোংপা, মীকি মীনীল তায় হায়নৈতো। লোক অতুতা মী লৈরমপা য়াই ঙাংনপনি। য়েংনীংপনা, খঙনীংপনা, চৎনীংপনা হায়দুনা ঙমনুনা নোক্লুনা ফ্রং ফ্রং চোংঙি।

ঙমনুতা নত্তনা ঐসু খঙনীংখি। চৎনীংখি মফম অদু য়েংনীংখি।

---

৭

# ক্বাথা খুন সিদুল কাষ্ট খুঙ্গং

লৈখিদ্রবা সলাম ওজা চক্রী তোম্বীনা নোংমা মাগী ময়ুমদা ঐবু কৌই। ঐ চৎলুই। ওজানা তাকপীরকখি "নঙ তেংনৌপলগী মনুং চন্না লৈবা খুল ক্বাথা হায়বদু য়ৌরুরব্রা? মোরে য়ৌরমদাইদা লৈবনি।"

ঐনা য়ৌজরুদ্রি হায়না খুম্মী।

অদুদৈ ওঝানা মখা তাবিরকখি। "ক্বাথা হায়বা খুল অসি মোরে য়ৌরমদাইদা লৈবা কোন্দোন লাইরেম্বীগী খুভম অদু য়ৌফাৎত্রিগুে লমখায় হাইজনফম অমা সড়ক্কী মমাঙ পাংবদা লৈবদু ক্বাথাগী লম্বীনি। মাইল ১০ রোম চৎলগা লৈবা খুঙ্গংনি। য়াম্না লাঙ্গরবা, চানীংঙাই মরাঙ কায়দবা মপুক থন্না চাবা ফংজদবা খুলনি। মেডিকেলগী খুদোংচাবা ফংদবা, লাইরিক লাইশু হৈবা মী লৈতবা, তমফমশঙ লৈতবা য়াম্না শোৎথবা লমনি। নখোয়গী ব্লোক্তগী পাংবা য়াবা মতেং পীনবা খর তৌ। নঙবু কৌবদি মরমসি হায়গে হায়দুনা কৌবনি। অতে কৈমতা লৈতে।"

ওজাগী ব্বা তাবদৈ থিন্দনা তেংনৌপলগী বিডিও, গ্রাম সেবক সেবিকাদা ব্বাফমসি খঙহনখি। ক্বাথা খুনগী মী ১/২ দংসু ব্লোক হেড ক্বাটরদা লাক্লবা খঙহনখো হায়নসু হায়খি। অদুগা মহোয়না লাক্কদবা নুমিৎ অদু ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ ঐ মখোয়বু উননবা লাক্কে হায়খি। হায়নখিবে মতুং ইন্না ঐ মখোয়গা উনখি।

মহোয়গী খুন্দা চহী খরগী মমাঙদা সরকারনা ব্বাটর রিজার্ভর অমা শাবিরম্মী। চহী ৫/৬ শুরে শীজিন্নবা য়াদদুনা লৈবা। কায়সু কায়রে শেম্বসু কনামতা লাকপীদে। তুরেল মচা ২/৩ চেল্লি। মদুদৈ ঙা খরা খরা ফাই। মদু ইশিংলগা নত্রগা খুৎ হুমদুনা ফাই। ঙা ফাননবা খুৎলাই অতে মখোয়গী লৈজদে। মরু মরাঙ অমদি খুৎলাই ব্বাৎপনা চাথোক ব্বাৎপনি হায়। চাবা কোন্নদে।

খুল অদুগী মরমদা অতে অতে ব্বারী কয়া অমসু তারে। খরা লৈরগা মরু মরাঙ য়োৎ, থাংজৌ, শিংজং, নুপা ইল ৫/৬ পুদুনা ঐ চৎলে। ক্বাথাগী লমখাইদা



*ক্বাথা লম্বী*

মখোয় খর ঙাইরম্মু হায়খি। হায়নখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐ ক্বাথাগীদমক খোঙশাল্লে। য়ৌরে ক্বাথা লমখাই। ঙাইরম্মী নহা পাখং ৫/৬ না ঐবু। ঐনা ক্বাথা ফাও চৎকে হায়বদু মখোয়না য়াদ্রে। অমনা হায় "লমপী য়াম ফৎত্রপনিকো। কারী চঙপা য়ারোইএ। খোঙনা চৎপসু য়ৌপা ঙম্মোই। লমপীতা উচ্চুক য়াম লৈপনে। মেম সাহেবতিনেকো খজিক চৎপা ঙম্মোই হায়পা।"

মহোয়না য়াদবদৈ ঐ ক্বাথা য়ৌরক্লে। ঐনা পুবা পোৎচৈ মখেদু মহোয়দা শিন্নরম্নগা নীংবা কায়না ঐ হল্লক্লে। গ্রাম সেবক সেবিকাশিংদা ঐনা পাউতাক পীরম্মী ক্বাথা খুলদা ট্রেনীং কেম্প অমতংদি পাঙথোক্লবা হোৎনৌ। নুমিৎ ২/৩ গীতা ওইরসু। উইম্যেন সোসাইটি, য়ুথ ক্লব খুল অদুদা লিংলবা শেমগৎলু। মেম্বরশিংগী মরক্তে খরা হৈথোই শিংথোইবা, মমিৎ মনা শিংবা ১/২ খল্লগা ব্লোক লেভেলদা তৌবা অশাংবা ট্রেনীং য়াওহল্লু অসিনচিংবা।

হৌজিক ক্বাথা খুলদো করম তৌরমগদগে? করম্বা থাক্তা লৈরমগদগে খঙবা ঙমদ্রে। হন্দক্তা চহী ৪/৫ রোমগী মমাঙদা নুপী অমখক্তা ঋারেং অমা পাউচে অমদা ফোঙখি। মহাক ক্বাথা খুলদা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মমাবোক অমা ক্বাথাদা

লৈ। মমাবোক্তু উনবা চৎলুবনি। মহাক্না জননেতা খুডাইবুংঙো ইরাবতকা ক্নাথাদা উনরকই। নেতা অহীং অমা লেক্রম্লগা চৎখি বারী বাতাই কয়া শানহৌই। খুল অদুগী খুনজাশিংনা নেতাবু নুংশিনা শোয়হৌই হায়না। খবর মচেৎ অদু কক্লুনা থমখিবনি। অদুবু মদু থিবা ফগুদ্রে কদাইদা থমখিবনো হায়বা খগুদ্রে।

---



মবিং খৌশাবা

৮

# মচি চীংশাং মরিংখুল

থৌবাল কৈথেলদৈ খজিক্তুং চৎলগা নোংপোক পাংবদা উরিবা চীংশাং পরেং পল্লেন য়ৌবা ফাওবা উরিবা অদু মচি চীংশাংনি।

ঐহাক মচি চীংশাং চৎলুরে। রাম্মুনি সাহেবকা লোয়ননা চৎলুবা খোঙচৎনি। রাম্মুনি সাহেব কেরেলা মচানি। মতম অদুগী মহাক্কী ফমনা সিক্যুরিটি কমিশনরনি। লেঃ গভনর কোঠ্লিগী মতেং পাংনবা থম্বা ওফিসারনি।

মচি চীং য়ৌবা য়াবা জীব লম্বী মতম অদুদা অমখক্তে হেন্না লৈতে। মদুসু শেম্বা লোইদ্রিবা লম্বীনি। পলেন পাংবা লম্বীদা শোরা হায়বা মুসলিম তাবা খুলদু য়ৌফাৎত্রিঙৈ চীংমৈ অমগী চীংয়াদা হাইগৎলি লম্বীদু। জীব অদু সেকেন্দ গিয়ার পাল্লগা থৌদুনা চৎলি। মচি খুঞ্জাও য়ৌবা ফাওবা নমদুনা চৎলি ঐখোয়গী জীব গাড়ী। গাড়ী চৎপা য়ানবা লম্বী শেম্ল শেম্লগা চৎপনি। মচি খুঞ্জাও য়ৌরে উচীন নাচীন্না। রাম্মুনি সাহেবকী জিবনা মাঙ-থানা চৎলি মথৎদনা ঐগী গাড়ী অদুগী মতুংদনা সিফাই তোংবা গাডী। থৌরম পাঙথোক্কদৌরিবা মফমদু য়ৌরে। মবিং খুনজা মযাম্না তরাম্না ওক্লম্মী।

প্রধান অতিথি য়ৌবক্লবা অদুদা থৌবম পাঙথোকপা হৌবে। মবিংগী খৌশাবা, নাইতোম খৌশাবা, অপুনবা খৌশাবা, পাখং লৈশাগী ঈশৈ— শক শক্তুনা শাবা জগোয অসিনচিংবা কয়া উৎলে। থৌবম লোইশিল্লকপদা ঐগী জিব গাডীদা পুরকপা মখল মখলগী শান্নপোৎ ময়াম, লং মপুল, পেত্রোমেক্সনচিংবদু য়েঙ্খোক্লে। অতৈ অতৈ মহোয়গী অৱাৎ অপা অমদি মখোয়গী অপাম্বা কয়ামা ৱাকৎলে রাম্মুনি সাহেবতা। মদুগী তুংদা চেদা ইরবশিংদু লানশিল্লে। মখোয়গী ৱাকৎচেদুদা খ্বাইদৈ মরুওইবদি মচি চীংশাং থুংনা জিব গাড়ী চৎপা য়ানবা সরকারবু লম্বী শেম্বীয়ু হায়বা অদুনি। মথংনা ঈশিং অফবা ফংদবদগী অৱাবা কোক্লবা খুল খুদিংগী ৱাটর রিজার্ভর ১/১ শাবিয়ু হায়বসিনি।

রাম্মুনি সাহেব খুলগী নিংথৌ, খুল্লাকপা অমদি অতে খুলগী অহল লমনশিংগা ৱারী শারি। ঐনা মরিং নুপী মরক্তা চঙদুনা নুপীশিংদুগা ৱারী শাই।

ঐনা মখোয়দা হংঙি "নখোয়গী নয়া মুসুক মুহল্লিবসি করিগীনে? ফজনা শেংদোক ফেংদোক্তুনা তরু তরু থম্বা য়াদ্রা?"

মখোয়না খুম্মকই "ঐখোয়গী য়া মুহল্লিসিতি ফজনবা মচু শঙপনে। নখোয় য়াতিনেকো লংত্রিক লংই হুই ময়া মানপনে। তুকচৈয়ে। ঐখোয়কিতি মুশুক মুরতনকো য়াম ফপনিকো য়েংঙুসে" হায়দুনা মুসুক মুবা য়াহিদাক হাপ্পা ময়াদু হিগৎলক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলি য়েংহল্লি।



*মরিং নুপা অমা চেঙ খায়বা চৎলি।*

অমনা নুপীশিংদুগী মনাদা য়াল্লিবা নায়ানবীশিংদু য়েংবদা য়াম ফজনা উই। মওং মচু মান্নবসু য়াওই মান্নদবসু য়াওই। ঐনা হংঙি "নখোয়গী নায়ানবীশিং অসি মৈতৈ সনা শাবশিংনা শাব্রা নখোয়গী সিদা অশাবা মী লৈব্রা?" ঐগী ৱাহয়শিংদু তাবদা মখোয় অমতা ওইনা ৱা লাউনা নোক্লকই।

খুম্মকই "নখোয় মৈতৈতৌনা ঐখোয়তি পংতে। নাকীতমক ঐখোয়তি পৈশা তিংতে। ঐখোয় ইশা ইশানা শাচপনে। য়েংনীংপরা য়েংঙো সে" হায়দুনা নুপী অমা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লকই। অদুগা মনাদা চিল্লিবদু য়েংহল্লি। য়েংলুবদা সনা লুপা চারিক, পুহাল নৎলমদ্রে। তীল কাঙ, কৌজেং হারৌ, কাংচেৎনচিংবা অকংবা ঙাক ওইরম্লে।

থৌরম পরেং অদুদা য়াওবৈ মতুংইন্না নুমিৎতুগী অয়ুক্কী চাকলেন মফম অদুদা চাগদবনি। মুংথিলগী পুং ১ তাশিল্লক্লে। থেঙজিল্লক্লবা অদুদা রাম্মুনি সাহেবনা শীল্লি লাঙলিবা কাঙবু অদুদা হংঙি—

— নখোয় চাক চানবদি কদাইদা শীল্লি?

— চাফমপুতি মসিতা ওইপনিনে। অতুপু চাক্তি থোংত্রিনে।

— অসুক থেঙলফাও কবিগী থোংদ্রিবা?

— সাহেব ঐখোয়কিতিনেকো চাক চাক্কতপা মীতো য়ৌরক্ত্রিমখৈ থোংপিতপনে। কিরিকি হায়পতা কিরিকুমপা লাক্তপা থোক্লপতিকো চাক মাঙকতপা। চেঙ খাযপা চৎখিপতো হল্লক্লনি। সাহেব হেক থুংলপা উবগা চৎখিপনি। কুইরে চৎখিবা মখোয় ৩ মায়কৈ তোঙান তোঙান চৎখিপনি। এ লাকপু লাক্লে। এঃ এঃ মখোয় ৩ মক য়ৌরক্লে।

— নখোয়গী চেঙ খায়বসে হান্না খায়দোক্লগা থম্বা য়াদ্রা?

— সাহেব হান্না খায়তোক্লকা থমপসু য়াওপনিনে।

— কবিগী?

— ঐখোয়কি চৎনপিনা য়াতপা। কিরিগীনো হায়পতা হান্না খায়তোক্লকা থম্মকা কিরিগুমপা লাক্তপা থোক্লপতি চেঙদু মপুতা হনজিনপতা মফম মরাঙ খঙলোইতপতো। অতুননি শাউপিকনো সাহেপ।

মদু তাবদা রাম্মুনি সাহেপনা ঘরী য়েংলগা য়াম্না তপ্না ভাব তানা হায়রকই— "হৌজিক্তগী থোংলগা মদু লোইরগা চারবদি ঐখোয় ইম্ফাল য়ৌবদা থেংথ্রনি। ঐখোয় চাররোই য়ুমদা চাকরগে। চেঙ অদো থোংলগা নখোয় চাহৌরো।"

হায়বম্মগা রাম্মুনি সাহেবকা ঐখোয হল্লক্লে। মখোয মযাম ঐখোযনা চৎখিবদু লেপ লেপতুনা যেং লৈহৌই।

---

# ৯
# তোনসেন খুল

তোনসেন সুগুনু লম্বীদে অৱাং পাংনা চগুলগা লৈবা খুলনি। লমজংদি সুগুনু য়ৌগদবা মাইল ৩/৪ ৱাৎলিঙৈদা চগুবনি। মাইল ২ রোম চগুলগা লৈ। কয়া চাউদবা য়ুমনাক য়াম্না তাদবা খুলনি। খুল অদুগী নুপী অমা ফি তুবৈ শিন্দম লৌখি। সরকারনা পীবা মাগী সিউইং মেছীন থিনবা চৎপনি। খুল চাউদবনিনা খুল থুংনা চৎপা ঙম্মী। য়েংলুরে খুল থুংনা চৎতুনা। হল্লক্লগা উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর ময়ামগা পুন্না ফমিন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শানৈ। ঐনা হায়— নখোয়গী খুল থুংনা চৎলুরে, য়েংলুরে। লম্বী থোং য়াম ফত্তে। চৎথোক চৎশিন্দা ৱারম্নি। লম্বী শেন্নবা শেম্ছং খরা পীননবা ঐ বিদিও সাহেবতা হায়রমগে।

মেম্বর অমনা খুম্মকই "ইচে ঐখোয়কিতি ঐখোয় খুলসিতি মীশিং য়ামতবনিনা ৱোক্লা থওইপিতে। কয়ারক হায়চরসু তাপিতেনে।"

ঐনা হায়— নখোয়গী খুল অসিদা ইনশাং নাপী মনা মশীং অমতা হৌদে। মসি করিগীনো? নখোয় থাবা য়াদ্রা? চাবা ওক্লবা থাগদবনি ইংখোল কোইগদবনি। ইউনিসেফনা পীরকপা খুজু খুৎলাই মরু মরাঙ য়াম লৈ। ঐনা শংলগা ঐ থিল্লক্কে। নত্রগনা সেবিকাশিংদা পীরক্কে।

মেম্বর অমনা খুল্লকই— পীরক্কনু অরেমপতা মাঙদুনা তোক্কনি। ঐখোয়কি খুনসিততি থাপা য়ারোই। হৌরোই। ঐখোয় থারমপনি থাবা য়াততুনা তোকখ্রবনি। য়েনকা, ওক্কা শনকা, হেক্তা চাথোকখি। পাম্বীগী মবা ফাওপা য়েনতি হোৎতোক্তুনা চাপনি। অতুনকো ঐখোয় থাতপনিকো।

— শম্বল খাবা য়াদ্রা?

— শম্বলসু ওক্ল শন্না হেক্তা থুদেকপনে। ঐখোয়কী খুনতি ৱাসু য়াম হৌতে।

— অদুদি নখোয় ইনশাংদি চাদ্রে। চাক ঙাক্তা চারে?

— চাক ঙাক্তা চাতে ইনশাং অহাওবা শাথোংপা চাইতনা।

---

১০

# লানবুং অমসুং চান্দেল খুদম

খুল অনীমক চান্দেল ব্লোক হেড কাটর নক্লা লৈবা ঙাক্তনি। লানবুং চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা তমপাক অপীকপা অমনি। চীংগী কারক্তা লম্বী মচা অমা লৈ। মদু লানবুংগী লম্বীনি। ঐনা লানবুং চৎপৈ মরম মফম অদুদা লৈবা নুপী ৫০ গী কেম্প অমা তৌরি। মদুদা ক্লাস লৌবৈ অমদি কেম্প লোইশিনবা য়াওনবা চৎপনি।

খুল অদুগী খুনজা নুপীসু নুপাসু থবক্তা থৱাই য়াউই। ব্লোক নকপনিনা ব্লোক্তা লেক চাবনা নুংঙাইগনি হায়না দুংশানা হায়। দুংশা গ্রাম সেবিকানি। মচিন খরা কল্লি। অদুবু মহাক মচিনগা মখুৎকা মান্নে। থবক ফৈ। মানা মাগী কাটরদা লেকসি হায়দুনা লেকই অহীং অনী। মহাক্লা হায়— "ওচা ওচাকী বেডিং তিংথোক্লনুসি। ঐকী ফমুংদা হিপ্লো মোম্পাক ফিদক অশূবা ঙাক্তা হোংলবনি। মোম্পাকসু তেরাকিনি।"

দুংশাগী ফমুং হিপ্লদা কয়া নুংঙাইবা য়ুমগী ফম্মুংদৈসু হেন্না নুংঙাই।

অয়ুক নুংথিলদনা কেম্পতা চৎলি। নুমিদাংদনা চান্দেল খুদমদা চৎলি। নুমিদাং নৎত্রবদি উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বরশিং উনবা ফংদে। মখোয়দি অয়ুক নুংথিলদা থবক অমা নত্রবসু অমদা হেক্তা চৎলি মথৌ শংদে। চীংগী নুপীশিংদি য়াম ৱাই। মখোয়গী খিত্তং শংঙিবসি নুমিদাংদতনি। অদুনা খুদমগী ৱুইমেন সোসাইটিগী মেম্বরশিংগা ফম্মিন্নদুনা চাওখৎ থৌরমগী মরমদা ৱারী ৱাতাই শানবা খন্ন নৈনবসি নুমিদাংদা তৌবনি।

লানবুংগী কেম্প লোইশিল্লে। খুদমগী উইম্যেন সোসাইটিগী থবক লোইশিল্লল্লে। নোংঙানবা অয়ুক্তা ইম্ফালগীদমক চান্দেল থাদোকলমদাইনি। ঙমনু অমসুং দুংসা অনীনা "ওচা খুদমগী মেম্বরশিংনা ওচাবু খুদমদা অমুক্তা য়ৌরমখো মখোয় ঙাই লৈরমগে হায়। কুইরোই ঙহাক্তনি। অতুকা লানবুংগী মেম্বরশিংনসু ওচাবু চৎখিনু মহোয় লাক্রিফাও ঙাইরমখো য়াম ঙন লাকনি হায়রকই।"



*লানবুঙ অমসুং চান্দেল খুদমগী নুপীশিংনা পান মাইরেন তোর্বোৎ পায়দুনা লেপলি।*

খুদম চৎলে। মেম্বর ময়ামদু তোর্বোৎ পায়বা, পান অচৌবা মরূ পায়বা য়াও পরেং শানা লেপ ঐবু ঙই লৈরম্মী। মহোয় মহোয়না পায়রিবা পান তোর্বোৎশিংদু ঐঙোন্দা হাপকদৌরিবনি হায়। ঐনা লোইনমক পুবদি য়াম্মল্লি। ২/৩ তা মপুগে হায়। মদুদা মহোয় ময়াম্না অমতা ওইনা হায়রকই— "ওচানি পুতপা য়ারোই লৌতপা য়ারোই পান তোর্বোৎশিং অসে মপু তোঙান তোঙাল্লি অমকি পুখ্রগা লৌখ্রকা অমগী লৌপিত্রপতি শাউনকনি। লোইনা লৌকতপনি নুংশিতুনা খুতোল তমপনে হাওনি হায়তুনা পীপা নত্তেকো।" হায়দুনা ষ্টেসন রেগোন মনুংদা হাপচিনখ্রে।

খুদমদৈ হল্লক্লগা চান্দেল বাজার মচাদুদা গাড়ী খামদুনা কুমথরগা লানবুংগী মেম্বরশিং লাকপা ঙাইরি। মেম্বরশিংদু য়ৌরক্লে। মহোয়সু পান, তোর্বোৎ, অৱাথবী অচৌবা অনীগা পুরকই। খুদমগী নুপীশিংনা তৌবগুম্না লানবুংগী নুপীশিং অদুসু মহোয়না পুরকপা পোৎ মখৈ গাড়ী মনুংদা হাপচিনখ্রে।

দুংশাসু— "ওচা ঐনা চকপী কারোংদৈ উচান মোন অমা লৈরকপনে ওচাকি। সিদা খাওসিদা হাপ লৈরে থাঙ্গৎলগেকো গাড়ীদা। চান্দেল খুদমগী সোসাইটি মেম্বরশিংনা লানবুংগী মেম্বরশিংনা ওচাতা পোৎ হাপ্পসে অসিতা ঐসু ইকাইদুনা উচান হাপলিপনি।"

হায়রগা ময়াম বা বা নোকই।

---

# ১১
# শিংকাপ খুল

উখ্রুলগী খোঙচৎ অমদা শিংকাপ হায়বা খুল অমসু য়ৌরকই। শিংকাপ হায়রিবা খুল অসি লীতানদৈসু খরা হেন্দোক্লগা উখ্রুলসু য়ৌদ্রিঙে মরক্তা লৈবা খুলনি।

শিংকাপ উখ্রুল লম্বেলগী খা থংবা মায়কৈদা লৈ। লম্বী অমসুং শিংকাপ অনীগী মরক্তা অচৌবা লোক ওই তুরেল ওই তৌবা অমা লৈ। ঈচেল কন্দ্রবসু লেপ্তুনা চেনবা ঈচেলনি। শিংকাপ য়ৌগে হায়রবদি উখ্রুল লম্বীদৈ শিংকাপ ফাওবা চাউরবা উবোক থোং অমা লৈ উরোক থোং অদু লাল্লগা চৎকদবনি। উরোক থোংদু নত্তবা শিংকাপ য়ৌনবা লম্বী অতৈ অমা লৈতে। ইম্ফাললোমদৈ লাক্লগা শিংকাপ য়ৌরমদাইদা খুনীংথেক চীঙ্গোল অনীথক লৈ। অনীদুদৈ খরা চাউবা চীঙ্গোল অমা য়াউই। চীঙ্গোল অদুদনি এমবুস তোযনা তৌগনবা মফম। অদুদনি সিফাই শিনরিবসি। শিংকাপকি উরোক থোং অদু লান্দুনা চৎলে শিংকাপ খুল য়ৌরে।


*শিংকাপ খুলগী তাংখুল লৈশা অনীনা খুল্লানবা লাকপা মী ওক্কদগী ঙাইদুনা লৈবা।*

হেক য়ৌবগা উইম্যোন সোসাইটিগী মেম্বর ময়াম ঐগী ইনাক্তা পুল্লরে। মখোয়না হায়

— ইচে নঙ ঐখোইকি খুনতা ঙসি অহীংসে লেকখিতপা য়াবোই। নঙকি ঐখোইনা লাংতুনা থমলিপা ময়ামসে চাবকা হনখিকতপনিকো।

— ঐ লেকথোক্তুনা লৈবা য়াদে। হৌজিক হন্নবা

তৌগে গাড়ী থমফম লৈতে। অহীংদা লম্বী শোড়ক অহাওবদা করম্না গাড়ী হুন্দোক্তুনা থমগনি।

— কাড়ীকিদমকততি কৈসু ৱাকনো। ঐখোইকী য়ুথ ক্লবকি মী থাতোক্তুনা শংহনকনিকো। কৈমতা নুংশা থীকনো। অহীংসিমা লেকখ্রোকো।

খুনজাশিংনা অমদি উইম্যেন সোসাইটিগী, য়ুথ ক্লবকী মেম্বরশিংনা য়াদদুনা অহীং অদুমা শিংকাপ খুন্দা লেক্তুনা লৈরকই। তাংখুল লৈশাশিংদি মশা য়াম্না নাল্লি মশকসু ফজে। তৌথোরকপা থবকসু মচু তাই। মী খুল্লানবা লাক্কনি থুংলগনি হায়রবদি। খুল্লানবা লাক্কদৌরিবা মী অদুগী লৈফম চাফম নীংথিনা শেমদুনা কা অমা থম্মী। কা অদু ফজনা ৱাই তৈথোকই। থোং থারুবা পাত্রশিং অদুসু ফজনা শেংনা ফেংদোকই অদুগা মৈগা তাইনগদবা মনীং অদু লৈখোম তয় তয়দুনা ইরং লংনা থম্মী। ঐখোয়গী উসব মেলাগীদা তৌবগুম। খুল্লানবা লাকপা মীগী সেবা তৌনবগীনি হায়দুনা লৈশা ৩/৪ লৈরম্মী। মখোয়দু লোইনা মশক ফজৈ, ফিজেৎ লুই, মশা নাল্লি। মখোয়না থোং থাকপা অচাপোৎ পায়বা কনা অমতনা হঙ্গোইবা পোক্লোই।

মীয়ায় চল্লবী উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর অমনা হায়— "নখোয় মৈতৈতিনেকো শা চাতপনিনা ঐখোয় লোক অমা চেল্লিসিতৈ ফাপা ঙমু শঙ্গুম ময়াম্মা নঙকিতমক চানপা হায়তুনা ঐখোয়না য়োক্তুনা থমপীয়ে। মতো লৈশাশিংনা থোংলগা নঙোনতা পিচনিকো। নঙনা মতু হাওনা কম্না কম্না য়াম্না চাকতপনি।"

চাক তোক্লবা মতুং ঙহাক পোথারিঙৈ পাখং লৈসা খরা লাকই। মখোয়না ঐবু হৌরে কোয়থোকলুসি লম য়েংলুসি হায়না। ঐসু মখোয়না হৌরিবা অদুদা য়াদুনা চৎলি। য়ুথ ক্লবকি মেম্বর পাখং অমনা হায়— "মেদাম এমবুস তোয়না থোক্কনপা চীংকোলতু য়েংনীংপরা?"

— চীঙ্গোলদুদি আদা থাপনা লৈহৌরদুবো। ঐদি মদু য়ৌনা চৎপা ঙম্লোইবো।

— চীংকি লমপীতি কোইনা কোইনা চৎপনিনা শাংপনে। তো সিতৈ চীং মচাসি কারপতি লোইনা উকনিয়ে।

— কদায় সিদৈ চীং মচাসিরাও?

— মাম্লে মাম্লে। চৎসি লাকও যেংলুসে। মেদাম য়েংহন্নীংতুনা তৌপনিতা।

ঐখোয চৎমিন্নবা ৫/৬ অদু চীং মচাদু কাবে। যেংলে পাখংদুনা তাকই খুদোম্বী থিন থিন্দুনা মসিদা লুমতুনা লৈবগা কাপথবকপনি। লালহৌবশিংগী চেনফম্না অসোমদনি অসিদনি হাযনা। খবা লাপনা মখারোম পাংবদা লৈবা খবা শুকপা চীংঙোন অমা লৈ। মদুদি হোষ্টাইল মকোলগী লালহৌলুপশিংগী লৈফম্নি হাযদুনা কিনৈ। মফম অদুদা মী অমতা চঙনদে।

চৎলিবা ঐখোয ময়ামদুগী অমনা হায— "মেম সাহেপ মখোযনা লুম লুমদুনা কাপপতো চীংকোন ওইপনিনকো মখোল হৌএ। ঐখোযকি শিংকাপ খুলসে থক থক নীকপনিকো ঐখোয কিপনা লৈফম খঙতপনি। মপানসু মী অমতা থোক্লতপনিনে।"

———

# ১২

# তুঙৌ খুলদা হোল শঙ্গাবা

তুঙৌ উখ্রুলগী মনুং চন্না লৈবা খুঙ্গং অমনি। খুল অদুদা কমিউনিতি হোল অমা শঙ্গাগদৌরি। ডেভলোপমেন্ট কমিশ্নর বড়াঠাকুরনা শঙ্গাগদবনি। শঙ্গাবা থোকপা নুমিৎ অদুদা কমিসনরনা ওফিস হেক কারকপগা ঐবু কৌশিল্লি। হায় "ঙসি ঐ তুঙৌদা শঙ্গাবা অমা চৎকদবনি। অদুবু থবক অচিনবা খর লৈবা মরন্না চৎপা ঙমলোইদৌরে। ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা নঙনা চৎপা তারে। পূং অমদা শঙ্গাগদবনি প্রোগামগী মতুং ইন্না। অদুনা নঙ হৌজিকমক চৎনবা তৌরো।

কমিসনরনা হায়বা মতুংইন্না ঐ তুঙৌগীদমক খোঙশাল্লে। কমিসনরনা চৎতবে মরম হোষ্টাইলগী ঈরাং কিবদৌনি। মতম অদুদা হোষ্টাইল য়াম্না কল্লি হায়দুনা সরকারনা ওফিসার অমতা টুর লাপ্না চৎক্নু হায়না থিংবনি। ঐদি অকিবা থোইদোক্লা পোক্তে। অদুনা হরাও হরাও তুঙৌ চৎপনি।

তুঙৌ উখ্রুল চৎপা লম্বীদা লীতান য়ৌফাৎত্রিঙৌদা লৈবা খুলনি। লম্বীগী অৱাং থংবা মায়কৈদা লৈ। লম্বীগা চীংগা তাইনবদা লেপ্তুনা রিরি চেনবা তুরেল অথেনবা অমা লৈ। খোঙনুং অদুদা নুং মচা তাই মরক্তুদা অচৌবসু য়াউই। তুঙৌগী মী খর লম্বীদা ঐখোয়বু ওকপা লৈরম্মী। মখোয়না হায় তুরেল অদু লাল্লগা চীংদু কাদুনা তুঙৌ তানবা চৎকদবনি।



তুঙৌ লম্বী

তুরেলসু অথেনবনি জিব গাড়ী লান্দুনা চৎপা য়াগনি। চীংথক্তসু থা অমরোমগী মমাঙদৈ কমিসনর সাহেবকী জিব গাড়ী চৎপা য়ানবা খুলগী মীগা ব্রোক্কী মীগা শেম্মীন্নবনি পুন্না। ফজনা গাড়ী চৎপা য়ারে। ঐগী ড্রাইভরনা গাড়ীদৈ কুমথদুনা মশা চৎতুনা তুরেল খোঙনুংদা কুমদুনা জিব গাড়ী লাম্বোকপদা খুদোংচাগদবা মফম য়েংলুরে।

ড্রাইভর হন্নক্লগা ওক্লম্বশিং অদুবুসু গাড়ী অদুদা তোংহন্নগা তুঙৌ চীং কলচরেল হোল শঙ্গাগদৌরিবা মফমদু তান্না লাকখি। লম্বীদি করি অমুক হায়গনি চীংগী লৈবাক ফ্রোং ফ্রোং লাউবা মদুদা চীংমায়দা লয়না লয়না কাখৎপা চীংসু অঙম্বা। লম্বীদু শাংববুদি য়াম শাংদে।

চীংথক্তা য়ৌরবা কানদদি উরে অপাকপা লম্পাক ফুতবোল শান্নবা য়াবা মফম। হোলনা ফজরম্মিবা তিল্লল্লি মীনা য়ামলিবা। লাকপদা উরকপা থেংনরকপা অদুগা মফমদুদা শিল্লম লাঙলল্লিবা অদুগা ওম্বোক্লা থীনা খেন্নে।

তুংঙৌ চীংমচাদুগী অঙম্বা চীংমায়দা শেম্বা লোইদ্রিবা লম্বী মচাদা ঐখোয়গী জিব গাড়ীনা থৌরকপদু নীংশিংলুরগা তু খ্যাও খ্যাও চুংঙি। হোলগী চঙফমদা মীনা পরেং লেং ঈশৈ শক্তুনা ওক্লম্মী। অহানবদা কমিসনার সাহেব লাক্কনি হায়রগা লাক্তদুনা ঐ ওইনা লাকপদা মীয়ামদু খর নীংবা কায়বা মাল্লি। ঐনা কমিসনর সাহেব লাক্তবৈ মরম শুগাইনা হায়রে। ঐগী ৱাদু তাবদৈ মহোয়না ঐবু তরাম্না ওকখি।

খর অহল ওইবা অমনা হায় "মেম সাহেব লাকপনা ঐখোয় হেন্না হরাওখ্রেতা। হৌচিক ঐখোয়কি হোল শংকাপৈ থৌরম পাঙথোক্লসিনেকো।" হায়রদুনা ঐনা চিফ গেষ্ট ওইদুনা হোল অদু শঙ্গারে। তাংখুল ফি অমা ঐঙোন্দা খুদোল তল্লে। শঙ্গাবা অদুগা মরী লৈননা জগোয়, ঈশৈ, শান্নবা মখল কয়া উৎতৌরি। ঐবু থৌরমশিংদু লোইবফাও য়েংখো য়াওখো হায় মখোয়না।

চাকলেন চারে দেলিগেত ময়ামদু পুন্না। চাবা লোইরগা মথং মথং থৌরম পরেংদু পাঙথোক্কদৌরিবনি। থবক অচিনবা লৈহৌই হায়দুনা ঐদি লোইফাও য়াওরক্লে। তুঙৌগী হোল সরকারনা পীবা মতেংনদি অসুক চাউনা শাবা ঙম্বে ৱা লৈতে। সরকারগী মতেঙগী মথক্তা খুনজাশিংনা পুথোকচবনা অয়াম্বনি। তুঙৌদা হোল অচৌবা অমা শাবা হায়বসে মতম কুইনদৈ মঙজরক্লবা মঙনি। ঙসিদি মঙ অদো মঙফাওনরে হায়দুনা খুনজাশিংনা হায়হৌই।

---

# ১৩

# চাসাদগী ইমা লৈশীংলাগী ৱারী

চাসাদ টুর চৎপদা তেজবাৎ পাম্বী ঙাক্তা হৌবা চীংগোল অমদা চৎলি। মফমদু য়ৌরগা য়েংবা য়াবা মখে য়েংলবা তুংদা বিডিও সাহেবনা মফম অমদা ফমদুনা পোৎথাখিসি হায়। ফম্লবা তুংদা ইমা লৈশীংলাদা "ইমা লৈশীংলা। ইচেনা নেতা ইরাবতকী মরমদা খঙনীংঙি হায়পনি অতুনা ইরাবোতকী মরমদা উহৌবা তাহৌবা মখে ইচেতা শুকাইনা লীরো ঐখোয়সু তাহৌরকে।"

ইমা লৈশীংলা পম্ববা তৌদনা ৱারী লীথবা হৌরকই "ইচানুপী! ইরাবোত অদো মশক ফৈয়ে। ঙৌসু ঙৌয়ে। মশম অদো মুসুক মুপনে জ্বায় জ্বায়সু তাপনে। মানকো মহাক মফম অসিতা হায়পতি খুল অসিতা লৈ হায়পা মী অতোপ্পতাকো তাকথোকপীকনু হায়পনিনে। খুলনা মাপু চাকসু থাকপনে। য়ুম্লাক খুতিংনকো মাকী চরা হুনপনি।

ইরাবোতনকো পায়রমপা মহাক্লা য়াম পামচরমপা, নহা পাখংশিংনসু পামচপা, অঙাংশিংনসু পামখ্রপা পোৎ অতুতি মাগী অপু অখোংপী অতুনিকো। মাকি উপু অখোংপিবু পানখৎলপতি মাকি মনাক্তকো মীনা পূময়োম য়োমপকো। ঐসুনেকো ময়ামতুকি মরক্তা য়াওপনিনে। উপু অখোংপী অতুতা ঈশৈ নুংশি নুংশিপা শক্লকপসিতি নুংশিখ্রেতকো ইচানুপী। ইরাবোতনা ময়ামতুগী ময়ায়তা ফম্লকা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌপতো। ময়ামতুকি হরাওপা মায়থোং মানা থৱাই তানা য়েংচপতো। নুপাতো নুংশিখ্রেতা। কাউপা য়াতেনহৈ ইচানুপী।

উপু অখোংপি অতো মানা চৎপা মফম খুতিংতা পুই হায়। মাকি ইননপা কলম মুক্তাপি অমসু পায়নে মহাক্তি। মাকি উপু অখোংপি অদুকা কলম মুক্তাপি অতুকা অনীতু পুরকা অয়ুক নুংথিলতা চীংমায়তা উখোংতা ফমতুনা লোৎপনি। অতুন্না লোৎতুনা লৈরকা ইপতি লেপ্তে হায়নে। করি ইপনো হায়পা ঐখোয়তি খঙতপনিকো।

অয়ুক নুংথিলততি মা খুল মনুংতা য়ুমতা লৈতে। নুমিৎ খুদিংকী অয়ুক ঙন্তানা চাক চাথোক্লকা কলম, চে, উপু অখোংপী, খরি পুতুনা হেক্তা চৎখি। মাকি খরিতি খুতাং তা শিরিপা অতুকুমপা নত্তে। থপাক্তা পানপা ফুরিৎখাওতা মরি পাল্লগা হাপ্পনি। মদু জিপ খরি কৌই হায়নৈনেকো।

মাতিনেকো নুমিৎ তাত্রিমখৈতি য়ুমতা হনচিল্লক্তে। নুমিৎ তারমতাইকীনে মতম অতুতকো মল্লি মল্লিপতো অতুতা হেক হেক হনচিল্লকই। মাকি অয়ুক নুংথিলকি লৈফমতিকো মনাপূংবা তেজবাৎ পামপীকি মখোঙতনি মরুমতনিকো। মাপু নুংশিপনা ঐখোয়কি খুলনা শেল পামখিতেকো। মতম অতুতকো ইরাবোতপু ফানপা মরী মখোঙ তাকপা ঙমপা মীতা লুপা লীশীং ১০ পীকনি হায়না সরকারনা লাউথোকখিদো। অতুপু ঐখোয় খুলতা লৈপা মী অমতা লুপা লীশীং ১০ পামখিতে মাগী লৈফম তাকখিতে।

মানকো ঐখোয়কি খুল অসিতা থা মরী মঙা লৈরপা মতুংতা নোংমা নুংথিল অমা নুমিৎ খুতিংকা মান্নতনা খরা ঙন্না মমফাৎত্রিঙৈতা হল্লকইকো। অহল খরা কৌশিল্লকা মহাক্কা হায়— "ঐ খুল অসি থাদোকপা তারে। ঐ খুল অসিদা লৈরে হায়বসে মী খঙনবা য়াওরমাল্লে। ঐ পম্বুবা য়াদ্রে। খুল হোংবা তারে।" হায়পিরল্লপা নুমিৎ অসিকি নোংঙাল্লকপা মতমতা মহাক মহাক্কা লৈরমপা কা অতুতা লৈবমত্রে। মাকি মপোৎ মচৈমখৈসু লৈরমত্রে।

নোং ঙাল্লকা খুলকি মী পুন্নমক চঙতুনা ৰাতি ঙাংথোক্তনা মাপু কোয়থি থিখি। মাকি পোৎথাফম ফমফম তেজপাৎ পামপী ঙাক্তা হৌপা লোকমায়কি চীং মায়তুতা হন্না হন্না উশা হাইতোক হাইতোক্তুনা থি। অদুপু ফংপা কৌপতি লৈখিত্রেকো। মতৌ অসুম্না ইরাবোত অতো মফম মরাঙ খঙতনা মাঙখিনে। ইচানুপী নীংশিংলুপতনে মাপু ইমাতি কপনীংখ্রেতা।"

---

# ১৪

# তুমুয়োন খুল্লেন

অহানবদা লেঃ গর্ভনর কোহ্লিগা মথংদা গৌজাগীন সাহেবকা ডেভলপমেন্ট মিনিষ্টর ওইরিঙৈ চৎখি তুমুয়োন খুলেন।

অহানবদা লেঃ গভর্নর কোহ্লিগা লোয়নদুনা চৎখি। মদু ৱাটর সপ্লাই স্কিম অমা শঙ্গাবৈনি। তুমুয়োন খুল্লেনগী অহানবা চঙফম উবদা খল্লি মফম অসিদবু করম্না গভর্নর লাকউ কৌরিবনো হায়না। থৌরম পাঙথোকফম য়ৌরগদি অঙকপা ফংনা মীয়াম তিল্লম্মী। গভর্নরবু তরাম্না ওক্লম্মী। ৱাটর সপ্লাই স্কিম লৈবা মফমদু চৎপদা ৱাগনি হায়দুনা লেডী গভর্নর কমলা কোহ্লিগা ঐগদি লৈরম্মু হায়দুনা লৈহৌরে। গভর্নরদি মশা চৎলগা শঙ্গারুই।

থৌরম হৌরে। জগোয় কয়া শারে, ঈশৈ শক্লে, উৎপা য়াবা কুম্মৈ কয়া উৎলে। থৌরম লোইশিল্লকপদা মনা মথুম ময়াম লেডী গভর্নরনা য়েঙ্থোকই। য়ুথ ক্লবকী অমদি উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বরশিংদা মরুওইনা শান্নপোৎ, ফুতবোল, ভোল্লীবোল নেটনচিংবা, অদুগা ঈশৈ নোংমাইগীদমক গীতারনচিংবসু য়াওই। পেত্রোমেক্সনচিংবা পী। নুপী সোসাইটিগী মেম্বরশিংদনা লং মপুল মপুল পী। পীরল্লিবা পোৎচৈশিংদু ঐখোয়গী ডিপার্টমেন্টনা শীল্লি। পুবনা ঐনা ঐগী গাড়ীদা হাপ পুদুনা চৎলি।

থৌরম লোইরগা চাকলেন অমা চামিন্নে পুন্না। অরাকপা মী মখৈসু লৈরম্বা মী মখৈসু। চাবদুদা লেডী গভর্নর মিসেস কোহ্লিগা ঐগা থংননা ফম্মী। ঐ ঙহাক ফমদি ফল্লগা চাদে য়েংদুনা লৈ চানবা ময়ামদু। করম্বা ইনশাংনা হান্না লৌরগা চাসিগে খল্লি। অহাও অহাওবনা ময়াম প্লেট ফজবদা হাপ্পা ময়ামদু চারিঙৈদা নীংশিংলকখি থায়না মমাঙৈদা স্কুল তমলিঙৈ। স্কুল তম্লুবা হল্লকপদা চরা ৱানখিবদো। পুখম মপান কায়বা অমদা তুমাই চাকঙাং অকনবা, নুং তেঙ্গোৎতা হাপ্পা শৌগ্রী থোংবা মোরোক অতেকপা হিংমেৎ। হৌজিক চারিবা অসিগা কয়াদা খেন্নগ্রবা? ঐমুক লাইবক ফবা কনা লৈরমখিগদগে খনখি।



*তুমুয়োন খুল্লেন্দা শান্নবা।*

চহী খরা হৌখ্রতুং গৌজাগীন সাহেবনা ডেভেলপমেন্ট মন্ত্রী ওইবা কান্দা সাহেবকা লোয়ননা অমুক হন্না চৎলুই তুমুয়োন খুলেন। হন্দক মুক্তি হান্নগী থৌরমগা খেন্নে। খুল ১০ মুক হেনবনা পাঙথোকপা নুমিৎ ৫ নি চৎথবা কলচরগী ওইবা অচৌবা উসব মেলা অমনি। অরাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা খুল ১১ না পুন্না চৎথবা থৌরমনি। চহী চহীগী ওইনা খুল হোং হোংদুনা পাঙথোকই। জগোয়, ঈশৈ চাংদমনৈ। খুলগা খুলগা মীচং মীচং নাইনদুনা, হায়বদি টিম টিম শেন্নদুনা শান্নে। ফুটবোল, হোকি, ভোল্লিবোল য়াওই। অতৈ অতৈ শান-খোৎনবা লমজেন, চেনজোং মাংজোং অমতা চিৎথদে। খুল অমখক্তি গাড়ী ফংদদুনা মখোঙনা লাকপদা খুলদুগী টিমদি য়াওবা নংহৌদ্রে হায়দুনা মথৱাই য়াম নুংঙাইতনা হনখি।

মন্ত্রী গৌজাগীন সাহেবনা লোইশিনবগী থৌরমদা মনা মথুম য়েঙ্গোকখি প্রধান অতিথি ওইনা।

মন্ত্রীগী তুং ইন্দুনা মাও মরামগী খুল পুদুনামৈ, পুনানামৈ, পাউমাতা, শোংশোং লাইনচিংবা য়ৌরকই। মন্ত্রীদা খুলনা ফি খুদোল তন্নকপসু য়াউই। মন্ত্রীনা টুর হল্লকপদা মাগী য়ুমদা চা থকলুখিসি হায়দুনা থকলুই। মদুদা মন্ত্রীনা খুলনা প্রেজেন্ট তৌরকপা ফি ঐগী শরূক থুংঙকই। ঐনা থেংনজরকপা মন্ত্রীশিংগী মরক্তা গৌজাগীন সাহেবতনি ফি খাইরকখিবা।

———

## ১৫

# তমেংলোং খুঞ্জাও অমসুং খুল্লাকপী ইমা

তমেংলোং চৎপা অহানবা খোঙচৎনি। অবুংবনা ঐবু লমজীংদুনা চৎলি। ইম্ফালদৈ মাইল ৭৩/৭৪ চৎলগা লৈবা তমেংলোংনি। তমেংলোং য়ৌগদবা মাইল ২০ লোম ৱাৎলিঙৈদা লমখাই অমা লৈ। লমখাই অদু থোং মচা অমা লাল্লগা লৈবনি।

অবুংবনা হায় "মেম সাহেব। মফম অসি তমেংলোংগা থারোনগা অনীগী লমখায়নি। অৱাং পাংপতা লৈরিবা লম্বী অসিনা থারোন যৌপা লমপীনি। অদুগা মখা পাংপতা লৈরিপা লমপী অসিনা তমেংলোংকি লমপীনি। থারোন লমপীসি মাইল ৫ রোম চৎলগা থারোন শুরুং লৈ। শুকং য়েংপা তমেংলোংকি মী য়াম্না চৎনপনিনে।"

শুরুং পল্লকপা অদুদা খঙনীংদুনা ঐনা "শুরুং হায়রিবসি কয়াম চাউবা জাৎনো? লমহুই মখুলগুম্বা জাৎলা? অচৌবা মী পোং চঙবা য়াব্রা?" হংঙি।

অবুংবনা খুমলকখি, "মেম সাহেব হাইফেৎ চাউমাল্লে। ঐমক্তি মফম অদুতা চৎলুত্রিনে। মীনা হায়নপতৈ তাপনিকো শুরুংতুতা মমল য়ামপা নুংকাসু ফংঙি হায়নে। অতুকা শুকং মনুংতুকি লমপীসু য়াম শাংঙি শেকপী অঙৌপাকাসু লৈ হায়। শুরুংতুকি অতোপ্পা ৱারী অমসু লৈয়ে।"

ঐনা হায়, "লৈবদু লীবোনে খঙলদি। তারসি হায়বা চা থক্তুনা পুংখায়মুক্তি পোৎথাবা য়ারি হায়বা। মফম অতৈদসু পোৎথারক্তে। তমেংলোং য়ৌগদবসু খিত্তা মঙায়রে।"

"ৱারীতু অচুমপা ওইরিত্রা মতুমতি খঙত্রেকো। পাখং অমকা লৈশা অমকা লৌনসি লৈনসি হায়তুনা শুরুংতুতা ৱাশরুসি হায়নকো চৎলি হায়নে। পাখংতুনা মহাক্লা হান্না মনুং চংতুনা য়েংলুখিকে অতুকা মানা থোরক্লুকা মখোয় অনী

চংমিন্নসি হায়রমগা চংখি হায়। পাখং অতু অমুক হন্না থোকরকখিত্রে। লৈশা অতু নীংপা কায়তুনা কপ কপ ময়ুমতা হল্লকখি হায়নপা লৈএ। অতুনা ঐখোয় কপুই অহল লমন্নকো লৈশা পাখং পুন্না চৎলকা শুরুং য়েংপা থিংপনিনে।" হায়রগা অবুংবনা তমেংলোং য়ৌবা থেংগ্ননি হায়দুনা লাকখি।

নুমিদাংবাই মমলি মমলি তৌবা অদুবাইদা ঐখোয় তমেংলোং য়ৌরে। অবুংবনা হংঙি "ওজানি কতাইতা থুংসিকে? বিডিও সাহেপনপুতি আইবিতা লৈনপা শোয়তনা শীল্লমকনি। অতুতা ঐতিনেকো ঐখোয়কি য়ুমতা থুংহন্নীংপা।"

ঐনা খুম্মী "ঐসু নঙগীদা থুংনীংই। নঙগীদা লৈবা পাম্মী। বিডিওদা পাউ পীরম্মসি অদুগা নখোয়দা চৎলসি লৈরুরসি।" অসুন্না হায়নদুনা ঐখোয় অবুংবগী ময়ুমদা চৎলে। লম্বীদা অবুংবনা মহোয়গী মবোক হনুবীদু য়ান্না হরাওজরনি ওচানিগী মশক য়েংনীংই হায়বনি হায়।



*খুল্লাকপী ইমানা ফি খুদোল তন্বা।*

তমেংলোং খুঙ্গাওদনি। খুল থুংনা চৎলুরে য়েংবা য়াবা মখৈ চিৎথদনা য়েংলক্লে। খ্বাইদৈ ফজবা, মহৌশাতকি ফিজোলনা লৈতেংবা চীমায় অমদা ঙাম্বোইদুনা লৈরিবা নোঙ্গাং হৈকোলদুনি। তমেংলোংগী কবুই ইপা ইপলশিংনা "রংঙাল হৈকোল" হায়না কৌনৈ। চৎপমখৈ চৎলুরগা হল্লকই ইমা খুল্লাকপীগী য়ুম অবুংবগীদা। য়ুমদো ঐখোয়গী থুংফন্নি। হনু মাইন্নে চল্লবী চহীগী পোৎলুম্না নল্লবী ইমা খুল্লাকপীদো মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা প্লেট অঙৌবা অমা লৈ। মখুৎতা থাঙ মচা অমসু পায়। অরাথবী ৪/৫ সু মনাক্তা তাদুনা লৈবা উই। ইমাদো ঐখোয়না হল্লকপা ঙাইরম্বনি।

ঐখোয় হল্লকপা হেক উবদা ইমাদো অরাথবী খোকপা হৌই। খ্বাইদে চাউবা ফজবা অমুনবা অমদি খোকপদা য়াওদে খাক্তুনা থম্মী। ঐনা খল্লি ফজবা অসিনা খাক্তুনা থমলিসি করিগীনো হায়না। অখোকপা অরাথবীশিংদু অবুংবনা য়েল্লি ফল্লিবা ঐখোয় ময়ামদা। য়েন্না য়েন্না অবুংবনা হায়—

"ওচানি হৌজিক ঐখোয় অপোক্লা হায়খিশিংতো ওচানি চৎপতা ব্বারন্ননি। অতুনা অরাথবী অমুনপা অইংপসি চারপতি অরাপা খর ফকনি। পীজনীংতুনা তৌপনি। চীংমী ঐখোয়কিতি অথুম অহাও পীচনবা লৈতে শিকুমপসি নত্তনা হায়রিপনে।"

নুমিদাংগী চাক তোক্লবা মতুংদা অবুংবনা ওচানিগীদমক খুলনা জগোয় অমা শীল্লি। মদু য়েংঙুসি হায়দুন লমহাং অমদা ঐখোয় চৎলি। মদুদা তিল্লম্বা মীয়াম অদো অঙকপনি। ঐখোয়না সুম য়েংবদদি উ ব্বা জঙ্গল চীং ঙাক্তা উই। কদায়দগী লাক্তুনা তিল্লল্লীবা মীয়াম্লো ঙকখি। থাউমৈ থান্দে লম্পাক অদুগী ময়ায়দা হৌরিবা মৈজাও অদুতনি। মফমদো মৈজাওদুগী মঙালনা নুংথিলগা চপ মান্নে। ঐখোয়না মফমদুদা হেক থুংবগা জগোয় হৌই। ঐখোয় থুংলবা ঙাইদুনা লৈরম্বা ওইরমাল্লে। হেক থুংবগা জগোয় হৌই। নুপা নুপী পুন্না ৭৮ নি জগোয় শারিদু। মৈজাওগী অকোয়বদা পরেং লেংদুনা শাই। পাকখ্রবা লম্পাক অদো পুমথল থল্লি। ইম্ফালদা ষ্টেজদা ৫/১০ শাবা জগোয়গদি ওহ্যোক্লা থীনা খেন্নখ্রে। ফিজেৎনা লশিং অঙাংবনা সাবা ফি ঙাক্তা। জগোয়দো কয়াদি ফজখ্রে জুম-জুম, জম-জম, মীনা পুমথল থল। খনখি মসিনিদনা চীংগী ফজবা শুমহৎনিংঙাই ওইবা হায়বদো। অদুক ফজবা দৃশ্য অমুক হন্না পুন্সীসিদা উরক্কনি হায়বা থাজখিদে। খনখি স্বর্গদৈসু হেল্লম্বা য়াই।

মথংগী নোংঙানবা অয়ুক্তা ঐখোয় ইম্ফাল থোক্লনি হায়দুনা ফমুং ফান্নুং নচিংবা য়োমশিনবা লোইরে। মরক্তুদা খুল্লাকপী ইমানা চাউরবা দাবু অমা চিংবোই থাংবোই তৌদুনা ইমুংদৈ পুথোরকই। দাবুদুদা য়াওরম্বা ফি মখৈ অমমতা ওইনা লৌথোক্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। ইমা খুল্লাকপীগী লুহোংবদা ইমাগী অহল লম্মন্না মচাইদমক খুদোল তন্নকপনি। নীংশিং খুদম ওইনা খুল্লাকপী ইমানা থমজিল্লিবনি হায়। ফিয়াম অদো লশিং অঙাংবনা শাবা ঙাক্তনি। হৌজিক্তি লশিং অঙাংবা ফংদ্রে কনামতনা অদুগুম্বা ফি শানদ্রেসু হায়। ফি ময়াম অদুগী মরক্তগী অমা লৌথোরকই। শাবা কুইদ্রিবা মাল্লি অহনবা ওইরমাল্লে। ইমা খুল্লাকপীনা ফি অদু তিংথোক্লগা ঐগী নঙ্গলদা কুপশিনবী ইনবি। ঐনসু ঐঙোন্দা পীরিমাল্লে খন ফিদু মওং তানা ইনশিল্লে। খুল্লাকপী ইমানা মোমোন নোক্তুনা চেপথ চেপথ ঐঙোন্দা য়েংই। অদুগা

করি করিনো খরা ঙাংখিবা তায়। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই ইমানা হায়খ্রিবশিংদো। লৈখিদ্রবী অবোক্কী মচানুপীদো ফিদু ঐনা ইল্লগনা অমুক্কা হেন্না মাল্লে হায়রিবনি হায়না। খুল্লাকপী ইমানা ফিদু ঐঙোন্দা খুদোল তন্নকখি।

খুল্লাকপী ইমাদো ইমুংদা চঙখ্রে। য়োংচাক চরোং অমনা মখুৎ নামদা পায়। মখুৎ নামনা ঙরাংগী খোকখিদবা অব্বাথবী অমুনবা অচৌবদো কোন্দুনা থোরক্লে। অদুগা য়োংচাক চরোং অদুগা অব্বাথবীগা অনীদু ঐঙোন্দা পী। ঐনা কোক খরা নোম্বুরপ লুকথরগা ফিগাও শাদুনা লৌই। ঐগী কোক্তা নানবী নুংশিনা খুল্লাকপী ইমানা। ঐনা পায়রিবা ব্যেগ অদু হাংদোকউ হায়বৈ ঈঙ্গিৎ তৌরকই। ঐসু ব্যেগ হাংদোকই। অদুগা মখোক মতেক অমা য়াওরিবা নোঙ্গাংহৈদু লৌথোকই। ঐগী নাপ্পদা থেৎপী। শংত্রিক মমিৎতা মপি ঈরা চেন্না মুন্না য়েংলগা করি করিনো খরা ঙাঙখি। অদুগা হৈদু নাপ্পদগী অমুক লৌথোক্লে। হান্নগুম য়োমশিনবিরগা অমুক ব্যেক্তা হাপচিনবিখ্রে।

খুল্লাকপী ইমানা ঙাঙখ্রিবশিংদো অবুংবনা অর্থ হন্দোকই— নোঙ্গাংহৈদুনা লৈরিমখৈ খুল্লাকপী ইমা হিংলি। করিগুম্বা মাঙখ্রবা নত্রগা পুমখ্রবদি ইমা খুল্লাকপী শিখ্রে। তাইবংপানবা অসিদা ইমা খুল্লাকপী লৈত্রে হায়না লৌকো হায়রিবনি হায়না।

ঐগী মিৎ পিগী ঈরা চেল্লি। খুল্লাকপী ইমাগীসু অদুমঙাই। পি তৈথোকই ঐসু ইমা খুল্লাকপীসু। লেপতুনা লৈহৌরে মাঙ্গোলদা খুল্লাকপী ইমাদো মপি তৈথোক তৈথোক। ঐবু য়েংদুনা ঐনা চৎখিবদো য়েংদুনা। ঐসু ইমাবু তুং হন্না য়েং য়েংদুনা চৎলি। পি তৈথোকই জীব গাড়ী মনুংদা লেপ্পা লৈতনা চেনবা গাড়ীনিনা খুল্লাকপী ইমাগী মশক উখিদ্রে।

অসুম্না থাদোক্লম্লে তমেংলোং, থাদোক্লম্লে নোঙ্গাং হৈকোল। লৈহৌরে খুল্লাকপী ইমাদো।

য়ুম য়ৌরবা তুংদা নোঙ্গাংহৈদু ফজনা নুংশাদা ফৌদোক্লগা কংহন্দুনা থমখি।

---

# ১৬

# হাওচোং নুংপাক

হাওচোং খুল তমেংলোং জিলাগী মনুং চন্না লৈবা খুল অমনি। হাওচোং চৎনবা লম্বী অনী শুই। তমেংলোং লোমদৈ চৎপসু য়াই। ইম্ফাললোমদৈ চৎপসু য়াই। ইম্ফাললোমদৈ চৎলগনা কাংচুপ ফাওদুনা চৎকদবনি। কাংচুপ পাংনা গাড়ী থৌরে। লম্বী লৈ, কয়া মী চৎনদবা ওইনা তৌই লম্বী ফত্তে। কাংচুপ চীংদৈ নোংচুপলোমদা খরা হাইথরগা। খোং মচা কয়াদি চাউদবা অথেনবা ৩/৪ লাল্লি। তুরেল খোঙনুং অদুদা লৈরম্বা নুংজাও, নুং মচা কয়া অমনা গাড়ী থৌবদা অপনবা ওই। ঐখোয় চৎলিবশিং অদুনা কুমথ কুমথদুনা শেল্লগা গাড়ী থৌদুনা চৎলি। মাইল ২০ লোম শাংবা লম্বীনি। মাইল ২০ গী লম্বী ওইরবসু মতমদি মাইল ৬০ রোম চৎপৈ মতম চঙখি। উচিন নাচিন্না হাওচোংদি যৌবে।

হাওচোংদা ঐখোয়বু ওক্লম্মী পালমৈ অমসুং অশাংলিয়ু অনীনা। পালমৈ তমেংলোং ব্লোক্কী গ্রাম সেবকনি। অদুগা অশাংলিয়ুনা গ্রাম সেবিকানি। ঐহাক হাওচোংদা নুমিৎ হুমনি লেক্লুনা লৈরকই। হুমনি অদুদা ডিপার্টমেন্টকা মরী লৈনবা থবক কয়া পাঙথোক্লম্মী। মদু তমজরবোই। হাওচোং নুংপাক্কী মরমদতা মতমজবগে।

য়ান্না ৰানা চীং লম্বীদা খোঙনা চৎতুনা য়ৌরে হাওচোং নুংপাক লৈফম চীং মচাদো। চীংদুম মচা অমগী নোংপোক পাংবা চীংমায়দা লৈ নুংপাক অদো। শঙ অমগী মনুংদা লৈবনি। শঙ অদো অফৈবনি খা-ৰাংনা অশাংবনি। নোংপোক নোংচুপ্পা মরাক্লি। য়াঙ নাইবা শঙ্গোইনি। ইনা মথক কুপ্পী। ফক্লাং মায়কৈ মরী অদুনা লৈপাক্লা লৈরং তাখৎলগা খাবনি। থোঙ অমা ফাৎলি নোংপোক থংবদা। থোঙ অদো শো লোল্লি। শো অদু খুলগী অহল অমনা পায় নোংমাইজীং নুমিৎতদা হাংঙি হায়। নোংমাইজীং নুমিৎ নত্তবা নুমিৎ অতৈদদি সুকহাং হাংদে হায়। ঐনা চৎলুবা নুমিৎতো নোংমাইজীং ওইরমদুনা নুংপাক উরক্কে।



*হাওচোং নুংপাক*

পালমৈনা হায়— "মেদাম নুংপাক অতো য়াম পাকই। মথক্তা করি করিনো য়াম ইপনিনে মৈতৈ ময়েক্কা নিংথৌ অমকী মতমতনেকো মানা লাক্রম্মী হায়পৈ খুতম ওইনা নীংশিংনপা থনমপনি হায়। ঐখোয়তি পাপা থোক্তে। মৈতৈ নিংথৌতো মমিং কাউথোকখ্রে। অঙাং ওইরিঙৈততি খঙলম্বনি। মানা হাওচোং লোই চল্লম্মী হায়পকী খঙননবা খুতম থনম্বনি হায়নে।"

নুংপাক মশক উরক্তবনিনা করি করি ইরম্বা খঙলক্তে। খঙনীংবা উনীংবৈ ইখৌ-লাংবদি হৌজিক্কা হেনগৎলক্রি। মৈতৈ নিংথৌরেল কনাগী সনা হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক ওইরিগবা পুক্নীংদা হংলি ঙসিফাও।

---

# ১৭

# তলৌলোং

তমেংলোংগী খোঙচৎ করম্বনো কাউখ্রে কুইমনবগা খোঙচৎ য়ামনবগা। ইম্ফালদৈ তমেংলোং চৎপৈ লম্বীদা উবা ঈশিং চাইবী অচৌবা অদুগী মপা খরা হেন্দোক্লগা নহা মরীখক লেপতুনা লৈরম্মী। মখোয় চোরফোন মচুগী ইউনিফোর্ম শেৎলি। মহোয়বু হেক উবদা ড্রাইভরনা গাড়ী খুৎথৌ খর হম্বরগা "লৈরেদনা। ইচেম্মা কমদৌনি?" "য়াম কন্না থৌ কৈসু তৌরোই। মহোয়না খান্নদি লেপ্পু।" কিনা কিনা মমিৎ মনা চপ য়ুংনা থৌই গাড়ীদু। মহোয়গী মনাক য়ৌরে। অমনা মখুৎ তিংথোরক্লুনা ঐখোয়গী গাড়ী খাম্মী। মখোয় মরীমক গাড়ী মনাক্তা চঙশিল্লকই।

"ইচে নঙগী গাড়ীসিতা ঐখোয় মরী য়াওকে য়াকতরা?"

"কদায় ফাওবা য়াওগদৌরিনো?"

"তলৌলোং ফাওপতনি। ঐখোয় তলৌলোংতা অথুবা অমকিতমক চৎতপা য়াততুনা তৌপনে।"

"কাখৎলো কাখৎলো। গাড়ীসিদা য়াওরকপা ঐখোয় অহুমদনি। ড্রাইভরগা পিয়নগা ঐগতনি। ফম ফম য়াম হাংলিবনি।"

অসুন্না নহা মরী অদুগা লোয়ননা ঐখোয়গী গাড়ী থৌরে। মখোয় মরীনা লমিৎ তুমিৎ তাক্লুনা ব্বারী শা শাদুনা ঐখোয়গী গাড়ী থৌরি চৎলি লেপ্পা লৈতনা। তলৌলোং য়ৌরে। মখোয়গী ব্বারী নুংঙাই নুংঙাইবা ময়ান্না তলৌলোং য়ৌখিবা খঙহৌদে। মখোয় মরী গাড়ীদৈ কুমথরে। ঐগা মখোয়গা খুৎ শোক্লে। মখোয়না "ইচে নঙতি নপুক চাউপনিকো। অফিসার অতৈ ওইরপতিনেকো ঐখোয়পু গাড়ী তোংহনপৈ তায় লৈতে। নঙ ওইরমপকি ঐখোয় থুনা য়ৌরকপনিকো। ঐখোয় নঙোনতা খুদোল অমা তমনীংপনি। অতুপু কৈমতা য়াওত্রে। ব্বাহয়গী খুদোল ওইনা পীপা তারে— ঈশ্বরনা নঙপু মতম চুপ্পতা চানপিপা ওইসনুকো।"



*তলৌলোংদা পাখঙশিংনা বিদায় পীরকপা।*

"নহোয়না লৈহৌগদৌরিবা মফম অসিবু মীবু অমতা তাবা উদেনে।"

"ইচে চীং মচাশি লাম্থোক্লকা খুন চাউনা তারিপনি। মী য়াম লৈপনে।" অমনা "ইচে ৱা অমা কাউহৌরে। নঙকি গাড়ীতা ঐখোয় য়াওরকই ঐখোয় তোংলকই হায়পসে কনা অমতা হায়দোক্কনুকো। মী অতৈ তারপতি ঐখোয়পু থিবা সিফাই ময়াম লাক্কনি। ইচেপুসু চীংনখিনি।"

হায়দোক্লোইদা ঐনা খুমখি। মখোয় মরীদু মখুৎ হাইর হাইরদুনা তলৌলোংগী চীংদুম মচাদুগী মথক্তা হাইগৎখি। মশক উখিদ্রে চোরফোন মচু শেৎপা নহা মরীদো। তলৌলোং লাম্থোরক্লে।

তলৌলোংগী ৱারী মচাসে কনাদসু তমথোকত্রি ঙসিফাও। হৌজিক তমজরিবা অসিনা অহানবনি।

—

## ১৮

# তুরাই রাইচোং

তুরাই রাইচোংনি। তমেংলোং খোঙচৎ অমগী রানি। রাইচোংদা গাড়ী খামলিবৈ মরমদি লমশাং লাকপৈ ময়াম পুম্নমক রানরদুনা চা গ্লাস ১/১ তং থক্লগা পোৎথাখিসি হায়নদুনা গাড়ী খাম্বনি। ড্রাইভরনা চা গ্লাস অমা পীরম্মী চাগা চানবা পোৎ অমসু য়াউই। ঐনা জীবতা ফমদুনা চা থকলি। অতৈনা হোটেলদা ফমদুনা থকখ্রে। নুপা অমা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেনশিল্লকই। মাবু উবদা ঐনা হংঙি— নঙ কদাইদা লৈরি? নুপা অদো ঐখোয়গী ব্লোক্কী গ্রাম সেবক অমনি।

গ্রাম সেবক অদুনা খুম্মী— "মেদাম ঐ কাংপোকপী ব্লোক্তা তারে। মেদাম তমেংলোং চৎকদৌরি নত্রাও?"

"তামৈ, তমেংলোং ব্লোক অনীমক চৎকদৌরিনি।"

"অতুতি ঐ মেদামগী কারিদা য়াওপা তারে। ঐ তমেংলোং চৎনীংপা কুইরপনি। মেদাম লাকপা তান য়াম চারে" হায়রগা ঐগী গাড়ীদা কাখৎতুনা ফমখ্রে। মাসু ঐনা চৎপা অদুদা য়াওরে। ঐনা মঙোন্দা হংঙি লমবী চৎনা চৎনা। নঙনা কাংপোকপীদা থবক তৌরগা নঙগী সার্কল থাদোক্তুনা করিগী মীগী ব্লোক্তা চৎলিবনো হায়না নহোয়গী বিদিওনা চৈরোইদ্রাও?"

"চৈরোই মেদামগা লোয়ননা চৎপবু বিদিওনা চৈবা ঙম্মী হায়প্রনে" হায়দুনা ঐগা লোয়ননা চৎলে। তমেংলোং য়ৌরগা ঐগী টুর প্রোগাম পুম্নমক মানা শিন্দুনা ফজনা পাঙথোক্লে। মহাক খুলগী খুনজা পুম্নমকপু খঙই। ব্লোক ষ্টাব খুদিংমক্লা মাবু য়াই। মদু উবদা ঐনা মঙোন্দা হংঙি— "তমেংলোংগী খুনজাশিংনা নঙবু য়ারিবা নুংশিরিবা, ব্লোক ষ্টাফনা নঙনা হায়মখে য়ারিসি করিগীনো?"

"মেদাম অতুপুরাও ঐ তমেংলোং ব্লোক্তা পোষ্টিং চহী ৭ তারমপনে। বিদিও সাহেবকী মখাদসু লৈরমপনে। অদুনা মখোয়না মুন্না ঐপু খঙপনিকো। তমেংলোং

ব্রোক্তে ট্রালফর লাকপা চহী ২ ফাকতৌরে। ঐকী ইয়ুম কাংগোকপীতনে। কাংগোকপী ব্রোক্তা লৈপতি ইয়ুমতা লৈপনে।"

তমেংলোংদে হল্লকপদনি। তুবাই রাইচোং য়ৌবদা পুং ৪.৩০ রোম তাথোকখ্রে। তুবাই রাইচোং য়ৌবদা ঐগা চৎমিন্নরিবা গ্রাম সেবক অদুনা ইম্ফাল য়ৌবা থেংখ্রনি অদুনা ওসি অহীংসিমদি রাইচোংসিদা লেকখ্রসি হায়। ঐখোয় রাইচোংগী আইবিগী মাঙ্গোলদা ফম অহীং লেকপৈ মরম খন্নরি। ফিরোলসু য়াওদে, চানবসু য়াওদে। আইবিদা চাক চানবৈ থৌরাং লৈতে। চাসু হোটেলদে লৌরুরগা থৱ্রে। রাইচোং বাজারসিদা চাক্কী হোটেলসু লৈতে হায়না চৌকিদারনা হায়রিসিদি কমদৌবা?



*তুবাই রাইচোংদা নুপী ময়াম্না লেপতুনা ঙাইবা।*

"মেদাম মতু পূন্নমক ঐ লোইনা খঙপনে। মতুকীদমকতি রাকনো ঐ লৈরিসিতি। ঐ রাইচোং সার্কল পুবা গ্রাম সেবকনে। ঐনা মেদাম্বু লেপ্তুনা লৈহন্নীংবৈ মরম খরা লৈয়ে অতুননে।"

করি মরম্নো হায়না ঐনা হংঙি। মানা খুম্মকই "মরম হায়পতিনেকো রাইচোংকী উইম্যেন সোসাইটি মেমপরশিংনকো মেদামবু মশক অমুক্তং য়েংকে রা ঙাংনকে অমুক্তং পুবিরকউ হায়পকো। মদুকীনি মেদামকি গাড়ী ফাতুনা নহান তমেংলোং

চৎপা য়াওপতো। গুসাই তমেংলোংতে চৎলমতাইতা ঐপু থিপা ফংতপতো ৱাইচোং য়ৌপতা থেঙনবা, ৱাইচোংদা লেক্লবা ঐনা শিনপনে মেদাম।

মেদাম! চৌকিদারতো মারৱারী হোটেলদে চা অহাওবা লৌরুচো হায়তুনা ঐনা থাখিবনি। মারৱারীকি চাতি হাওপনে। মেদাম চাদু থক্লগা পোৎথারম্মুকো হায়রল্লগা গ্রাম সেবক্তু চৎখ্রে। নুমিৎ তাশিল্লকদৌরে। মমলি মমলি তৌশিল্লক্লে। গ্রাম সেবক্তি হল্লক্রে। মমশিল্লক্রবা অদুদা নুংশা থীরে হল্লক্রবদি কমদৌবা? খন্না খন্না আইবিগী মাঙ্গোলদা ফন্নি। অরাপ্পদা উরকই গ্রাম সেবক। ময়োম খরা পায়দুনা করি করিনো খরা কোন্দুনা চেন্না চেন্না লাকপা। নুংশা থীবা খরা ফৈ।



*গ্রাম সেবোক্লা য়েন পুদুনা চেল্লকপা।*

"মেদাম ৱারমকনি ঐপু ঙাইপতা। খরা থেংতোকখরে ময়ামদো শুনপা উনতপা য়াদপনিনা। ঐখোয়কি চানপা শুনা পুরক্লে। কৈমতা ৱাৎত্রে। ৱাইচোংকি লফুতি ইরোনবা য়াম হাওপনে। আলুকুম তোইপনে। লফু অমসু য়াওরক্লে ইরোন্নপা হায়তুনা। য়েন অনীখকসু পুপিরক্লে। ঙসি নুংতাংতি ইনশাং হাওতৌরি। চৌকিতারগা তাদা ড্রাইভরগা ঐখোয় অহুম চাকশঙদা থোংলুকে। থাউমৈ অঙানবসি ঐখোয় পুখ্রকে। মেদাম্না লালটেন অসি থান্দুনা পোৎথাহৌরো।

চাক লোইরদুনা ঐখোয় চাক চারে। তুম্নবা থৌরাং তৌরে। "মেদাম তুম্বা চঙব্রিঙৈতো ঐ ৱা অমতা হায়হৌগেকো। হয়েং অয়ুক মেদাম্না চৎলমদাইদা মেদামপু উনবা উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর ময়াম লাকনি। য়ুথ ক্লবকী মেম্বরশিংসু য়াওনা।

মহোয় ৱাইচোং বাজার মচাসিদা তিন্নকনি। মেদামকী তুং ইনদুনা চৎপতি মসিকীতমক্লে।"

নোংঙানবৈ অয়ুক্তা ইম্ফাল থোক্লনবা শেম শাবা লোইরে। থোক্লে ৱাইচোং কৈথেলদা। ৱাইচোং উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর ময়াম পরেং শানা লেপ লৈরম্মী। য়ুথ ক্লবকি মেম্বরশিংসু অমতা চিৎথদনা য়াওরম্মী। ময়ামদু মথং মথং ওইনা খুৎ শোকনৈ। গ্রাম সেবক্লা লমজীংই। শক তাকই মমিং মথানচিংবা হায়দুনা। মখোয়গী অৱাৎ অপা কয়া হায় অপাম্বা কয়াসু ফোঙদোকই। মখোয়না পাম্মীবা অদু ফংননবা সরকারগী মতেংসু নিরকই। য়ুথ ক্লব অমদি উইম্যেন সোসাইটিগী অপাম্বশিং অদু ইদুনা চে ওইনা পীশিল্লকই। দরখাস্তশিং অদু পাদুনা য়েংলে। য়েংলগা পাংবা য়াবা মতেং পীখো। ব্লোকনা ঙম্মোইদবদু খঙহল্লকউ হায়না ইরে। অদুগা চেশিং অদু গ্রাম সেবোক্তা বিডিওদা পীশিল্লুচো হায়রম্লে।

অদুগা তিল্লল্লীবা মীয়াম অদুদনা বিডিওনা পীবা য়াবা মতেং মখৈ পীরক্লনি। পীবা ঙমদবশিং অদু পীননবা কমিশনরদা হায়নগনি হায়রম্মী। মরক্তুদা গ্রাম সেবক্লা— "ঐনা হায়ত্রা? ঐনা মেদামবু শোয়তনা পুদুনা লাকনি হায়খিপতো পুরক্লেতনা। নখোয়গী অপাম্বা মখৈ হায়রে। মেদামনসু পীকনি হায়পীরে।" গ্রাম সেবক মাগী থৌরাং মহয় য়াল্লবদা নোক নোক্তুনা মখুৎ হাইর হাইরদুনা লেপহৌই। ময়ামসু হরাওনা লৈহৌরে।

ঐগী তমেংলোং খোঙচৎ অদুগী টুর প্রোগামদা ৱাইচোংগী প্রোগাম য়াওদে। প্রোগামদা য়াওদবা অদুনা হেন্না ফজখি মহয় য়াল্লা পাঙথোকখি। হোৎনবা কনবা মবুধি মরৌশিং লৈবা গ্রাম সেবক অদুবু ঙসি ফাওবদসু কাউদ্রি কাউসু কাউরোই।

———

১৯

# চুড়াচান্দপুর জিলা

চুড়াচান্দপুরগী হৌজিক ওইরিবা সহরসিদৈ মনীং পাংনা মাইল ৪ রোম চঙশিল্লগা থাঙ্গেশেংবা অচুম্বা চুড়াচান্দপুর লৈ হায়না উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বরশিং অমদি ব্লোক্কী সেবিকাশিংনা হায়। মেম্বরশিং অদুনা য়েংনীংব্রা? মফমদু য়ৌনীংব্রা? হংঙি। ঐসু য়েংনীংঙি চৎসি য়েংলুসি হায়রে।

খোল্লিনা "লমপী ফত্তে ওচাতি য়ৌপা ঙমলোইননে।" খোল্লি চুড়াচান্দপুর ব্লোক্কী মুখ্য সেবিকানি।

সোসাইটিগী মেম্বর খরনা "ইচেনপু চৎকে য়েংনীংঙি হায়রপতি পোতুনা পুপিকেতা" মখোয়গী ৱাদু তাবদৈ হেন্না চৎনীংলকলে। ঙমগনি হায়দুনা ঐখোয় ময়াম চৎলে। খরা ৱানা মফমদু য়ৌরে। উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর খর অহল ওইরবী অদুনা অখঙবা ৱারী মখৈ লীরে অসুন্না "থায়না মমাংঙৈতকো চুড়াচান্দ মহারাজনা মফম অসিতা লাকপীরম্মে হায়। মতম অতুততি খুল অসে য়াম ফচরমপনি হায়কো। ফচপতো ঐতি উহৌতে মীনা হায়পনি। নিংথৌতুনা মাকি মমিং লৌরকা খুলসিগী মমিং থোল্লমপনি হায়নে। লমপী থোং ফত্তপা, অরুম লাইহৌ কনবা, মীশি মীনা য়াম থোকপদৈ লৈপা ঙম্নততুনা লমকাদা খুল হোংলকপনি হায়কো। হৌজিক্তি জিলা অসিকি মমিংফাওপা চুড়াচান্দপুর থোনখ্রেকো। মহারাজ অতো লাইপক ফপনে। মাকী মমিং লৌতুনা থোল্লপনিনা মাপু কাউত্রে।"

"ওজা থেংখ্রনি চৎলসি লমপীসু ফতে। য়ৌপতা মতম চংকনিনে।" হায়দুনা ঐখোয় হল্লকখি।

---

## ২০

# হাইদ্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক শঙ্গাবা

কোহ্লিনা মণিপুরগী লেঃ গভর্নর ওইরিঙৈ ৱানি। চুড়াচান্দপুরগী খোঙচৎ অমনি। চুড়াচান্দপুরদৈ প্রোজেক্ত মফম য়ৌবফাওবদা লৈবা খুল খুদিংনা গেট শা শাদুনা ওক্লম্মী গভর্নরবু। গেট খুদিংদৈ খুদোল তম্মকই গভর্নর অমদি লেডী গভর্নরদা। ঐখোয়না গভর্নর অমসুং লেডী গভর্নরদা লং মতুম অমমম পীশিল্লি অমুক মহোয়দা খুদোল তম্লম্লবা। খুদোল হনবৈ মওংনি। হাইদ্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্ত অমা শঙ্গাবা চৎলিবনি। মফমদু চুড়াচান্দপুর সহরদৈ মাইল তরারোম খরা হেন্না চৎলগা লৈ। অচৌ অশাংনা টুর চৎপা খুদিং ঐবু লোয়নৈ। মরমদি ঐখোয়গী ডিপার্টমেন্টকী ডেভেলপমেন্ট কমিস্নরনা পোৎচৈ পুনবশিংদুগী শীল্লাংবনি। য়েনথোক্লম্লবা পোৎচৈশিংদু ঐগী গাড়ীদা হাপ্পী।

অচৌ অশাংগী তুং ইন্দুনা চৎপনিনা নুংঙাইবা কয়া য়ৌদে।

গৌজাগীন সাহেবনা মন্ত্রী ওইরিঙৈ, রাম্মুনি সাহেবনা সিক্যুরিটি কমিশনর ওইরিঙৈদা মহোয়গা লোয়ননা চৎমিম্লবদি নুংঙাই পুনসীগী মহাও য়াউই। চৎলমদাইদা সিক্যুরিটিগী সিফাইশিং অমদি গাড়ী থৌবা ড্রাইভরশিং ময়াম্না হংঙি, "টুর চৎকদৌরিসি ইচে য়াওগদৌরিবা নত্রাও?"

ঐনা খুম্মী "মণিপুরগী অচৌ অশাং ফম্নাই ফানাইবশিং টুর চৎপদা ঐ য়াওদে হায়ব্রাও? ঐদি ভি আই পিনে খঙঙো।"

"ফৈনে। ইচে য়াওরগা টুর চৎপসি নুংঙাইনে। মরেক মহাও খরা থোকই হায়বা।"

---

# ২১

# থানলোন

থানলোন চৎপা খোঙচৎনি, রাম্মুনি সাহেবকা গৌজাগীন সাহেবকা অনীগী। সাহেব অনী লাক্কনি হায়দুনা য়াম্না চাউনা লাঙই অচা অথক, কুম্মৈ ফিয়োং কয়া। রাম্মুনি সাহেবকা ওফিসার অতৈগা খেন্নবা মান্নদবা খর লৈ। মানা খরা তোপ্পী ময়ামদৈ। মাগী টুর চৎপা খুদিংমক্তা ড্রাইভর অমসুং সিফাইশিংদা হান্না চাক পীজে চাহল্লি হান্না। ওফিসারনা কোন্না চাহল্লি। মানা হায় মহোয়দা হান্না পীজগদবনি খঙজিল্লু। মরমদি ঐখোয়না চাবা থকপা হেক লোইবগা চৎলসি হায়দুনা গাড়ীগী হোর্ন পেৎ পেৎ খোংগৎলক্কনি। ওফিসারনা চাবা লোইরবা মতুংদা চারবদি মপুক থন্না চাবা খক ফংলোই। ঐখোয়গী থবাইদি মহোয়না পুদুনা চৎকদৌরিবনি হায়বা ভাব তাবা তায়। মহোয়গী মপুক থলহনগদবনি পেলহনগদবনি হায়না তাকপীরম্মী।

টুর চৎপা খুদিং হায়বদি অচৌ অশাংগা লোয়নদুনা চৎপা মখৈদি ঐনা সিফাইশিংগী ইনশাং য়েল্লি। অহানবদা ইনশাংদুনা শারিঙৈ খাবৈনা কোৎ কোৎতুনা য়েল্লম্মী। খরা ঈংথরক্লবা মতমদদি খাবৈনা কোৎতুনা য়েনবদু তপমল্লি চাশিল্লকপনা থুবা হেল্লি হায়দুনা খুৎনা লৌর লৌরগা য়েল্লে। নীংবা থুংজরবদুদা সিফাইশিং অমদি ড্রাইভরশিংদু হরাওজে। সিফাই অমনা চানা চানা হায়রকই— "ইচে! ঙসাই ঐখোয়না চৎলমদাইদা ইচে য়াওগদ্রা হংবদো সিগীনে।"

ঐনা ইনশাং য়েনবা য়াওরিবদো সিফাইগা ড্রাইভরগা চাবদনি। অতৈনা চাবদদি ঐ য়েনদে। য়েনবা য়াউদে। ঐনা য়েনবা য়াওক্লরিবা ঈনশাং অদু ওকশা থোংবনি। মবেক্তু ঈশিং ইচম্না চামথোকপদা কোক্লে। লৈশা অনী অহুমথক চঙলক্লুনা হায়রৈ— "ইচে ঈশিং অচম্পনকো চাল্লপতি কোকপা ঙল্লোইয়ে। ঐখোয় চামপিকে" হায়দুনা কবিনো খবগা উৎ খরগা তৈশিল্লগা ফজনা চামথোকপীরে। অদুগা লৈশাশিং অদুনা হায়বকই— "ইচে সাপোন্না চামপতিকো মরেক শেংনা কোক্তপনিকো। মসিনা হেন্না ফপনে।"

---

# ২২

# সিংহাৎ

সিংহাৎ চুড়াচান্দপুরদৈ মাইল ২০ চৎলগা লৈবনি। সিংহাৎতা ব্লোক অমা লৈ। সিংহাৎতা মুখ্য সেবিকা অমা লৈ। মহাক সিংহাৎ ব্লোক্তা তাবনি। মাগী ময়ুমদা অহীং অমা লেক্লুনা লৈরকই। মাগী ময়ুমদু মথক মখা নাইনা দুইমুলা মওংদা শাবনি। অফবা য়ুমদি নত্তে। মখোয়না লৈবদা খুদোং চানবা হায়দুনা শাবা মাল্লি।

সেবিকা অদুনা হায়— "মেদাম! মেদামতিনেকো কাখৎ কুমথা তৌপতা ব্লাকনি। ঐকি ফম্মুং মথক্তা লৈকো। মতুতা নঙগী তুমফম ওইয়ুকো। ঐ ফচনা শেম্পীকে মতুতা চৎসিকো। সিতা কাখৎলক্লো কিকনুতা কৈসু তৌরোই। খরা নোমচপতনি।" মহাক্না ঐগী হিপননবা ফম্মুংচিংবা ফজনা শেম্বীরম্মে। পোৎথারো হায়রম্লগা মহাক মখাদা চাক লৌরুখিগে হায়রম্মগা কুমথখরে।

য়াম্না কুইনা লৈরবা মতুংদা মহাক অথোংবা চাক ইনশাং পুদুনা কাখৎলকই। মা লাকপা মতমদা ঐহাক ব্লামন্দুনা ঙহাক তুমথরম্রমাল্লে। মেদাম চাক চারসি হায়দুনা ঐবু হৌদোরকই। ঐখোয় অনী চাক চামিন্নরে। চাক তোক্লবা মতুংদা ঐনা মঙোন্দা হায়—

"সিংহাৎতা বর্ম্মাগী পোৎ চৈ য়াম্না ফংঙি হায়নবদুদা ঐ ঙসাই নুংথিল নখোয়গী কৈথেল মচাসি থুংনা চৎতুনা য়েংলুরে। দোকান লৈরিশিংদুসু চংদুনা য়েংলুরে। অদুবু করিগুম্বা লৈবা য়াবা পোৎতি অমতা য়োলহৌদে।"

"মেদাম কৈতকি ফংকনি। য়োনফমসু নত্তনা।"

"অদুদি কদাইদা য়োল্লিবা। সিংহাৎতা কৈথেল মচাসি নত্তবা অমসু লৈরিব্রা?"

"লৈতে।"

"অদুগা সিংহাৎতা করিগী ফংঙে হায়রিবা?"

"ফংঙে। অতুতকো কম্ভমকি মীনা ফাপনিনা ময়ুম ময়ুমদা লোম্না লোম্না য়োনপনে। মেদামবু করি করি পোৎ পাম্বনো হয়েং অয়ুক চা থকপা লোইরকাকো কোয়থোকপা ওইনা ঐকা চৎসি। য়োনফমতো ঐ লোইনা খঙঙি।"

মীগী ময়ুমদা চঙ চঙদুনা য়েংবা য়াবা য়েংলে। ঐনা লৈনীংবা পোৎ অমতা য়াওরমদে। হৱাইন সেন্দল হিগোক মচুগী জোরা অমা লৈরকই লুপা অনীশিকি পীবা।

"মেদাম লৈপা লোইরপ্রা?"

"লোইরে।"

"অসিকিতমক্লা নঙনা ঙরাং হংপতো। ঐতিনেকো করি করি য়াম লৈতৌপোই নীংলুপা।" হায়রগা সেন্দল জোরা অদো পায়দুনা শিথ শিথ নোকখি।

---



*লৈশাবী অমনা সেন্দল জোরা অমা পায়রগা নোকপা।*

## ২৩

# হেলিকোপ্টর অপাইবী

খোলীবু ঐনা খঙখিবসি চুড়াচান্দপুর ব্লোক্তা মুখ্য সেবিকা ওইনা পোষ্টিং তাবা মতমদনি। খোলী মার নিঙোলনি। মহাক ফিজেৎ চাকশেৎ লুই। কেবসু হৈ। লোন অয়াম্বা মাদি খঙই। লোনবসু ঙম্মী। মহাক থবক ঙম্বী নুপীমচা অমনি। থবক খুদিংমক পাঙথোকপা লায়না ঙম্মী। লৌশিং লৈবীনি। থোইদোক্লা মাগী পাইরক্কী লৌশিংবু ঐনা থাগৎতবা ঙমখিদে।

থালোন ব্লোক্তা চুড়াচান্দপুর জিলাগী মনুংদা লৈবা ব্লোক মঙামক্কী ওইবা অচৌবা ফংসন অমা পাঙথোকখি। মদুদা গভর্নর, মন্ত্রী, কমিস্নার, অতৈ অতৈ বিভাগকি অফিসার য়াউখি। ব্লোক মঙামক্কী ষ্টাফ লাকখি। থৌরম লোইরবদা মথং মথং হন্নখি। ব্লোক ষ্টাফ অয়াম্বা লাক্লবনিনা হনবা মতমদদি গাড়ী চন্নদ্রে। মরূওইবা অফিসার ঙন্না গাড়ী তোংনখ্রে। ষ্টাফ খরদি কোন্না চৎপা তারে। খোলী মুখ্য সেবিকা লৈহৌবদা য়াওবা তাগ্রে। চৎলমদাইদা ঐনা গাড়ী মথক্তগী খোলীবু কৌশিন্দুনা হায় “খোলী নঙ লৈহৌরদি চুড়াচান্দপুরগী প্রোগামদি কমদৌবা?”

খোলীনা খুমখি “ওচা ঐনা লোইনা শীল্লন্নপনি। গ্রাম সেবিকাশিংনকো ঐকি ইহুৎ শিনতুনা তৌচকনিতা।”

থানলোন্দা খোলী লৈহৌরে। ঐখোয় লাক্লে চুড়াচান্দপুর য়ৌরে। আইবিদা চঙবা মতমদা খোলী আইবিগী গেট্টা লেপ লৈরম্মী ঐখোয়বু ওক্তুনা। মাবু মশক উবদা ঐ ঙকপদা থেংখ্রে। মিত্রংঙুমখ্রে।

ঐনা ঙক্লা “খোলী নঙসিদমুক। করম্না” হংঙি।

মানা তপ্না খুমলকখি— “অতুপুরাও ওচা। ওচাখোয়না চৎখিপা অতুতা ইতোমতা লৈহৌপতো নুংঙাইতদুনা সুম লেপ লৈপা। ঐনা লেপতুনা লৈপতো হেলিকোপ্টর থৌপা পাইলোট কেপতেনতুনা অরাপ্পতগী উপা মাল্লে। মানা



*হেলিকোপ্টর অপাইবী*

চঙশিল্লক্লুনা— খোলী নঙ কৈতৌরে লেপতুনা লৈরিতি হায়না মানা হংপকো। মতুতা ঐনা লৈহৌপৈ মরমদো মঙোনতা লোইনা লীপিপনিতনা। মাকা ঐকসু হান্না শক খঙনপনিকো ওচা। মানা হংঙে ঐঙোন্দা খোলী নঙ চুড়াচান্দপুর চৎনীংপ্রা চৎনীংলপতি পুপিকে মহাক চুড়াচান্দপুর চৎকনি হায়পকো। অদুতা ঐনা চৎনীংঙি হায় খুমপা। অতুতা মানা কাখৎলকলো হায়পা। ঐসু হেক্তা হেলিকোপ্টরতুদা কাখৎপনিকো ওচা অদুকা তোংতুনা লাকপনিতনা অতুকা চুড়াচান্দপুর য়ৌরকপা। অতুতৈনে ওচা ঐনা খোঙনা চৎতুনা করম্না চুড়াচান্দপুর য়ৌকনি হায়পা। অতুতনে কেপতেনতুনা মাকি জিবনা সি য়ৌনা থিনপিরকপনিনে। ওচা পাইলোট কেপতেন্দো মপুক চাউয়ে।"

—

# ২৪

# জিরিবাম

জিরিবাম মণিপুরগী সব-ডিবিজন অমনি। চীংলোন মাপল লাল্লগা তোঙান্না লৈখিবা লমনি। ইহান হানবা ওইনা জিরিবাম উবদা ইখিবা শৈরেংনি মখাদা পীজবিবা অসি।

**পলেম শকপী জিবি**

কংলৈ পোকপী পলেম মাগীদি মশাইগোন
চীংলোন মাপল বাংমা লান্না বাংমদা
ঈবঙ ববাক মকু ঈবান্না খুষ্ণোকখ্রবী
পলেম মাগীদি খোম্মৈ খোমদোন অতোনবী
কংলৈ পলেম্না মীবায়বা নত্তেদো
করিগী পায়মা ৱারৌবা?

ঙসি কৌবা নোঙ্গাশোই যৌজবেদো নশাইগোন
পলেম সেবা ফংজবা পোকপগী মহয যাল্লেদো।

কংলৈ পোকপীনদি তামখিবনা
মীরম লমদা ওংখ্রবী নপারি নমোম কয়াবু
যোকচবী ইমা নঙনা নাওকোনবীবম্বা উবগা
কংলৈ পোকপী পলেম ইমাদি
তবং লাইজা ঈহৌনা মিৎলু পিরাং শিন্থরী
থম্মোয় পেন্না য়েংজরি।
জিবি তুরেল ইতাবোই লাইবক ফৈদা নহাকসে
লূরবা লাইজনা নিতি খুদিং লেপ্তনা

পলেমগী খুন্না শেংদোকলি লাইবক ফৈদা ইতারোই
কাউননুসিকো ইতারোই কাউননুসিকো নুংশিবী
খুৎকা খুৎকা শন্ননা খুজেং পান্নোইনদুনা
পলেম সেবা ফংমিন্নসি পলেম সেবা ফংমিন্নসি
কাউননুসিকো নুংশিবী কাউননুসিকো ইতারোই।

শৈরেং অসি টিজেন্না সুর পান্নগা চন্দ্রশখিনা শকথ্রবনি। ফোঙ্ককী সুরনি। রেকোর্দিং তৌরগা কেসেট ওইনা ফোঙখ্রবনি। ঐগী জিরিবাম খোঙচৎ অমদা হায়রিবা ঈশৈসিগী কেসেট পুদুনা চৎলি। জিরিবামগী প্রজা মীয়াম্বু তাহনজে। ঈশৈদু তাবা মীপুম খুদিংমক্লা মিৎতগী পি শিন্থখিদবা য়াওদে।

—



*জিরিবামদা হিগী খোঙচৎ।*

# ২৫

# জিরিগী হিগী খোঙচৎ

অক্ষয় বাবু জিরিবাম ব্লোক্কী সোসিয়েল ইদুকেশন ওর্গনাইজরনি। আরতি দত্ত সোসিএল রেলফিয়ারগী মুখ্য সেবকানি। মখোয় অনীনা শীনদুনা অমদি লমজীংদুনা পুবিবা ঈশিংগী লম্বীদা হি তোংদুনা চৎপা খোঙচৎনি। অয়ুক্কী পুং ১০ তাবে অদুবাইদা জিরিঘাতগী হি তোংঙি। চান থরুবা, ষ্টোবনচিংবা পুই করিমতা ৰাৎতনা পুই। হিথক্তা চা থকই, চাক থোংঙি চাক চাই অহীং তুম্মী। অসুন্না চৎপা খোঙচৎনি। নোংঙানবৈ অয়ুক নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোবকপা মতমদা বড়বেক্রাগী হিদেন তাফমদা থুংঙি। অক্ষয় বাবুদি খরা মাঙজৌননা কাখৎখ্রে চৎখ্রে। বেক্রাগী হিদেন তাফম অদো য়াম ঙম্মি। লৈপাক্কুসু ফ্রোং ফ্রোং কিছে। ঐদি কাখৎপা ঙমদ্রে। ময়াম চঙদুনা ঐবু চিংখৎপীরে। তোর্ব্বান মথক্তা লফু অনী য়ুংলগা "রেল কম" হায়বা অমা থেৎলম্মী। মী, অঙাং মরি য়াওনা ১১ খক ঐবু ওকলম্মী লৈ পরেং অমা ঐঙোন্দা হুক্লগা আরতিনা স্লোগান লাউই মশিংখা থোক্লা— জয় এদিসি সাহেবকী জয়, মণিপুর মাতাগী জয়, লোং লিব এডিসি অসিনচিংবা স্লোগান খরা। মসি পূন্নমক শীন লাংবগী অক্ষয় বাবুদো হান্না চৎখিবা ওইরল্লে।

য়ৌরে ট্রেনীং কেম্প মিটিংনচিংবা পাঙথোক্কদৌরিবা মফমদু। অতিথি সেবা ফজে। মফমদুদা নুমিৎ মবীনিগী নুপীগী কেম্প অমা পাঙথোক্কদৌরিবনি। বড়বেক্রাগী খোঙচৎ অদুগী ৱারী মতেক অনীখক্তং ময়ামদা পাউদমজগে। অতৈ শাংখ্রনি তমজররোই।

---

# ২৬

# বড়বেক্রাগী ইপল মুক্ত্যার

ইপল মুক্ত্যার অহল ওইরে। মহাক বড়বেক্রাগী খুনজা অহল অমনি। মহাক্না নহা ওইরিঙে, চুড়াচান্দ মহারাজনা নিংথৌ ওইরিঙে মতমদা ৱায়েনশঙদা চৎতুনা মুক্ত্যারগী থবক তৌরম্মী হায়। হৌজিক্তি অহল ওইরবনিনা পোৎথাদুনা লৈরে। ঐ লাকই হায়বা তাবদৈ শক য়েংনীংদুনা লাকপনি হায়দুনা ঐনা থুংদুনা লৈরিবা প্রধানদুগী শুমাঙদা চৌকী অমদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐ ইমুংদগী থোরকই মাবু উনবা।




*বড়বেক্রাগী হিদেন মথক্তা শারম্বা গেট।*

মাবু হেক উবমক্তা নীংশিং-লকখি মশক খঙহৌদ্রবা ঐবু পোকপীরম্বা ইপা। বরাক তুরেন্দা ঈরারুদুনা শিখ্রবা ঐগী ইপা। ঐনা চঙশিন্দুনা "ইপল ঐহাক ভক্তি কচ্চরি" হায়না ইপল মুক্ত্যারগী মখোঙ শোক্না খুরুম্মী।

"ইবেম্মা য়ারে য়ারে। মৈতে নুপী ওফিসার হায়বদো নঙলা?"

"মান্নি। ইপল।"

লাইরিক লাইশু হৈবী অফিসার অচৌবা অমনা ঐগুম্বা করিসু লৈতবা মীচম অমদা অসুন্না ব্যাভহার তৌরক্কনি হায়বা ঐদি থাজরমদেদো। নঙদি মৈতে চনু অশেঙবনি। নোঙ্গাখ্রবা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা লমচৎ কৈমতা কায়দনা চপ চানা চৎলি নঙদি। পুন্সীদা মায় পাকপা শোয়দনা ওইগনি। ইবেম্মা নঙ মথং মথং ফম কাবা ওইয়ুকো। নফম কারবা মতুংদা নঙ অমুক হন্না

বেক্রাদা লাকখোকো। ফম কাবৈ পাউদু ইপলদা তন্নো। সি হায়রগা ঐগী কোক্তা অহল্লক নাহুবিখি নুংশিনা। আশীর্ব্বাদ পীবিখি থম্মোয় শেংনা।

ঐনা এডিসিদৈ ডাইরেক্টর ওইনা ফম কারবা তুংদা বেক্রাদা চৎলি অমুক জিরিবামগী খোঙচৎ অমদা। ইপল মুক্ত্যার উনবা চৎপনি ইপলদা ফম কারে হায়বা পাউ তম্বা চৎপনি। অদুবু অৱাবদি ইপলগী য়ুমদা মী অমতা লৈরমদে। শুমাঙদা



বড়বেক্রাগী ইপল মুক্ত্যাব

ঙহাক লেপতুনা লৈরবা মতুংদা ইমুংদৈ নুপা অমা থোরকই। ঐনা মঙোন্দা হংঙি চিংনদুনা "য়ুম অসিবু ইপল মুক্ত্যারগী নত্তবরা?"

"মান্নি।"

"ইপলবু?"

"ঐখোয়গী পাবদি শিখিবা কুইরে।"

পাউদু তাবদা ঐ নীংবা কাযখি। লু লুকথা মিৎতা পিগী ঈরা চেন ঙহাক লেপতুনা লৈখি। মচা অদুনা—

"হো পাবা নঙনা মণিপুরদৈ নুপীমচা ওফিসার হায়না তৎতনা শোল্লম্বদো লাকলে। থোরকও উনররো ৱারী শাররো।" হায়না ঐগী খোঙ কোন্দুনা ও খোংনা কপলে। কনাগী থম্মোয়না মিৎলু পিরাং শিন্থরোই। ইপল মুক্ত্যারগী য়ুমদৈ থোরকই নীংঙমদা পোৎলুম পুদুনা। আশা কায়না হল্লকখি।

---

# ২৭

# বড়বেক্রাগী ড্রামা

ঐগী বড়বেক্রা অহানবা খোঙচৎতু প্রধানগী য়ুমদা থুংবনি। ঐনা লাকপে নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা বেক্রাগী মহিলা সমিতি অমদি যুবক মন্দল অনী খুৎশন্ননা শীন্দুনা ড্রামা অমা উৎকদৌরি। ড্রামা মমিংনা "ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাও শামু ফাবা"

লীলা হায়বসি মহৌশানা নুংথিলগী পূং ৬/৭ তাবা মদমদা হৌনৈ। অক্ষয় বাবুনা— "এডিসি সাহেব ঙসিদি চাক ঙন্না চাথোক্লগা ড্রামা য়েংবীগদবনি। লীলা পার্টিনা য়াম্না থবাই য়াওনা হোৎনজবনি। এডিসিবু ইকাই খুম্নবা উৎপগী লাঙজবা থৌরমনি। ঙন্না হৌনবা ঐ অমুক্তা শীনজরুখিগে।" হায়রম্লগা থোকখ্রে।

প্রধানগী লাইখল তাবা য়ুমজাও অদুগী মঙ্গোলনা ষ্টেজনি। শঙ্গোই লুকোই, শুমাঙনা ভাবোক্কী ফমফম্নি। ভাবোক ঙন্না চরু মপুন অমমমগা লালতেন থাউমৈগা পু পুদুনা লাক্লে। মাগী মাগী ফমফম শেম্লে। ঐগী ফমফম্না প্রধান অতিথিনি হায়দুনা চরুদু খর থারপ থাই। মথক্তনা জিরিগী ফক অনানবী খরা পাকপা অমা থাই। লীনা শেঙ্গা মান্না শাবা অমদা ক্না মশুং, পানা মনা, শুনু, হিদাক মনা, শিং মখল শুনা হাপ্লগা ঐ ফমদৌরিবা অদুগী মাঙদা থেন্দুনা থম্মী। ঐগী ফমফম অদুদা ফম্মরো হায়দুনা পুং নিপালমখাই তাবগী অদুরাইদা হায়রে। ফমদুনা লীলা হৌবা ঙাইরি। ভাবোকসু ফনা ফজনা তিল্লে। ভাবোক পুন্নমক চাক চাবা তোক্লগা লাকনবা ঙাক্তনি।

হৌরনি, লীলা হৌদৌরে হায়না মরক মরক্তা লাউথোকই। অদুবু হৌবদি সুকহৌ হৌদে। লাউরকপদনি। পুং তরামাথোই মখায় তাবদা উচিন নাচিন্না লীলা হৌরে। লাঙলম্বা ভাবোক লাঙখিদ্রে। চেক মোক লাউখিদ্রে। থোরকলে তেখাও নিংথৌ সর্গদেশ শাবা, মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র শাবা অনীদো। ইতাও অনী নুংশি চান্নবে মওংদা লেঙ্গোন্নে "মোর মোরমোর ইতাও" হায়না।



*নিংথৌ অনী লেঙ্গোম্নবা।*

লীলা অদো অহানবদা পুং অনী অহুম শান্নবগা লোইশিনগদবোই নীংলম্মী। লোইদে। নোং ফুং ঙানফাও শান্নে। নুমিৎনা তবং তবং হুন্দোকপা ফাওবা শান্নে। অদুগা লোইশিল্লি ভাবোক অমতা কাযদে। লীলা পুমলোই লোইববা মতুংদা মযুম মযুমদা হন্নখি। মসিনি ঐনা থেংনবকপা ঐনা উবকপা।

—

# ২৮

# লাটিংখালগী ইবেন মায়ো

অতোপ্পা জিরিবামগী খোঙচৎ অমদা ব্রোক্কী মুখ্য সেবিকা লক্ষ্মীপ্রিয়াগা লোয়নদুনা লাটিংখাল চৎলি। জীব গাড়ী মনুংদা লক্ষ্মীপ্রিযানা হায়— "ইচেম্মা। ঙসিদি ঋা অমতা হৌদোকচবা তারিয়ে। কুইরপোৎনি ইচেম্মনা চৈরক্কদ্রা হায় কিদুনা লৈজরবা।"

"করিগী মীবু পংচৈ চৈবা য়াব্রাও? কৈসু চৈরোই হায়উনে করিনো?"



ইবেন মাযো লৈপবেং পায়দুনা ঙাইহিরি।

"ইবেন মায়ো হায়বী হনুবী অমা লৈ। লাটিংখাল য়ৌগদবা মাইল অহুম মরী ব্রাৎলিঙৈদা লৈবা খুল অমখক্তদা লৈ। ব্রোক্কী থৌদোক খুদিংদা মহাক চিংথবা লৈতে। পাউ হেক তাবগা মশা লাক্তুনা হেক্তা য়াওরে। মানা ইচেম্মাবু মাগী য়ুমদা অমুক্তা পুবিবকউ হায়বা কুইরবনি। য়াবদি অমুক্তা লেঙশিল্লুসিবা। মহয়মক ওইনি। মাগী ময়ুমসু লক্ষ্মী ময়ানি। লেঙশিল্লুসিকো ইচেম্মা।" লক্ষ্মীপ্রিয়ানা হায়।

"ফৈনে। চঙলুসি কৈদৌগে।"

"ইচেম্মা অদুদি হয়েং লাটিংখালদগী হল্লকপদা চঙঙক্রগে হায়রম্মগে। পাউ পীরম্মগেকো" হায়দুনা গাড়ীদগী লক্ষ্মীপ্রিয়া চোংথখরে। অদুগা নোক্লুনা অমুক হনজিল্লক্লে মপা ওনরমদুনা। হরাওমনখিদুনা ইবেন মায়োগী থোঙ্গাল হাইজিনফম অদু ওইরবোই নীংলুবনি। ড্রাইভরদা গাড়ী খর থৌখো হায়দুনা গাড়ীদু অমুক খর থৌরগা পাখং অমা উবদগী খাম্মো হায়রে। পাখং অদুদা ইবেন মায়োদা পাউ অদু খর পীবিয়ু হায়রম্লে। মহাক য়ুবক মন্দলগী সেক্রেটরীনী।

লাটিংখাল য়ৌরুরে অহীং অমা লেক্লগা হল্লক্লে। ইবেন মায়োগীদা চঙলে। ইবেন মায়োগী ময়ুমদা করম তৌরম্মী। চঙফমদা লফু মচা অনীখক তুরোই ঙামলোই য়ুংলম্মী। লফু য়ুংলিদুগী মনাক্তা লেপ ঙাইরম্মী ইবেন মায়ো লৈ পরেং মচা অমা পায়। ময়াদি অমতা য়াউদা মখাদাং ইকোপ কোপ মোমোন নোক লৈ পরেংদু হুকই ঐঙোন্দা। খুৎ শোকই "দিদিমনি" হায়রগা মখা তাবা বা ঙাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। মপি ঈরা চেন ঐবু কোন্দুনা লৈখ্রে।

ইবেনগী য়ুমদো পাকখনওই করিওই তৌই। কা মচা অমখক্তনি। লৈকাইনা খায়নদুনা শাবিবনি হায়। তাইবংপানবা অসিদা মাগীনি হায়বা নরুবা কনা অমতা লৈতে। ইবেনগী ইমুংদু চঙদুনা য়েংঙি। বানা শাবা কাংথক অমা লৈ। মথক্তা চরু খরা চাইথোক শেরা কানথা অমা বোড়া শেগাইবা খরা লৈ। মদু ইবেনগী ফমুং ওইরমাল্লে। কাচিন অমদা ঈশিং চফু ঙকশাংবী অমা খিল্লি। এনামেলগী গ্লাস অমনা মখুম খুম্মী। মদুদা ইবেনগী থকনবা ঈশিং খিনমাল্লে। লৈরং অমা লৈ মদুগী মনাক্তা তোসলা অকোপ্পা অনী, পুখম অমগা লৈ। মদুনা ইবেনগী চাকখুম। লক্ষ্মীপ্রিয়াগা চঙ য়েংমিন্নবনি। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা হায়— "ইচেম্মা ইবেনদি চাক থোংবোই থোংদবোই তৌবা জাৎনিদা। অদুননি ইবেনগী চাকখুম মথোং চাদ্রিবসি।"

ইবেনগী শূমাঙ মচাদুদা লীগী চৌকি অতেকপা অপৈবা খরা থারি। মদু মীঙোন্দৈ ব্রাইরুবনি হায়। লাক্কদৌরিবা ঐখোয় ফন্নবা। থারম্বা চৌকিশিং অদুদা ঐখোয় ফম্লে। ইবেন্না কলচরেল প্রোগাম অমা দিদিমনিদা উৎকে হায়রি লক্ষ্মীপ্রিয়ানা হায়। মদু ঐ য়াম্না য়েংনীংই হায়দুনা থিন্দনা ইবেনগী থৌরমদু হৌরে। ঈশৈশু শকই জগোয়সু শাই ইবেনগী হরাওজবা লোইরে। চৎলমদাইদা ঐনা ঐগী বেগ হাংদোক্তুনা য়েংবদা লুপা কুনখক্তমক য়াওরম্মী। লুপা কুন অদু ইবেনদা পী মাগী ঈশৈ জগোয়দা নুংঙাইদুনা থাবনি হায়না। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা বাঙ্গালা লোন্দা হন্দোক্লগা ইবেন্দা হায়।

লুপা কুনদু পায়রদুনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা ওনশিল্লগা হায় "মায়নু ঐগীদি শেলসে থমফম লৈতেনে। নঙ খরা থমজিনবিয়ু।" মদু তাবদা লক্ষ্মীপ্রিয়া মমিৎতৈ মপি

তারকই। শেল অদু থমজিন্নবা যুবক মন্দলগী সেক্রেটরীদা শিন্নরম্লে। ইবেন্না দরকার লৈরক্লবা মতমদা সেক্রেটরীদে লৌ শীজিন্নৌ হায়রম্লে।

ইবেন মায়োগী য়ুমদে ঐখোয় থোরক্লে। ইবেননা ঐখোয়বু খিন্দোরকই শোড়ক ফাও। লম্বীদা ঐখোয়গী গাড়ীনা থৌখিবদো য়েংহৌই মমিৎতে মপি তৈথোক তৈথোক লেপ। লক্ষ্মীপ্রিয়াগা ঐগসু পি তৈথোক তৈথোক ইবেনবু জিব মনুংদা য়েং য়েং লাকই। ইবেন উখিদ্রে ইবেন লৈহৌরে।

জিরিবাম য়ৌদ্রিঙৈ মরক্তা জিব মনুংদা ঐগী বেগ হাংদোক্লুনা ইবেন্না হুক্লকপা লৈ পরেং লৌথোকই। য়েংলুবদা লৈ পরেং অদো লংনা লেংবা ওইরমদ্রে লফু চনাম মশিংদা লেংবা ওইরম্লে। ঐনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা "লক্ষ্মীপ্রিয়া ইবেনগী লৈ পরেং সিদি লফুচনামদা লেংবা ওইরম্লেনহে।"

"ইচেম্মা ইবেন মায়োগীদি লং লৈরমলোই য়েৎতুম লৈরম্লোই অদুননি। মাদি তোনশ্রবা কনামতা লৈজদবা অহলনিনে। ঐ ইবেনগী লমন তোনদ্রে। মানা ইচেম্মবু মাগী য়ুমদা অমুক্তা পুবিরকউ উনবা খুদিংগী হায়বদো ঙসিদি মদু থুংলে। ঐনা ইচেম্মগা ইবেনগা উনহল্লে। ঐনা মতম কুইনদৈ নীংলকপা থুংলে। ইবেন্না ঙসি নুংঙাইজবদো, হরাওজবদো, পেনজবদো" হায়রগা লক্ষ্মীপ্রিয়া মখোল থোক্লা হীক হীক কপথোরকখি। ঐনা মথক্তসু হায়জখ্রে লক্ষ্মীপ্রিয়া কপকল্লি হায়না।

লৈ পরেং অদু বেগতা অমুক হাপচিল্লে। ইবেন মায়োগী পুনসী ইতিহাস ওইরিবা লৈ পরেং অদু পুদুনা হল্লকখি খোঙচৎ অদো।

(ইবেন মায়ো শিখিবা ফাওবগী ৱারীদি "ইবেন মায়োগী লৈ পরেং" হায়বা লমকোয় ৱারী লাইরিক অদুদা য়াওবনি।)

---

# ২৯

# মকোক ময়াম চৎপা জিরিবামগী খোঙচৎ অমা

মন্ত্রী মকোক, রাজনীতি ব্বালা মকোক, অফিসকি ফম অচৌবা পায়বা মকোক ময়াম অমগী নুংঙাইরবা খোঙচৎ অমা জিরিবামদা চৎখি। খোঙচৎ অদুদা ঐবু নুপী কালাকার শক্লাইরবী খরা পুবগী অরাঙফম ওইয়্যু ঐনা লমজীংঙদুনা পুগদবনি হায়না তাকপীরকখি অঙম্বনা। চৎলুই য়াওরুই ঐনা অরাঙফম ওইনা। কালাকারশিং অদুদি মমিং লৈরবী বাসক শকপী গম্ভিনী, থৌরানী শাবী অমদি শক্লাইরবী খোংজোম পর্ব্ব শকপী ইবেনীনচিংবনি।

জিরিবাম প্রজানা মৈতৈলোনগী ঈশৈ পামজবসি অঙকপনি। জিরিনা খরা তামথোক্লা লৈখিবা মরম্না মণিপুরবু অমদি মৈতৈলোনবু নুংশিজবসু হেল্লি মখোয়না। ইবেনীনা খোংজোম পর্ব্ব শক্কনি হায়বা তানবদা তিনবা মীয়ামদু জিরিবামদা লৈরমনি হায়বা থাজদে অদুকী মতীক য়ামখ্রে।

চিফ মিনিষ্টরসু য়াউই মন্ত্রী অতৈসু য়াউই। ইস্ফাল্লোমদৈ চৎপা অচৌ অশাং ময়ামদু মায়কৈ অমরোমদা ভাবোক ওইনা ফম্মী। লৈখিদ্রবা সলামগী তাইবুংঙো গম্ভীনা ঐবুসু মখোয়গী মনাক্তা ফল্লো হায়না কৌশিল্লি। ইবেনীগী ঈশৈ হৌরে। ভাবোক্কী অপাম্বা মতুংইন্না জিলা দরবারগী মতাং শকহল্লি। ঐবু কৌশিনবগী মরম ঈশৈ, শকপীদা শেল থানবা ওইরম্লে। নোংমনা থৌরানী শাবী গম্ভীনী অনীগী বাসোক নোংমনা ইবেনীগী খোংজোম পর্ব্ব। অসুন্না নোংমা নোংমো কান্নরগা বাসোক অনীরক খোংজোম পর্ব্ব অনীরক জিরিবামদা শকখি। শেল থাবা কাঙবু অনী থোকই। কাঙবু অনী অদু ফমফম তোঙান তোঙান ফম্নে। কাঙবু অমনা রাজনীতি ব্বালাগীনি কাঙবু অমগীনা অফিসারশিংগীনি। কাঙবু অনীদু শেল থাবদা হেনবা তান্নরিবনি। অফিসারশিংগীদি শেলদু মশা মশানা থাজে। রাজনীতি ব্বালাশিংগীনা ঐবু থাহল্লি। ঐবু থাও হায়দুনা ঐঙোন্দা পীরকপা নোট মপুন মপুলদু হাইফেৎ য়াম্মী ঐগী মাঙদা পয়বদু। মদু লোইনমক থাদোকখি।



*লক্ষীপুরদা শকপা বাসক*

নুমিৎ মরীনি শুরে ঐখোয়না জিরিদা লৈরিবা। লক্ষীপুরদৈ মী য়াম্না লাকই। বার্ত্তোন তৌরে ঈশৈ অমুক্তং শকপীরো হায়দুনা।

সিনামগী বিজয় বাবু জিরিদা পোকপনি জিরিদা চাউবনি। মতম অদুগী রাজনীতি ক্ষেত্রদা বিজয় বাবুনা জিরিগী নিংথৌনি হায়বা য়াই। জিরিবামগী প্রজাদি বিজয় বাবুনা হায়রগা লোইরে। লক্ষীপুরগী মৈতে মচাশিংনসু মাবু য়াম য়াই। লক্ষীপুরদা তাবা মৈতে মচাশিংনা তৌরবা বার্ত্তন অদু শোয়দনা শকহল্লগে হায়দুনা বিজয় বাবুনা য়াখি।

মন্ত্রী, অফিসার, ঈশৈ শকপী ইবেনীনচিংবা ইম্ফাল থোকখ্রে। বিজয় বাবু অফিসার অমা অনীগা থৌরানী শাবী, গম্ভিনীগা ঐগতা ঙাইহৌরে। ইম্ফাল থোক্কদমখৈ অয়ুক চৎনখ্রে। নুংথীন নুমিদাংবাইরমদা বিজয় বাবুগা মাগী চান্নরবা বন্ধু অক্ষয় বাবুগা, ঈশৈ শকপীশিংদুগা লোয়ননা লক্ষীপুরদা চৎলে। ঐদি অরাঙফমগী দায়িত্য লৌরিবনিনা ঐসু চৎলে।

ঈশৈ শকফমদা তিল্লম্বা মী অঙকপা ফংনা য়াল্লম্মী। য়ুমথক উ বা হৌরিশিংদা কাখৎতুনা য়েংনৈ। ঐখোয়না ফম্নবনি হায়দুনা থারমলিবা ফিদা অদুদা চঙদুনা বিজয় বাবু, অক্ষয় বাবু, প্রধান ঐ ফম্মে। বিজয় বাবুনা হায় জিরিবামদা তৌখিবা পুন্নমক্তু লক্ষীপুরগী মী উনরমনি। অদুনা চোপ্পা য়াবা নত্তে। শেল খরদি থাবনা চুম্মী হায়দুনা ঐঙোন্দা মাগী ফুরিংখাউদগী নোট মপুল অমা লৌথোক্লগা ঈশৈদুদা থাও হায়দুনা পী। ঐনা শেলসি য়াম্না উখ্রেদা মসি লোইনা থাদোক্কদরা হায়না হংঙি। অক্ষয়

বাবুনা খুন্নকই— লোইনা থাগদবনি। বিজয় বাবু চোপ্পা য়াদে। শেলদু লোইনা থাদোক্লে। ঈশৈ শকপীশিংদুসু মখোয়গী লৈজবী থাদুনা ভাবোক পেন্নবা শকখি। ভাবক্ ময়ামসু পেলহৌরে। লক্ষীপুর মীয়াম্না বিজয় বাবুবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎনহৌই।

ব্লারী মতেক অসিমদি ঐগী অফিসকী থবক্কা মরী লৈনবা নত্তে। অদুবু মসিমসু মথেল অমনি ঐগী জিরি খোঙচৎকি। নুংঙাই।

---

## ৩০

# তোংজৈ মরীল

তোংজৈ মরীল হায়না কৌনরম্মী হান্না লৈরম্বা কাছার লম্বীবু। লম্বী অসিদা খোঙনা চৎলগা থায়নগী ঐখোয়গী ইপা, ইতোলশিংনা কাছারগা লম্নোন ইতীক তৌনরম্মী হায়। হান্নগী কাছার য়ৌবা লম্বী তোংজৈ-মরীলদি লমাংদোংলোমদা চৎলি। লমাংদোং আইবিরোমদা চৎপা লম্বী অদুদা চৎলগা থোংজাওরোক তুরেল লাম্থোক্লুনা চৎকদবনি।

ঐনা তোংজৈ মরীলগী লম্বীদা চৎলুবদি ইম্ফাললোমদৈ লমাংদোংলোমদা চৎপা নত্তে। নুঙবারোমগী চৎপা খোঙচৎনি। জিরি চৎলুবা হল্লকপদা গাড়ী চৎপা য়ারবদি ঐ অমুক্তং চৎতুনা য়েংনীংঙি হায়বনি। নুঙবাদা লৈবা মী খরদা তোংজৈ মরীলসি গাড়ী চৎপা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা হায়বদু মুন্না হংলে। অহল অমনা হায়— "গাড়ী চৎপদি য়াগনি অদুবু খরদি ৱাগনি। তু আদৈ উরিবা তুরেলসে মসিগী থোং অসিবু লাম্থোকখ্রবদি অতৈ থোং অমা লৈরম্লরোই আ লমাংদোং য়ৌফাও। থোং অসি লানবা য়ানি য়ারোই হায়বদো ইবুংঙোখোয় অমা কুমথরগা য়েংবিরু। ইনক নকপনি সিদৈ চীংমায়সিদা কুমথরগা লৈরমনি।"

ৱাদু তারগা ড্রাইভরনা খোঙনা অমুক কুমথরগা য়েংলুদ্রবসু গাড়ীদা পুন্না চৎমিন্নরগা য়েংলুরসি লানবা য়ারম্নগা লাম্থোক্লুনা অদুম চৎখ্রসি। য়ারমদবা থোক্লুগনা হল্লক্লসি হায়রে। ঐখোয়গী গাড়ী চীংখাদুদা থৌথরে। থোং লৈবা মপা য়ৌরে। থোংদু খরা শেমজিন খোৎচিন তৌরগা গাড়ীদু লাম্থোকপদি য়ারে। নুঙবাদৈ অহলদুনা থোং অদুবু লাম্থোকখ্রবদি অতৈ থোং লৈরম্লরোই অদুম গাড়ী চৎপা য়ারগনি হায়রকপৈ মতুং ইন ঐখোয় গাড়ী থৌদুনা অদুম চৎলে।

লম্বীদু মাইল মরি মঙারোমদি খরা পাক্লম্মী জীব গাড়ী লায়না থৌবা চল্লম্মী। অদুদগীদি সুম খুজীল্লক সুম চপশিল্লক জীব চৎপা য়াশিল্লক্তরে। কোনা থেকফম লৈফম মখৈসু কূপশীল্লক্লে। মায়কৈ অনীমক্তা চৎশিনখিবসু য়াদা হন্দোকপসু য়াদা

তৌদুনা লৈরগদ্রা হায়না চিংনবা অমা পোক্রে। নুংশো থীরে। কোনা থেক্লিদু মথং মথং হল্লি। লম্বী অদু শেম্বা থোক্লরোই খন কাছার লম্বী অমা মুন্না য়েংলগা মায়কৈ অমরোমদা শেমগৎখিবরা খল্লি। মতম অদুগী তোংজৈ মরীলগী ওইরিবা ফীভমদু য়েংলুরগদি মফম খুদোংচাগ্নদবা য়েংদুনা হোংদোকখিবনা হেন্না ফৈ খল্লি।



*তোংজৈ মরীল লম্বীদা খোঙনা চত্নুনা কাছারদা লন্নোনবা নুপা অমগী শকলম।*

ব্বামনখিদুনা লম্বী খরা পাকপা লৈরম্বা মফমদা হেক হেক পোৎথাই। গাড়ীগী টিপসু নুঙবাদে লমাংদোং য়ৌবা ফাওবা লাকপদা টিপ মঙারক ফোৎলকই। কোনা লৈফম লৈফমদা গাড়ী মনীং হনবদা গাড়ীগী টিপতু চপখাইদুনা হোব্রা খল্লি। লম্বী খরা পাকপা মফমদা চাক থোংদুনা চাখিবৈ, উতোংচাক চাখিবগী খুদম উরকই। ময়ামদু উবদা নীংশিংলকখি—ঐখোয়গী ইপা, ইপল, ইতোনশিংনা মচা মশু থাক্লবা লেংকোৎ পুদুনা ৱানা চীং লম্বীদা চৎতুনা শেল তাল্লম্বা। খুৱ্রবা ফৎখিদ্রবা, ঙমখ্রবা তোংজৈ মরীল লম্বীদা মখোয়না খোঙনা চৎপদো কয়াম ৱারন্নি খল্লুবদা ৱাখলনা লাম্বা ফংখিদে।

মতাং অসিদা অমসু নীংশিংলক্লি। খোংজোম পৰ্ব্ব শকপা লৈখিদ্রবা ৱাংমুগী ওঝা খোংনাং। ওঝানা তাকপীরম্বা—

"মমাঙঙৈগী মতমদা লমলাং কৌবা চীং নিংথৌনা খুন্দারম্মী হায়রদনা লমলাং চীংনিংথৌগী মিংথাং লৌরদনা লমাংদোং হায়না কৌখিয়ে।"

অমনা—

"কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র চীংথংখোম্বা নিংথৌরেলনা তেখাওদৈ লালহল্লকপদা কৈরাওথেলগীদি লোকমাঙদা খঙ্গোল হকচিকলাং মালং ইচিক থেমখিয়ে।

তম্না পামেল ৱাংথোইবা উপাল মতোল লোম শাৎলিবা লৈরাং মাবু উখিয়ে। মিথয়েং শাংখৈরুরে লৈরাং মাবু। সিগুম্বা লৈরাংসিদি মৈতে তম্পাক্তা শাৎতেকো। শীঙেল লৈরাং চারা ফুক্কুনা পুরকখি।

মরম্না লমলেন লমনুংশি। লমাংদোং লমদমদি লমনুংশি। লৈরাং মাবু থাখিয়ে। নিংথৌনা ঙমদা ঙমদা থাখি হায়দুনা অনাবগী মিংথাং খরা লৌ নাগেশ্বর হায়না কোলোই মিংথোলখিয়ে।"

তোংজৈ মরীলগী লম্বীদা পোৎথা পোৎথা য়াম্না ৱানা লাকখি। খোঙনবু ওইরবসু গাড়ীনবু ওইরবসু অমুক হন্না তোংজৈ মরীলগী লম্বীদা চৎকে খনখিদ্রে। য়াম্না ৱানা অহীং অথেঙবদা লমাংদোং য়ৌরবা মতমতদা চনীং তানা স্বর হোন্নখি।

তোংজৈ মরীলগা অনৌবা শেম্বা কাছার লম্বীগা খেন্নবা হায়ববু তোংজৈ মরীলনা লমাংদোংলোমদৈ চৎলগা নুঙবা তাবনি। অনৌবা কাছার লম্বীনা ঙাপ্রুম চীংজীন, শগোলবন্দ লম্বীদা চৎলগা, অহানবা থেংনবা চীং মরু ইকোক কোকপা উৱা ইহৌ হৌদবা অদুদা ঙাপ্রুম চীংজীন কৌখিবনি মদোমদা চৎলগা নুঙবা তাখিবনি। লমাংদোংলোমদা চৎপনা লম্বী শম্মী অদুগা অনৌবা কাছার লম্বীনা শাংবা কোইথোকপা খরা হেল্লি। খেন্নবা হায়বু অদুতনি। নুঙবাদগী জিরি ফাওবদি হান্নগী লম্বীগা হৌজিক্কী অনৌবা লম্বীগা লোয়না লোয়ননা চৎখ্রে। খরদা থেংনৈ খরদা অমুক থেংনদে। অনৌবা লম্বীদি পাকই চাউই তোয়না শেম্বী। হান্নগী লম্বীদি শেম্বীদ্রবনিনা চীং কিছুখিবদা য়াওখিদুনা উরকত্রে। হান্নগী লম্বীদি ৱান রেনি। নুঙবাদা গাড়ী ওন্নফম ওইরম্মী। হৌজিক্তি অনৌবা কাছার লম্বী ৱান রে ওইদ্রে। গাড়ী চৎথোক চৎশিন্দা অথিংবা লৈত্রে।

হৌজিক্তি তোংজৈ মরীল (অল্‌দ কাছার রোদ) নৌনা ফজনা শেমদোক্রে। লম্বীসু হান্নদৈ খরা পাকথোক চাউথোক্রে। জীব নীংথিনা চেনবা য়ারে। হন্দক্তা মহাক লম্বীদুদা চৎলুই হায়না ঐগী মরুপ অমনা তম্মী। তাবদা চৎনীংঙি য়েংনীংঙি ঐনা চৎলুবা মতমগী লম্বীগা হৌজিক্কী লম্বীগা খেন্নবা। ৱাখলনা খল্লুবতা মঙাইরে পুক্নীংনা নীংলুবতা মঙাইরে। শোল্লবনিনা ঙমদ্রে।

---

## ৩১

# অনৌবা কাছার লম্বী

কাছার লম্বীগী মরু ওইবা বাফম অমা চিংথহৌরে। নীংশিংবা খরদং লীজগে। কাছার লম্বী গাড়ী চৎপদা য়ানবা নৌনা অমুক শেমদোকপনি। থায়না মমাঙৌদদি খোঙনা চৎনরম্মী হায়। অনৌবা লম্বী অসি হাংদ্রিঙৈগী মমাঙদা জিরি চৎপসি প্লেন তোংদুনা চৎনরম্মী। কুম্ভিগ্রাম এয়ারপোর্ট তারগা শিলচর ফাওদুনা জিরি চৎনরম্মী। প্লেন তাফমদৈ জিরি য়ৌননবা লম্বী অনী শুই। শিলচর সহর ফাওরগা চৎপা লম্বী অশাংবা অমা। অদগা চা বাগান ফাওরগা লক্ষীপুরগী ফুলেরটোল তারগা জিরি য়ৌবা অমা। চা বাগান ফাওরগা চৎপা লম্বীনা খরা শম্মী। হায়রিবা লম্বীশিং অসিদা চৎলগদা জিরি টুর চৎনরম্মী। লম্বীগী খুদোং চাদবা লৈরম্বা অসিনা মমাঙৌদদি হৌজিক্কুম জিরি তোয়না চৎপা ঙম্নরমদে।

অনৌবা কাছার লম্বীদি হাংলে। থোং শাবদি লোইদ্রি। থোং মচা মচা কয়া লৈখ্রে। তুরেল অচৌবা অহুমখক লৈ জিরি লম্বীদা। মদুদি ইরঙ, বরাক, মক্রু অহুমসিনি তুরেল অহুমসিগী মথক্তা শাগদবা থোংদি অচৌবা ঙাক্তনি।

কাছার লম্বী তাবদা চৎনীংঙি। য়েংনীংঙি লম্বীদু কয়াম শাংবা কয়াম পাকপা হায়বদো। লম্বী য়াম শাংঙি শেম্বা লোইফাৎত্রি হায়নৈ। জিরি য়ৌবা মতম চংগনি ডিমাপুরগুম লম্বী ফবা নত্রি। মদুগী মথক্তা ৱান ৱে ট্রাফিক ওইরি। চৎনীংবনা হেনজিল্লক চৎকদৌরি। নোংমদি চৎননবা থৌরাং তৌরে। অয়ুক পুং মরিমখাই তাবৈ মতমদা ইম্ফালদৈ জিরিবামগীদমক খোঙশাল্লে। লম্বীদা চারু থকলুনবা তলনচিংবা অথুম অহাও খরা থৌরাং তৌদুনা পুই। ঙাপ্রুম চীংজিনগী চীংখোঙ য়ৌবদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরে। নোনে য়ৌবা মতমদদি নোং পুমঙাল ঙাল্লে। অয়ুক্কী চা নোনেগী হোটেল অমদা থক্লে।

নোনেদা লৈরিবা থোংদু মরাক্তি খরা চপ্পী। থোংসু পংশাং শাংবা নত্তে। থোংখোঙ ৱাংমা ৱাংমদৈ ঙাক্লিবা সিফাইশিংদু সাইন তৌনৈ। মায়কৈ অমরোমদৈ

য়ারে হায়বা পাউ পীরক্রবা মতমদন্তা থোং লালহন্লি। অদুবু মাইল মঙ্গারোম চৎলগদি লম্বী শাথীনা ফৎলমদ্রে। বোলদর, কাংক্রিক, ঙাক্তা ঙাইবা লম্বী মতেক খরা, চীং কিম্থুখিবে লৈপাক খোৎতোক্রমবা কয়া থেংনৈ। খোৎতোকপা লোইরগা ঐখোয়গী গাড়ী লান, চৎলি। অসুম্না মতেক মতেক কয়া অমা পন পন্দুনা চৎলি।

নুঙবা য়ৌরে ঙহাক পোৎথারে। চৎলসি হায়দুনা গাড়ী তোংখৎলরে। অপাকপা লম্বী অনী লৈরম্মী। করম্বনা নিউ রোদনো হায়বদু খঙদ্রে। অহল অমদা হংঙি। অহলদুনা হায় ইবুংঙোহোয়না হংলিসি লম্বী অনীসি করম্বনা মৈহৌরোড লম্বীনো হংলিবনিনে খুড়াদা। সে খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই মখাদা চৎলিবা খরা পাকপা লম্বীসিনা মৈহৌরোডনি খরা মথক কাখৎলগা লৈরিবা অসিনা ঐখোয়না হাম্না চৎনরম্বা লম্বীদুনি। অনৌবা শেম্বা লম্বীসিদি য়াম ফবনি কোলাস ফজনা থাবনি। গাড়ী থৌবা কাদি নুংঙাইনি। লোইনা তারবা মতমদদি ভাব তারকখি মৈহৌরোড হায়বা ৰাহয়সি নিউ রোড হায়বনি হায়বদো।

ঐখোয়গী গাড়ী থৌরি চৎলি। খরা চৎলগা উজাও অমা লম্বীদা তুদুনা ফৈগাক ফৈনা লৈরম্লে। উজাও অদু চীং কিম্থুরকপদা য়াওরকপা জাৎনি। গ্রীফকি লম্বী শেম্বশিংনা কক্তুনা চিংথোক্লবা হোৎনরম্মী। মদু লোইরগা ঐখোয় লম্বী চৎপা য়াদৌরিনি। অসুম্না থোং য়াদবা, লম্বী স্লিপ তাবা কয়া থেংনৈ। খ্বাইদৈ কুইনা পনবা মফমদি জিরিবাম লোমদা খরা হেন্না নকশিল্লগনি। চীংজাও অৰাং অৰাংবা অঙম্বা য়াম লৈবা মফমদুদনি। মদুদা বোম্না চীং ককলি লম্বী শেম্লবা। মীগী খুৎনা চীং ককপা ঙম্বৈ ৰাদি লৈত্রে। বোম শীজিন্নদুনা চীংগী নুঙজাও থুগাইরিবা মফমদু য়ৌবদা ঐখোয়গী গাড়ী চৎহলদরে। গাড়ী খামলে বোম পোকখায়রবা মতুংদা লম্বী শেমজিনবা লোইরগা চৎপা য়াগনি হায়রে। চাউরাক্লা পুং অহুমমখাইরোম লৈরগা চৎপা য়াগনি হায়।

মফম অদুদা খরা কুইনা পনবা তাবনা লঞ্চ মফম অদুদা লৌরসি হায়নরে। গ্রীফকী কাঙবুসু লঞ্চ মতমনি হায়দুনা চাগদবগী থবক লেপ্লরে। ঐখোয় মহোয় লান্না লান্না চামিন্নরে। অয়াও অয়াওবা পুথোক্লদুনা হাপ্লরে। মহোয়গীদি তল অথাবা অচৌবা অদুগা হৰাইগা শাক্কনি। ঐখোয়গী অথুম অহাও লদু জিলিপিনচিংবা পুরকই। মখোয়দসু পীজে। মখোয়না তল অথাবদু চাবা ঙমদমখৈ পীরকই। অসুম্না গ্রীফকি কাঙবুগা য়েন্না য়েন্না চামিন্নরকখি। চীংনুংদা ফংদবা পোৎনিনা জিলিপি লদুনচিংবদু গ্রীফকী সিফাইশিংনা হাওনা পামনা চাখি। ঐখোয়সু চাক লাম্লবনিনা তল অদু কয়াদা হাওনা চাখিবা কাউবা য়াদে মহাওদো।

পুং অহুমমখাইরোম পল্লবা তুংদা লম্বী য়ারনি হায়দুনা ঐখোয় অমুক চৎলে। মসিনসু লোইবা নত্রি থোং মচা কয়াদা পল্লি। চীং কয়া নীংখায়রম্বী। মদু ঐখোয়না গাড়ী চৎপা য়ানবা খোৎতোকপসু য়াওই। লম্বী শেম্বনা কোৎথোকপীবসু য়াওই। ইরঙদি থোং লাল্লগা চৎলি। বরাক, মক্রুনচিংবদি তুরেল খোঙনুংদা ঈশিং অথেনবা থিরগা লাম্ছোকই। ঐখোয় কুমথরগা ফি তাখৎতুনা খোঙনা চৎলগা লাল্লি। তুরেল খোঙনুংদা কুল্লগা লাল্লিবা তুরেলশিং অদুগী মথক্তা থোং শারম্বা জাৎনি। নোংজু পাম্বাদা নোং নুংশিৎ অকনবা থোক্তুনা থোংশিং অদু লৈরায় নীংখায়দুনা ঈশিংনা চেম্থিবনি। থোংগী অতেক অকায় ময়াম তাবা উরকই। অরাপ্পদা অমসুং অনকপদা।

অসুম্না খুদোংথীবা কয়া মায়োক্নরগা জিরিবাম য়ৌরকখিবনি। জিরি য়ৌবদু নুমিদাং পুং ১১.৩০ রোম তারম্বা য়াই। ঐখোয়না থুংবদা জিরিগী প্রজা মীয়াম্না লালটেন পায়বা য়াও টোর্চ শিজিন্নবা য়াও ঐখোয় অরাকপশিং অমদি গাড়ীদুবু য়েংনখি ঙক্না। জিরিগী মীয়াম্না হরাওনখি ইম্ফাল লম্বী চৎপা য়ারে ফাওরে হায়না। ইম্ফাল য়ৌবা প্লেন্না চৎপদা ঙল্লমদবা অদু লম্বী ফাওরবনিনা লম্বীদা চৎতুনা ইম্ফাল উবা ফংলগনি খন। থোইদোক্না লাঈরবা প্রজানা।

লম্নাইগী গাড়ীগী ৱাদি খঙদে। সরকারগী জীব গাড়ী অনৌবা কাছার লম্বীদা ইহান হান্না চৎখিবা ঐনা তোংবা ইউনেসেফকি গাড়ীনা অহানবা ওইখি। জীব গাড়ী অদুদি নোর্মেল জীবতগী খরা হেন্না শাংবা অঙৌবা মচুগী গাড়ীদুনি।

অতোপ্পা জিরি খোঙচৎ অমদনা তুরেল খোঙনুংদা জীব লানবদা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারীনি। তুরেলগী লূরবা ঈশিং ঈচেল অদুদা অথেনবা ওইরবোই নীংদুনা গাড়ী থৌরুবদা অরূবা ওইরমদুনা পুৎথখিবগী ৱানি। ঈশিং ইয়ায়দুদা গাড়ীগী মৈসু মুথোকখরে। গাড়ীসু ঈশিংনা থুমজিনখরে। গাড়ীদুদা য়াওরকপা মী মখৈদি খোঙনা কুমদ্যা লাম্ছোকপ্রবনি। মখোয়দি মথক য়ৌদুনা তোর্বান্দা লেপ লৈখ্রে। ঐদি ড্রাইভরনা য়াগনি সুম তোংবীয়ু হায়দুনা গাড়ী মনুংদা ফমহৌবনি।

গাড়ী মনুংদা ঈশিং চেনশিল্লক্তুনা ঙকশম য়ৌগদফাও থুমগ্রবনি। ফিরোল শেৎলি চারিবদু লোইনা চোৎলে। লৈরম্বা সিফাইশিংদুনা চিংখৎপীদুনা গাড়ী অদু কংফালদি উচিন নাচিন্না য়ৌরে। লাইবক ফবদে থাও টেঙ্কি মনুংদু ঈশিং চঙলমদে। সিফাইশিংগা ড্রাইভরগনা গাড়ীদু য়ানবা শেমদুনা য়ারে। গাড়ী য়ারবদুদা ঐখোয় জিরি পাংনা লাক্রে।

উপায় লৈতবনিনা অচোৎপা ফিদু অদুম শেৎলগা লাক্লে। জিরিবাম য়ৌরবা অদুদদি ফিরোলশিং অদো পুমকং কংলে শাবনিনা। বেডীংনচিংবা অদুদি মচুম তারি। সেবিকাশিংনো ফিরোল অয়াওবশিং শুদোকপা য়াবনা শুদোকপিরে। য়াদমখৈনা নুংশাদা ফৌদোকপীরে।

হৌজিক্তি কাছার লম্বীদা লৈরিবা তুরেল অচৌ অচৌবা মখৈ থোং নীংথিনা ফজনা শারে। লম্বী পাকথোক্লে। বান রে ওইদ্রে। নুঙবাদা গাড়ী শিন্নবৈ অবাবা কোক্লে।

জিরিগী খোঙচৎ অমদি মখল অমগী খোঙচৎনি। ইউনিসেফকী গাড়ী অশাংবদু অনী পুদুনা চৎলি। গাড়ী অনীদুদা পুরিবা পোৎতি লৌউ শিংউবা অমদি ইং খোল কোইবদা শীজিন্নগদবা থাংতেন খুজু খুৎলাই ঙাক্তনি। ইউনিসেফনা থারকপা ঙাকনি। নুপীগী ট্রেনীং কেম্প অমা তৌনবৈ শেল লুপা ৮০০ সু পুই। সিফাইনা চ্যেক তৌবদা খঙদনবা উদনবা হায়দুনা বোক্সতা লুপা অদু হাপচিল্লগা উপাক্লু অমুক হন্না চেৎনা য়েশিল্লি। লম্বীদা চ্যেক তৌরিবা সিফাইশিং অদুনা জমফৎনা পার্সেল বোক্সকি উপাকশিংদু ফক্কৎ ফক্কৎলগা য়েংঙি। খুৎলাই ময়ামদু থেংনবদৈ সিফাইশিংদু কৈমতা হায়দ্রে। লাইবক ফবদৈ শেল হাপ্পা বোক্সতুমদি ফাক্লুনা য়েংবদা য়াওবীখিদে। মদু য়াওদবা অদুদা ঐখোয় শ্বর চনীং তানা হোনখি। নুংশা থীরম্বা ফখি।

শ্বর চৎলগা ইরং থোং য়ৌরে। থোং ঙাক্লিবা সিফাইদুনা গাড়ীগী পার্মিট পীয়ু য়েংগে হায়রে। হান্না চৎখিবা খোঙচৎ মখৈগীদি পার্মিট লৌরগা চৎপনি। লম্বী নীংথিজনা ফাওরবনিনা মীয়ান্না লায়না চৎথোক চৎশিন তৌনরবনিনা পার্মিট দরকার লৈরম্নরোই খল্লুরে। অদুনা খোঙচৎ অদুমদি পার্মিট য়াওদনা চৎপনি।

মতম অদুদা ঐখোয়গী অফিসতা ডিপুটি ডাইরেক্টর পি দেবেন্না ওইরি। মহাক ঐগা লোয়ননা চৎপনি। দেবেন্না সিফাইশিং অদুদা ইউনিসেফকী গাড়ীদি পার্মিট দরকার লৈতে। অথিংবা লৈতে হায়দুনা অফিসকি মীনা পার্মিট পীরক্তে হায়জিল্লে। মদু তাবদৈ সিফাইশিং অদুনা থিংলম্বা থাদোক্লুনা থাদোরকখি। থোংদুমা থাদোরক্লবনিনা থোং অতৈসু, গেট অতৈসু মথং মথং থাদোরক্লুনা জিরিবাম য়ৌরকখি। দেবেন্না পাইরক্কী লৌশিং পুথোরক্লুনা ঐখোয়বু জিরি য়ৌহল্লকখিবনি। দেবেন্দি ক্যান মেন হায়বা নুপাদুনি হায়না ঐনা মাবু থাগৎখি মতম অদুদা। হৌজিকসু থাগৎলি।

---

## ৩২

# জিরিবাম ব্লোক্তা তাবা গ্রাম সেবিকাশিং

ফাইতোল চীংদোং মচা অমনি। জিরি লম্বীনা চীংদগী তম্পাক হেক তারকপদা লৈবা খুল মচা অমনি ফাইতোল। খুল মচা অদু ফাইতোল চীংগী অকোয়বদা তাবনি। খুনজাশিংদু কুকিনা অনম্বনি। মৈতৈদি য়ুম্নাক অমা অনীতনি মফম অদুদা মহিলা সমিতি অমদি বালবাডি সেন্টার লৈ। গ্রাম সেবিকাশিং সেন্টর অদুদা তোয়না লাকই। থবক য়েংশিল্লে। মখোয়না মখোয় লাক্লম্মী হায়বা খঙনবা অমদি তৌরম্বা থবক অদু করি করিনো হায়বদু খঙননবা ভিজিটর বুক অমমম থম্নে। মদুদা মখোয়না তৌরম্বা থবকশিংদু ইশিল্লম্মী।

ঐসু সেন্টর অদুদা নোংমা চৎতুনা য়েংলুই। য়েংবা লোইরবা মতুংদা ইরমগে হায়দুনা ভিজিটর বুক অদু ফাক্তোক্লুই। গ্রাম সেবিকা অমনা ইরম্বা থেংনরকই। অসুন্না ইরম্মী—

"Phaitol visit. Lecture give. Health and Hygine."

Gram Sevika.

হায়না ইরম্বা।

তেলিগ্রাম মরোলদা গ্রাম সেবিকানা ইরম্বা থেংনবা মদুনা ঐগী পুক্নীগী অহানবনি।

অতোপ্পা গ্রাম সেবিকা অমনা করি তৌরম্মী?

গ্রাম সেবিকা অদু কুকিরা, মার ওইবরা? মিজোরা হায়বদু ঐ কাউথোকখ্রে। জাতি অহুমসিগী মরক্তগীদি মহাক অমা শোয়দনা ওইরম্নি। মহাক হৌজিক কেরেলা মচা অমদা ওংদুনা লৈখ্রে। মচা মশূ পোকখ্রে। মাবু লৌখিবা নুপা অদু ব্লোক্কী এস ও ওইরম্বনি। হৌজিক্তি মহাক আরব লৈবাক্তা ফম অচৌবা অমা পায়দুনা লৈখ্রে হায়না তায়।

গ্রাম সেবিকা অদু মৈতৈলোন শেংনা থোক্তে। বালবাড়ী সেন্টর অমগী অঙাং খুজিন খুয়া ককথৎপীবা নুমিৎ থোকই। মহাক খুজিন থাঙ অমা পায়দুনা লাকই। অদুগা অঙাংশিং অদুদা নখুৎ ককপীগে লাউ হায়না কৌশিনজে। মাগী বাদু তাবদে অঙাং পূন্নমক কিদুনা চেন্নখি। চয়োল অমরোমদি অঙাং অমতা কারক্লখিদে হায়। খরা লৈরগদি ভাব তানরক্কুনা লাক্লখিমাল্লে।

হায়রিবা অসি মৈতৈ তাবা খুঙ্গং অমদা থোকখিবা থৌদোক্নি।

---

৩৩

# তমেংলোং ব্লোক সেবিকাগী ৱাকৎ

তমেংলোং ব্লোকী সেবিকা অমগী কাটরদনি। ফক্লাংদা হুৎতোক্লগা অহীং অথেঙবদা চৈ থিংজিল্লক্কুনা লক্লে। হুৎতোক্কুনা চৈ থিংজিল্লক্লিবদু ফমুং মপাদনি। অসুম্না লঙনরক্লিবদু নুমিৎ নিনী হুমনি শুজিল্লক্লে। ব্লোকী কাটর অয়াম্বা কুইশিল্লকপগা, নোং-নুংশিৎ কনবগনা মরম ওইদুনা ফ্রোঙ ফ্রোঙ কিল্লরে। চৈ থিংজিল্লক্কুনা লঙনরম্বদগী নোংমা অহীং অমদি থোঙ নমখায়দুনা অফিসার য়ুঙাওবা চুড়াম্থাবদু চঙলক্লে। মা চঙলকপদা সেবিকাদু মাগী মরূপ অমগী কাদা চঙদুনা লৈখ্রে। মরূপতুগা তূম্মিনদুনা অহীং অদুমা লেলুরে। নোং ঙাল্লগা য়েংলুবদা মাগী ফম্মুংদা থনম্বা ফিরোল মোম্পাক, মোন, কাংখলনচিংবা অমতা লৈরমদ্রে। থিবদসু ফংদ্রে।

অফিসার অদুনা ফমুং অদু করিগুম্বা পুথোকলুরদি মানা তৌবনি হায়বা খঙখ্রগনি হায়না লোৎখিবা মাল্লি হায়নৈ মী অতৈনা। ফমুং অদো অদুম পুথোরকখিদ্রে মাঙহনখ্রে।

সেবিকা ইম্ফালদা থোকখ্রে। থোকখিবা থৌদোক অদু মরীক চুন্না ইরগা মাগী ৱাকৎ চে অমা ডেভেলপমেন্ট কমিস্নরদা লান্নশিল্লরে। মচীন্নসু ৱারীদু কমিস্নার সাহেবতা লীরম্মী। মাবু তমেংলোংদা অমুক হন্না থাবিরগনু হায়জরম্মী হায়। কমিস্নর সাহেবনা ৱাকৎ চে অদু পাবা লোইরগা ঐবু কৌশিল্লী। ঐঙোন্দা চে অদু পাহল্লি। অদুগা হায়— “নঙনা নুপী অঙাংগী থবক পুবনিনা নঙনা এনক্বারী অমা তৌরুবা তারে। নঙ হয়েংমক তমেংলোং চৎলো। হল্লক্লগা রিপোর্ট অমা পীগদবনি। রিপোর্ট অদুগী মতুংইন্না থবক মখা চৎথগনি” হায়রে।

তমেংলোং চৎলে ঐ। এনক্বারী তৌরুরে। কমিস্নরদা ঐগী রিপোর্ট লানখৎখরে। বিচারদি ফৈদু কৈনৌ ৱায়েল।

৩৪

# চীংদা নুপীগী পুন্সী

মিৎতা শংশংনা উরক্লি অঙম্বা চীংদা শম পুবী অহম মরি কাখৎপদো। শম মনুংদা ৱাগী উতোং থগাইমুক শাংবা পীক থন্না হাপ। উতোং মনুং অদুসু ঈশিং পীক থন্না য়াও। ঈশিং হৈদোকখিদনবা হায় মেল্লি চরুচনাই চেৎনা লৈশিল। নুপীশিংদো আ লোকখাদৈ ঈশিং শোকলুরগা চীংদোল য়ৌনবা কাদৌরিনি। মসিনি মখোয়গী পুন্সী।

উরকই শেগায়রবা শঙ্গোই অফৈবা অমগী য়েনখাদা লেপশূম্বল অমদা ফৌ শুরিবী অহল অমা। হনুবীদো পুংখায়মুক্কী মনুংদা শূক অদো মরী মঙারক থাঙ্গ থলি। করম্বা মতমদা মাগী চেঙ চোইবদু লোইগনি। খঙদে কনানসু খল্লুদে কনানসু। য়ুম অমগী মাঙ্গোলদা নুংশা য়াইদুনা ফম্লীবী, মমায় কুরু কারবী, মমিৎ মশেন মরাং উরবী, পোৎশক অমতা শেংনা উদ্রবী হনুবী অদুবু কনানা য়েংবিরমদগে কনানা শেন্নবিরিদগে?



*চীংমী নুপী অনী লোকখাদা ঈশিং শোক্লুরগা চীংথক কারকপা।*

অমবোমদা অমুক তারকই লৈশা নহা মচা অনী ইনশাং থিবা চৎখি। শম অমমম য়ান্দুনা থাঙ মচা অমমম পায়দুনা। চৎখ্রিবদু লোকনুং মান্নুং, জঙ্গল উমং ৱামংদনি। ইনশাং থিবা চৎখ্রিবা নুপীমচা অনীদুগী মরক্তা অমদি হল্লক্রে। হল্লক্লিবা নুপীমচাদুগা অমদুগা



*চীংগী লৈশা অনী জঙ্গলদা ইনশাং থিবা চৎপা।*

করম্না কায়নখিবনো খঙদ্রে। য়াম্না কৌরে তাদ্রে কোয়থীথিবদসু ফংদ্রে হায়দুনা কপ কপতুনা হল্লকখি। থা অহুম মরিরোম শুরে নুপীমচা অদুনা মাঙখিবা। নুমিৎ ১০ নিমুক্তি মমা মপাদুনা য়াম্না কন্না থিরম্মী। ফংদ্রবা অদুদদি মমা মপানসু থিখিদ্রে। নুপীমচা অদু লাইগী মচানি। মীরক্তা মতম কুইনা লাইগী মচা থম্নীংদদুনা লৌশিনখিবনি অসুম্না। মদো মমা মপাগী নুংঙাইতবা অদো খরা মখৈদি কোরুবা, পেনথোকপা ঙম্নবা ময়াম্না শাগৎতুনা হায়বা ওইরম্বা য়াই।

মতৌ অসুম্না চীংগী লমদা মরুওইনা তমেংলোংগী মনুং হুনজিন্না লৈবা খুঙ্গংদা মাঙখ্রিবসি ফনা য়ামশিল্লক্লে হায়। বারীসি কবুই ইমাশিংনা লীবিরকপনি।

নুপামচাদি অমতা মাঙখিদে নুপীমচাতমক মাঙখি। করিদগীনো করিননো খনখি। নুপীমচাদি পাঙ্গলদা নুপামচাদে খর হুঙ্কে খরা শোল্লি। লমজেল য়াঙদে নুপামচাগুম্না কন্না চেনবা ঙমদে। উ কাবসু নুপামচানা হেল্লি। শা কৈনা তান্নররুবদি চেনবা লোৎপা কয়া হৈতবনা মরম ওইরমগদ্রা হায়না খল্লি। নত্রবদি মতৌ করম্না মাঙখ্রিবনো? করম্না কদায়দা চৎখ্রিবনো? চীংগী নুপীমচাশিংদো চীংগী লৈশাশিংদো।

চান্দেল লম্বীদনি। পলেল য়ৌগদবা মাইল মরি মঙারোম ৱাৎলি। ত্ৰরাও খুন্দা উইমেন সোসাইটিগী মিটিং অমা য়াওরুবনি। রেজিষ্টর বুক অমা কাউদুনা মিটিং মফমদা লৈহৌরে পুরক্লে। মদু লৌবা গ্রাম সেবিকা সুন্দরী চৎখ্রি। ঐ মাবু ঙাইদুনা লম্বী ময়াদা লেপতুনা লৈহৌই। অসুম লেপলিঙৈদা হুমাং জী জী চেল্লবা নুপা মরীনা দোলাইরা কূরা করিনো অমা পুদুনা চেন্না চেন্না চৎলি। নুপী অমগা নুপা অনীগসু তুং ইল্লি ইল্লিবশিং অদুসু নুংশা থীবা অমগা লোয়ননা চৎপা মাল্লি। পুরিবা অদু অনাবরা অশিবরা খঙদে মীদি মীনি। মখোয়না পুখ্রিবা দোলাই অদো য়ানবদা ঙাইরিবা শরী কুহীগী উনা শেম্বনি। মশা মরেং মনা য়াম য়াউই। নান্না হিদোক্তুনা চন্বা নত্তে। পুখ্রে উখিদ্রে দোলাইদো। তামখ্রে মিৎনা উবা ফংখিদ্রে। খঙনীংবগী



অনাবা পুবা দোলাই।

ঈখৌ লাংবদি হেনগৎলক্নি। পূক্নীং তয়াং তশোই লাঙতক্নে।

সুন্দোরী লাক্নে। পুম্নিবা দোলাইদো উহৌব্রা হায়না ঐনা মঙোন্দা হংঙি। মানা উহৌই হায়রগা হংলুবা তৌদনা মখা তাথরকই। ৱারী ৱাখোঙদু মরীক চুন্না লীরকই। তরাও খুলদৈ খরা চঙশিল্লগা থমনা পোকপীদগীসু খরা হাইজিল্লগা খুল অমা লৈ। খুলদু খরা থাপ্লী লম্বী থোংসু কয়া খুদোং চাদে। দোলাইদু খুল অদুদগী পুরকপনি। ককচীংগী ডাক্তর য়ৌনবা পুদৌরিনি। দোলাইদা পুরিবা মী অদো নুপীনি। অশিবা নত্তে। চিংনদুনা মচা পোকপা ঙমদনা লৈবা নুমিৎ হুমনি শুরে হায়। য়াগদরা হায়দুনা অদুৱাইগী মাইবা মাইবী কৌদুনা য়েংহল্লকপনি। য়ারকত্রদুনা ককচীং ডাক্তর খানা তান্না পুদবা য়াদদুনা পুরিবনি।

মখা তাবা পাউদি খঙখিদ্রে।

# ৩৫
# চৈরাও কৈথেল কাবা

চৈরাও কৈথেল কাবা হায়বসি অয়াম্বনা খুইহ্রম্বন্দ কৈথেলদা চৈরাওবা হয়েংনি হায়বা অদুগী নোংমা থাংলিঙৈ কানৈ। ঐগী চৈরাও কৈথেলদি নুমিৎ ১০ নিমুক থাংলিঙৈ কাবা হৌই। কৈথেলনা জিরিবামদনি। চহী খুদিংগী জিরিবামদা চৎলি কৈথেল কাবা।

চৈরাওবা নুমিৎ তরানিমুক থাংলিঙৈ জিরিদা টুর হেক হেক চৎলি। খঙদবা মীনদি সরকারগী থবক্কী নামাদা লন্নাইগী থবক চৎলি। সরকারগী গাড়ী লান্না শীজিন্নে খল্লন্নি। থাফমদো মায়কৈ অমরোমদা খল্লুরগদি লাল্লি হায়না লৌবিবা য়াই। অদুগা অমরোমদা অরেম্বদা মাঙখিদবা মতম অমসুং পোৎ কান্নবা হীরমদা শীজিন্নবনা হেন্না ফৈ খনবদগী কাজবনি কৈথেল। লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা তৌজবনি।

টুর ডাইয়েরী চুন্না ফজনা ইদ্রগদি ট্রেভেলিং এলাওয়েন্স লৌবা য়ারোই কমিস্নরনা এপ্রুব তৌরোই। ইথৌ নীংথিনা পাঙথোকত্রগদি মীনসু য়ারোই লাইনসু য়ারোই। সরকারগী থবক তৌবা মী অমা ওইনা চপ চানা ফজনা থবক থৌরম পাঙথোকচৈ। লেন্না হল্লক্‌পৈ মহুৎ নুংঙাইনবা হায়দুনা কান্নবা খরা য়েংজরক্পতনি।

করি করিদি লৈরকই জিরি কৈথেলদগী?

রানী গাইদিলুনা মাগী লৈফম লম মচেৎ অমা পীবিয়ু হায়দুনা ভারত সরকারদা হায়জৈ হায়না তায়। মদু অচুম্বরা চুমদবরা হায়বদুদি খঙদে। লমদুদি কাছারগী মনুং চন্না লৈবা মণিপুরগী চীংগা তাইনবা লমহাংনি হায়। লম চাউই লৈহাওসু ফবা লমনি হায়। লমদুগী মমিংনা সরাই। পুল্লৈ য়ান্না হৌই। সড়াই পুল্লৈগীদমক মমিং চৎলি থোইদোক্না জিরিবামদা।

সড়াইগী পুল্লৈদি মপোপ চাউই ফজে য়েংবদা নুংঙাই। জিরিবাম বাজারদা কোকথোং কোকথোং পুরক্তুনা য়োল্লৈ। চাউখ্রে কোকথোংদ্রুসু। চৎকদবা নোংম



*সড়াইদগী নুপীশিংনা জিরিবামদা পুলৈ কোথোং পুরকপা।*

নীনি ঝাৎলিঙৈ শীংখি কোকথোং অনী পুরকউ অহুম পুরকউ হায়বদো। ঐনা হায়খিবা মতুংইন্না পুরকই জিরিগী আইবিদা। মদু ইম্ফালদা পুনবা লৈ।

জিরিগী কৈথেলদগী লফোই লউ, ক্বা মরু, পানা মনা হৱাই থাংপাক খোংদ্রুম, মাইরেল লৈশিল্লি। চাকহৌ চেঙসু ৱানশিল্লি। লফোই লউদি হৈজীংদি ফারবা লফোইগী মখোয়দি কেল্লবা য়েংবদদি শংনা উরিবা ঙাক্তা লৈ। মরমদি মমুন ফাবা লৈরুরবদি কুইনা থম্বা য়ারোই। ইম্ফাল য়ৌবদা খাম্মনি। লফোই লউশিংদু জীবকী হুদ ঙাকলিবা য়োৎচৈদা য়ানদুনা পুরকই।

নুঙবা য়ৌরে। গাড়ীদৈ কুমথৈ। থাংজিয়েন পরেংগী মপুল মঙা তরুক লৈরে। কংলায়েন লৈরে। হল্লকলে য়ুম য়ৌরে।

অসুন্না ঐনা সরকারগী থবক তৌরিঙৈদা চৈরাও কৈথেল চহী খুদিংগী কারকই জিরিবামদা। মীনা খনবিরম্বা য়াই লৈরক্লিবা পোৎয়াম অদো চাবদি ঙমফম থোক্তে শোয়দনা য়োল্লমগনি হায়না। লল্লোন্দুনা নুংঙাইবা থিবা মীতাদি নচ্চদে ঐ। কুমসি চৈরাওবগী লাইদা কৎনবনি হায়দুনা খঙনা চান্নবা মীদা, লৈকাইদা য়েনথোক্লগা পৈশানা লৈবা ফংদবা মীদুগী হরাওবা নুংঙাইবা মায়থোঙদু মদুতা উজরগা ঐগী পেনজবনি।

---

৩৬

# মফম মফমগী ইনশাং মথেল চাবা খুৎচা

মণিপুরগী খুঙ্গং য়াম্মী। ইনশাং মথেলসু য়াম্মী মশীং থীঙমদে। মথোং মথোংসু অমগা অমগা খেন্নে মান্নদে।

**বেঙ্গলীগী মথেল**

মথক্তসু পনজখরে। আরতি দত্ত জাতিনা বেঙ্গোলীনি। মতম অদুদা মানা পায়রিবা অফিসকী ফন্না সোসিয়েল ৱেলফিয়ারগী মুখ্য সেবিকানি। মানা জিরিবাম পোষ্টিং তাবকান্দা থেংনবনি। মহাক অফিসগী থবক ফৈ। মরন্নাইগীদসু নোম্বা কল্লি। মথৌনা ফৰা নুপীনি।

মহাক্কী জিরিবামদা ইংখোল অমা লৈদুনা লৈ। ময়ুম মকে নীংথিনা মওং তানা শাই। মহাক্কী ময়ুম লৈবা খুলদি কালিনগরদনি। জিরিবাম বাজারগী অৱাং পাংবদা খরা চঙলগা লৈ কালিনগর। মাগী ময়ুমদুদনি ঐনা জিরি টুর চৎপৈ খোঙচৎ অমদা থুংদুনা অহীং অনী লেক্লকপা।

অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্টতা আরতিনা পী পুরি, শাক, চা। ফোং ফোং শাবা ঙাক্তা।

চাকলেন্দা বেগুন ভাজা, পোটোল ভাজা, হৱাই থোংবা সাজনা থাকপা, মুরী ঘন্টো ঙা মকোক মরূগা খোংদ্রুমগা থোংবা, মনা মশীং মরোই মপাং খরা হাপতুনা কংনা ঙৌবা, ঙারিনখা থোংবগা মান্নবনি বেঙ্গোলি লোন্দা চতরী হায়নৈ। দহী শঙ্গোম অফম্বা। চীনি অঙাংবগা তোৎতুনা চাগদবনি। চীনি অঙাংবদি ঐখোয়না পাঙন চিনী হায়না খঙনবা চিনী অঙাংবদুনি।

আরতিগী ময়ুমদা লৈবা মতমদা মথক্তা পনজখ্রিবা ইনশাং ময়ামসি শুনা পীজরকই।

## মৈতৈ ব্রহ্মণগী য়ুমদা চারকপা চাক ইনশাং

লক্ষ্মীপ্রিয়া মথক্তসু পনজখ্রে। মহাক ব্রহ্মাণ ইমুংদা পোকপনি ব্রাহ্মাণ চনুনি। মাবু পোক্রম্বী মমা লৈখিদ্রে। মমাগা পোকমিন্নবা মমাবোক্লা মাবু চাউননবা য়েক্রুকখি। হৌজিকসু মমাবোক্লা কোনবিরি।

লক্ষ্মীপ্রিয়ানা হায় "ইচেম্মা! জিরিবামদসু য়াম্না তোয়না লেঙঙকই। য়ুমকৈ অসিনা যুগোৎ কয়া চাদবসিদা নোংমতা ঐগীদা লেক চাদুনা লৈসি হায়জবা ঙমদে। ঐগীদা চাক চরা অমতা চাম্মিনসিবা। ইমাবোক্সু তৎতনা হায়বনি।"

ঐনা খুম্মী "নহোয়গী ইমাবোক ঙা চাদে হায়বদাই। ঐনা নঙগীদা চাক চাবা তারবদি ঙা য়াওদনা চাবা তাই। ইমাবোক্লা চাম্মীন্নবা য়ানবা।"

"ঙা য়াওদ্রবদি ইচেম্মা হাবা য়ারোইদ্রা হায়জরিবা।"

"য়ানি য়ানি। অদো কৈদৌঙৈ চাসি হায়রিনো?"

"ইচেম্মনা হংচিৎ লেঙখিগদবনিনা হয়েং অয়ুকসি হেক্তা চারসিনে।"

লক্ষ্মীপ্রিয়ানা চাক্কৌবা অদু মতম চানা মাগী ময়ুমদা য়ৌরে। থোং থাকপা পুন্নমক ঙম্না ইমাবোক থৌরানী অদুনা তৌদুনা লৈরম্মী। লক্ষ্মীপ্রিয়াবুদি মথোং মরম খঙদে হায়দুনা চাকখুম চঙহন্দবা জাৎনি। ইমাবোক অহল ওখাক ওইরবা মীতানি। অমাং অশেং য়াম্না খায়বা অহলনি ব্রহ্মাণগা ওইশিল্লে। ঐবু চাক চারমদাইদা ফি হোংদোকহল্লি। মুগাগী ফনেক ইনফি পুথোরক্লুনা। ইমাবোক থৌরানী অদুগী পেন্নবা ঐসু তৌই।

চাক চাবদা ফম্নবা জিরিগী ফক অনানবী মচাদু থাই। চাকলুক মনাক্তা ফল্লে। চাক ইনশাং মথেলদি—

চাক মথেল অনীনি। চাকহৌ মথেল অমা। চুন্নগী চাক অমা। হৱাই শোক, ইরোনবা, চমফুৎ, বোরা, কাংহৌ, বেশন পাকনম, পকৌরা থোংবা, উতি। উসবকা মান্নবা মথেলনি। অরোইবদা শঙ্গোম অনৌবা নঙ নঙ লাউনা ঙৌবা অদুগা জিরিগী লফোই মনম নুংশিবা চাকহৌগা তোৎলগা চাগদবনি হায়দুনা ইমাবোক থৌরানী অদুনা পীজরকই।

## ঐনা থেংনরকপা জিরিগী চা-মরোল

হৌজিক্তি খণ্ডদ্রে। ঐনা চৎলুবা মতমদুগী ৱানি। অমাং অশেং গৌরিয়া য়াম্না তৌই। অহল লমন লৈবা ইমুংদদি অয়ুক্কী চা লোলবসে ইরুজদ্রবদি লোন্নদে। চা লোনবা তারবদি লোনগদৌরিবা মী অদু হান্না ইরুজগদবনি। লোনবা মরোলনা চা মনাগা ঈশিংগা পুন্না হাপমিন্নরগা লোনগনি। চিনিনা কোতংনি। চিনি অঙৌবা হাপ্লসু য়াওই। খুঙ্গং অয়াম্বদি কোৎতংনা নম্না থক্লে।

## মাও মরাম অমসুং চুড়াচান্দপুরগী চাক ইনশাং

মাও মরাম অমসুং চুড়াচান্দপুরগী চাক ইনশাংদি অমহানি। চাক্কা ইনশাং মথেল অমগনা লোইরে। মাওনা হেনবা অমখক্তি দশকুশা চমফুৎতুনি। অদুগা খুল্লানবা লাকপা মীওইদদি পোৎ হাপকল্লি। মাও মরামদি লৈহাও ফবা লম ওইনা তৌই। কোবী মতুম তাবী, হঙ্গাম, আলু, দশকুশ, হৈখা অচৌবা মরাঙ কায়না থোকই। ময়ুমদদি থোং থাক্কুনা কয়া পীজগন্দে। খুল্লানবা লাকপা মীদদি ইনশাং নাপীশিংদু হাপখি।

## চুড়াচান্দপুরদা খোলী মুখ্য সেবিকাগী য়ুমদা চারকপা

চুড়াচান্দপুরদা খোলীগী য়ুমদা চারকপা চাকলেন্না পূমতোপ তোপ্পী। টেবল মথক্তা কাটা চামুশ তৌদুনা চায়। মোরেলোমগী টিন ফিস থোংবা, চমফুৎ, অহাওবা য়েন থোংবা, সবজী অসিনচিংবা কয়ানি। চাবা লোইরমদাইদা খোলীনা হায়রকই "ওচা ঐতি পুদিংকি মহুৎ রোসগুলা লালমোহন ওইনা তৌরে। ঐতিনেকো ওচাপু এক পুদিং অতু পীজনীংপা। মতু শেমপা ঐ শংত্তপনি। ঐ নত্রপতি অতৈনা শেমপা হৈতপা। রসগুলাকা লালমোহনকা অসি চারোকো ওচা। লমকাদা মাররারি হোটেল অফবা অমা লৈপনে। মদুদা সিংতুনা হৌহনপনে। ফোং ফোং শারিপনে ওচা চাও ও হাওকনিয়ে।"

খোলীগী ইমুংদা অহীং অমা ঐ লেক্কুনা লৈরকখি। ঐগী হিপনবা খোলীনা শেন্নম্বা ফমুংদু ফিরোল অহনবা ঙাক্তনি। মোম্পাক, মোন, কম্বল, কাম্বা, কাংখল মোরেগী ঙাক্তনি। কয়াদা নুংঙাইনা লৈরকপ্রবা। মখল মথেলনি।

## চান্দেললোমগী চাক ইনশাং

মোরেদগী হল্লকপা খোঙচৎনি গ্রাম সেবিকা ময়ামগা লোয়ননা। লোকচাওদৈ খজিক্তং হেন্দোক্লকপদা ঙমনুনা দুংশা লৈরে লৈরে তাতা গাড়ী খাম্মো। দুংশানা ওচা ঐখোয় ঙহাক্তা কুমথরুখিগে হায়দুনা ঙমনু, দুংশা, লীংদিন অহুমদু কুমথদুনা চীংখাদা চৎখি। খাও মচা অমমম পায়খি। মশক উখিদ্রে। সংশীলদি য়াম্না তপচবা নুপীমচানি। মাগা ঐগা গাড়ী মনাক্তা লেপতুনা লৈহৌই। মখোয় হল্লকপা ঙাইরি ঙহাক লৈরগা মহোয় অহুমদু হল্লক্লে। মহোয়না পুখিবা খাউদু থন্না থন্না লাইবা মতোন মখোয়না থেক্লকপদু হাপ। ঙমনুনা হায়— "ওচা মসিগী ৱাসিতিনে হাওপনা মহানি। অতুকা তেংনৌপলকি মনুংতাকো লোকচাও মনাক্কী ৱাসিনসু খ্বাইদৈ হাউপনি হায়নপনিকো।"

খোংখাং মপা হেক য়ৌরকপদা দুংশানা গাড়ী খাম্মো হায়দুনা অমুক খাম্মী। দুংশাগা ঙমনুগা খাও মচা অমমম পুদুনা খোংখাংগী চীংদোং মচাদুদা কাখৎখ্রে। কুইরক্লোই হায়দুনা লাউরম্মী। অদুগা ময়োম অমমম পায়দুনা কুমথরকই। খাউদসু খরা য়াওরকপা উই। ঐখোয় হল্লক্লে কমলা থাবী য়ৌরে।

কমলা থাবীদা চাক থোংদুনা চারে। খোংখাংগী চহী অহুম হেল্লবা সোইবুম ইরোনবা, লোকচাওদগী থেক্লকপা ৱানৌ মচাদু কাবক কাবক মৈদা থাদোক্লে। শেংনা অচাকপা ৱাকুদু খোকতোক্লে। ঈশিংদা শেংনা চামথোক্লগা খুদোন মরি মরি শাংনা কক্লগা মশুং মরি থোক্লা খায়দোক্লে অদুগা য়েন থোংবদা হাপ্পা। মদুগী মথোংদুদি য়েনদগী ৱানা হেন্না হাউবা জাৎনি। চমফুৎনা কোবী মতুম তাবীদু য়ুংনা কুপনা খায়রগা ফুৎপা। ইরোনবনা আলু ইরোনবা অদু মচু ফজবা শাবদি কয়া শাদবা হাও মোরোক হায়না খঙনবা মোরোক অশাংবী হাপ্লগা ইরোনবা। মচু ফজবা অদুদা য়োংচাক অশংবা কুপনা পানা ঐখোয়না শিংজুগীদমক শোইবা অদুগুন্না শোইরগা ইরোনবা অদুদা থাকপা। খোংখাংগী চহী অহুম শুরবা শোইবুম অরীবা অদুগা ঙাক্রাগা থোংবা মথেল অমা। পুন্নমক অদুগী মথক্তা ঙমনুগী মোরোক অমেৎপা অমা। মথক্তা পনখ্রিবা ময়াম অসিনি। ঐখোয়না চারকখিবা।

তেংনৌপল, চান্দেল, চকপীকারোং হেক পল্লকপদা ঙমনুগী অমেৎপা হেক্তা নীংশিংলকই। হাওখ্রবা কাউবা য়াদবা মথেলনি।

কাউবা য়াদবা চাক্কী মথেল অমনা উতোংচাক। গ্রাম সেবিকা ময়াম্না পুবিদুনা মোরেদা চীংগী উতোংচাক চাবা ফংলকই। উতোংচাক য়াম হাউই উই উই লাউরদনা। উতোংচাক হায়বসি খঙবসু য়াওরমনি খঙদবসু য়াওরমনি। বা মতাং মতাং কব্রুগা ঈশিং অমসুং চেঙ মনুংদা হাপচিনবনি। মহী ওইগদৌরিবা ঈশিংদু চাং অমা য়েংলগা হাপকনি। অদুগা মখুম চেংনা খুমজিন্দুনা মৈদা লৌগদবনি। মুল্লমনি হায়বা মতম অদুদা বাগী উতোং অদুদগী খায়দোক্লগা চাক লৌথোক্লগা চাগদবনি।

## উখ্রুলগী চাক ইনশাং

উখ্রুলগা চাক ইনশাংসু য়াম হাওবা জাৎনি। চাকনা কুইনা মৈদা য়াইরবনিনা উই উই হেক লাউরদনা ওম্বোক্লা হাওখ্রে। খুল্লানবা চৎপদা খুঙ্গংদা চারকপা ইনশাংদি অঙৌবা, অথোংবা, চমফুৎনা মরু ওইবনি। ঙাদা ঙমু শংগুম থোংবা, তাউবা অসিনচিংবনি। চমফুৎতি দশকুশ ঙাক্তনি খেন্নবা হায়ববু মখোয়দি ভিটামিন মাঙখিদনবা মকু খোক্তে। শেংনা চামথোক্লগা মগুং মরি থোক্লা খায়দোকই। খায়দোক্লবা মতুংদা মনুংগী শামু মানবা মরু অদু লৌথোক্লগা ফুৎলি। মথক্তা পনজখ্রিবা অসি খুল্লানবা লাকপা মীওইদা পীজবনি।

মুখ্য সেবিকা নেমপীগী কাটরদা চাখিবা চাক। নেমপীগা ঐগা মাগী চাক চাফম কাদা চাক চামিন্নৈ। নেমপী থোং থাকপা হৈবী নুপীনি। অহাও অহাওবা ঙাক্তনি মানা থোংলমলিদু। মথেল পংয়াম য়ামদে। চাক চাবদু তংখায় চল্লক্রবদা ঐনা নেমপীদা হংঙি "নেমপী নঙবু ঙসাই ঐঙোন্দা য়েরুম তল পীজনি হায়খিদাই?"

ঐগী বাদু তাবদগী নোক্কনবী নেমপীনা ফাক ফাক নোক্লগা চারম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা "হা ইমা ওচা! হৌপনিনে য়েরুম তলতো ঐতি কাউদুনা পুরকখিতপনে।" লৌরুগে হায়দুনা চৎখি। চাকশঙদা চঙখি অদুগা তলদু হাপ্লা প্লেট অদু টেবল মথক্তা থল্লগা "ওচানা নেমপীনা হৌবা য়েরুম তল হাউই অতৈনা হৌপকা মান্নতে হায়পতুতা পীচনীংতুনা য়াম্না হৌপনিনে। অতুতা কাউথোকখিতুনা রেক মথক্তা অতুম থল্লমপনিতনা। নহা ওইরিঙৈতা অসুক কাউকল্লপতি হয়েং অহল ওইরক্লকতি কমতৌপা তারে হা ওচা?" হায়রগা নোকথোরকই।

খুল্লানবা লাকপা মীওইশিংবু ওকপা, পীজ পীথক ফজবা, লুবা নানবা, সেবা ফজবা উখ্রুলনা ইহেল হেল্লি।

## থাঙগী ইনশাং য়েল্লীগী মখেল

থাঙ তোঙ্ব্রম লৈকাইদা লৈবী তোঙ্ব্রম নিঙোল চন্দ্রকালা। মহাক ঐগী চান্নরবা মরুপনি চহী লেঙ্গা নত্রবসু । থোইদোক্লা সাহিত্যগী মরুপ। ঐগী "নূরা য়াইথিং কোনু" হায়বদু ইখিবা মতমদা, মহাক্লা ইননবা মচাক য়ান্না পীখি। লমজীংবি লুচিংবী হায়বসি মাগী পীথোরকপা গুণ অমনি য়ুমদসু মপান্দসু। হৌজিক মহাক কদাইদা লৈখ্রে? করি তৌরি অসিনচিংবা পাউ অমতা ফংখিদ্রে। ঐনসু থিরুদে মানসু হংলদে।

চহী ২৪/২৫ রোমগী মমাঙগী বা নি। মানা নোংমা ঐবু চাকৌই ময়ুমদা। এনশাংদি ঐনা চানীংঙি হায়বদু লোইনা তৌরম্মী। চমফুৎ, ইরোনবা, কাংঙৌ, ঙা থোংবা অসিনচিংবা। ইরোনবদি হৈকক য়েল্লী ইরোনবনি। ঐখোয়গীসিদা য়েল্লী ইরোনবৈ মচুদি ঙাংলৈনৈ লকাং মচু মাল্লি। অদুগা চন্দ্রকালাগী য়ুমদা ইরোল্লবদি ঙৌশ্রোক ঙৌই চাবদা হাওগদবা মাল্লি। হাওবসু য়াম হাউই। ঐনা হংঙি—

"চন্দ্রকালা! নখোয়গীসিদা য়েল্লী অঙৌবা হৌব্রা?"

চন্দ্রকালানা নোক্লুনা "ওঝাবু ঙাওরব্রাও?" হৈকক য়েল্লীবু ঙৌই হায়ব্রাও? খ্বাইনা উনরিবা মচু অসি নত্তনা অতোপ্পা মচুগী হৌদে।"

"অদুদি ঐখোয়না য়েল্লী ইরোনবদি মচু মুই। নখোয়গীদি ঙৌই. মসি করিননো?"

"অদুবুরাও ওঝা ইরোনবা মরোল খেন্নবননি। ওঝাখোয়না মৈদা ফুৎলগা লোনবা। ঐখোয়নদি য়েল্লী খক ফুৎতে। কোম্পাক নত্রগা পুখম অচৌবা অমদা য়েল্লীদু হাপ্লগা ঈশিং অশৌবা য়ান্না শাবা হৈজিল্লগা শেংনা চামথোকই। অনী অহল্লক হন্না শেংনা চামথোক্লগা শোইরগা লোনবনি। ঈশিং অশাবা হৈজিনবদা য়েল্লীদা চুরম্বা ককইসু কোকখি মচুসু ঙৌথোরকই। ওঝা ঐখোয়গী ইরোনবদি হাওগনি মরমদি ঙা অচঙবা লৌরগা হাপনিনা। ঙা থোংবসু হাওনি। ঙসাই অয়ুক তাচৌনা লু কাইরুবদা থারাক্তি চঙঙমী পেংবাদি চঙঙমদে হায়দুনা থারাক ওইনা থোংঙবনি। ঐদি ওঝাদা পেংবা পীজনীংবনি। হয়েং অমুক চাবা হায়বদুনি।"

পোৎথারিঙৈদা থরুবনি হায়দুনা হৈ-মহী তেঙ্গোৎ অমসু পুথোরকই। নোক্লুনা চাবা তুম্নবনি হায়।

## থানলোন লম্বীদা চাকহৌগী উতোংচাক

থানলোন লম্বীদা চৎলি ঐখোয় জীব গাড়ী অনী অহুমদা। থানলোন য়ৌগদবনি। থানলোনগী বিডিও য়াওবা খোঙচৎনি। চুড়াচান্দপুরদৈ থানলোন য়ৌবা ফাওবা অচা অথক য়োনবা দোকান অমদি হোটেলনচিংবা অমতা লৈতে। লম্বীদি অতেনবা লম্বী নত্তে অদুগী মথক্তা চীং লম্বীনি। ঐখোয়গী পম্বুং য়ৌগদবা তংখায় ৱাৎলি হায়। লম্বী মরাক খরা পাকপা লম্পাক ওই করিওই তৌবা মফম অমা থেংনৈ। মফম অদুদা বিডিওগী গাড়ী খাম্মী। কুমথখি ঐখোয়বুসু গাড়ী খামখো কুমথরকউ হায়।

লম্বীগী চিদাই অমদা য়োল্লম্মী উতোংচাক মকক মকক। উতোং খরা অমদি খায়দোক্লি। য়োল্লিবা মী অদুগী মনাক্তা পৈদুনা থল্লি। বিডিওনা মকক য়োল্লিবা অদুদৈ মকক অমা লৌরগা সে ইচে মহাও য়েংঙু হায়দুনা ঐঙোন্দা পী। মুসুক মুবা অদুদা হঙ্গোইদুনা ঐ পাক চাদে। বিডিওনা চাও চাও হায়না কন্না তকশিল্লকপা অদুদা নুংঙাইররোই হায়দুনা মচেৎ অমা চাদুনা য়েংলে। চারুরগদি কয়াম হাওরম্মী মনম নুংশিরদনা চাকহৌ চাকনিনা। চৎমিন্নরিবা মী অতৈদুদি মকক অমা অনীতা মচাই। ঐদি মকক মরীদুম চাথোরকই। মফম অদুদৈ হেন্না থানলোন লম্বীদা চাফম থকফম অতোপ্পা অমা লৈত্রে। লাম্লবনিনা চারিমখৈ পংহাওতা মহাওখ্রে।

## তমেংলোংগী হঙ্গাম পাম্বী চমফুৎ

তমেংলোংগী হঙ্গাম চমফুৎ উবদা, পায়খৎলগা পিয়ন অমুনা হায়— ইস চমফুৎসিদি হঙ্গাম পাম্বীনিনা।

ঐনা অমু, হঙ্গামদি মপাল, মরা য়াওনা শেংনা চামথোক্লগা ফুৎতুনা চাগদবনি। মদুনা চিঙ্গাক্তা য়াওবা চিঙ্গাক্কী মগুণ মাঙহন্দনা চাবগী অচুম্বা মচানি। ঐখোয় মৈতৈশিংনা কুপ্না শোইদুনা, কুপ্না মন্দুনা চামথোক্তুনা থোং থাক্তুনা চারিবসে লাম্লবনি। মীতৌ তম্বদৈ শোয়বনি। চিঙ্গাক্কী মচি ওইবা শরুক লোইনা মাঙহনখ্রগা চারবদি চাবগী কান্নবা ফংদ্রবনি।

অবুংবদা ওনশিন্দুনা, অবুংবা! হাকুম ঐ হায়দ্রবাত্তা ট্রেনীং অমা চৎলুইদনা চাবা থকপৈ থোং থাকপৈ। শিন্দম লৌবা। অদুবু মদুদা অনৌবনি হায়না তম্বিরিবদু ঐখোয়গীদি ইপা ইপু হাক্তক্তগী অহল লমন্না থায়নদৈ শীজিন্নদুনা চৎনরল্লবা ঙাক্তা

ওইরম্লে। অনৌবা অমতা ওইরমম্রে। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিকমক চারিবা হঙ্গাম মথোংসে মখোয়না থবক্লা উৎতুনা ময়ামদা তাকপী তস্বী। মদু উরগা ঐনা হায়রম্মী— মসিদি ঐখেয়াদা অনৌবা ওইনা থোক্তে। থায়নদৈ ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী চৎনরম্লবা মথোংনি। মসি হায়রুবদা ময়াম্না ঙক্লা ঐঙোন্দা য়েংনরকখি।

---

৩৭

# বাজাই

**নরানসৈন্য**

বিষ্ণুপুরদা লৈবা নরানসৈন্য খুঙ্গংদা কম্যুনিটি হোল অমা শঙ্গাবৈ ঝারীনি। ঝাংখেলোমদা লৈরম্বা হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা নহাকপম শঙ্গাইনা বিষ্ণুপুর ব্লোক্তা বিডিও ওইনা পোষ্টিং তারিঙৈগী ঝানি। বিষ্ণুপুর ব্লোক্তা এ এন পি ব্লোক ওইরবা মতম্নি। এ এন পিগী থৌরমদা অচৌবা হোল শাবগী স্কিম অমা য়াউই। ব্লোক অমগী মনুংদা হোল তরা শাগদবনি। অচৌবা হোল, মান্দব লৈতবা খুঙ্গংদা লৈবা খুনজাশিংনা থেংনরিবা খুদোংচাদবা ময়াম খরদং কোকপা ঙমগদ্রা হায়দুনা তৌবা থৌরাংনি। হোল অমা শান্নবৈদমক ইউনিসেফনা খুনজাশিংদা লুপা লীশিং কুন শেম্বুং পী। হায়রিবা হোল অসি শারগা শঙ্গাবা অয়াম্বা খুনজাশিংনা ঐবু চীফ গেষ্ট হেক হেক ওইহল্লি। মসি শেম্বুং পীবগী থবক ঐনা তৌবা মরম্না ওইবা তায়।

নরানসৈন্যদা হোল অমা শানবা শেম্বুং পীখি। শঙ অদু নরানসৈন্য মহিলা মন্দল অমদি য়ুথ ক্লব অনীনা খুৎশন্ননা শীন্দুনা শাখি। শাবা লোইরে শঙ্গাবা নুমিৎনি। শঙ্গাবগী চীফ গেষ্ট ঐনা ওইগদবনি। ঐ চৎলে। নরানসৈন্যগী থোংদু লাম্ভোকত্রিঙৈদো ঐগী গাড়ী খাম্লে। বিডিওনা খাম্বগী মরমদু হায়রে। বেন্দ পার্টি অদু যুবক মন্দলগীনি। মন্দলগী মেম্বরশিংনা খোংগদবনি। খুলগী অহল লমন ময়াম, য়ুথ ক্লবকী মেম্বরশিং অমদি মহিলা মন্দলগী নুপী ময়াম্না ডাইরেক্টর ওকপদা বেন্দ পার্টি য়াওদবা য়ারোই হায়রে। নুপীশিংনবু লাই অমা য়াওখ্রে। বাজাই খোংদুনা ওক্কনিতা হায়খ্রে। বেন্দ পার্টি অদু মফি মরোল শেৎপা খজিক্তুং ঝাৎলি। ঙাহাক্তুং মফমসিদা চা গ্লাস অমা থক্লগা পোৎথাবিরো হায়রম্মগা সেবিকাশিং অদুগা ঐগা শোরোক্কী মনীং থংবদা লৈবা হোটেল অমদা থনম্লে। বিডিওদো শীন লাঙবা য়াওরুনবা চৎখ্রে।

ঙহাক লৈরগা বিডিও ব্যেন্দ পার্টি পুদুনা লাক্লে। ঐবু কৌথোক্লরে। থোক্লে। ইহান হানবদা নুপীমচাশিংনা লৈ পরেং অমা ঐঙোন্দা হুকপী। সোমগী থোং ঝাংমদগী

খোঙনা, বাজাই খোংলিদুনা মাঙ থা ঐনা তুং ইন চৎলে। কুম্মৈ মওং অমনি। শঙ্গাগদৌরিবা হোলনা থোং লাম্বোক্লগা খজিক্তং চৎলগা সোড়োক্কী মনীং পাংবা লমদা শাবা শঙনি। মদু য়ৌবা ফাওবা চৎলিবনি। কুম্মৈ তৌরিঙৈ মতমদা মোইরাংলোমদৈ কাখৎলকপা গাড়ী ইম্ফাললোমদৈ হাইথরকপা গাড়ী, অচৎ অওক ঙম্না থিংঙি চৎহন্দে। লম্বীদু পুংখায়মুক ওইগদরা থিংদুনা থম্মী। মী অমতা চৎহন্দে। মদুদা কনা অমতনা করিগুম্বা অমতা হায়ন্দে। লেপতুনা কুম্মৈদুম য়েংথোক্তুনা লৈ।

শঙ্গাগদৌরিবা হোল অদুগী মমাঙ য়ৌরে। মমাঙদুদা নুপা অহন্না লুহোংবগী নুপী থিল্লকপদা ডিউটি ওক্লম্বগুম মৈনম অশাংবা অমমম পায়দুনা মৈ চুখৎলগা মেক্রুক মকুপনচিংবা চাইখৎতুনা ঐবু ওক্লম্মী। মদু উবদা তুংদা চৎলিবা নহা পাখং অমনা তপ্পা শোম্থাংননা হায়খিবা তায়— ডাইরেক্টর সাহেবকী মশাদি কর্ম্মদি থোক্লরোইদবনিনা মসিদা শরুখিবা তারেদনা। বাহয়শিংদু তাবদা কনানা হায়রিবনো হায়দুনা মীশক খঙনীংবদৈ তুং হন্না য়েংথোক্লুই। য়েংথোকখিবা অদুদা লেপ্লম্বশিংদু লোইনা শকফম হনজিন্নখিদুনা অহায়বা কনানো হায়বদু মশক খঙবা ঙমখিদে। য়েংথোক্লুবৈ মরমদি হায়খিবা অদু লৌথুপ লৌকোই লৈতনা য়াম্না চন্না হায়দোরকপা অদুদা নুংঙাইবা মায়থোঙ উৎকে তৌবনি। অখাবা মিৎয়েংনা অশাউবা উৎকে তৌবা নত্তে।

তানজা অদুদা খঙনীং নীংশিংলকখি— অদুগৈ তমফাসনা স্কুলগী ওঝা ওইরিঙৈ ইং ১৯৫৫-১৯৫৬ তা ইচেথোইবীগা ঐগা দিল্লীদা বিএড তম্বা চৎখি। সরকারনা থাবীখিবনি। ঐখোয়না চৎলমদাইদা ওঝাগী কমন রুমদা ওঝা নীলমনি হিন্দীগী ওঝা ওইরম্মী। শগোলবন্দা লৈবনি নোংথোনবমনি। মহাক্না— ওজাথোইবীগা ওঝা প্রমোদিনীগা অনীগীদি মশাগী কর্ম্ম পাঙথোক্কদবা লৈত্রবনিনা হন্দক্কী দিল্লী চৎকদৌরিবসিদা পোৎপাং পীহৌরসিনা। অসুম্না হায়খিবদো নীংশিংলকখি।

—

## ৩৮

# বাসোক

**লফুপাৎ তেরা**

মতম অদুদা ৱাঙ্গোই ব্লোক্তা বিডিওগী ফম হাঙলি। ব্লোক্তা পাঙথোকপা থবক খুদিংমক আর কে সনাজাওবনা শীল্লি। মহাক য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈরম্মী। মহাক ব্লোক্কী ই ও এনিম্যেল হাজবেন্দরীনি। মহাক্না বিডিওগী চার্জ পুরম্বা তায় অদুনা ব্লোক্কী থৌরম মহাক্না শীনবনি। হৌজিক সনাজাওবা লৈখিদ্রে।

লফুপাৎ তেরা হায়বা খুঙ্গংদুদা হোল অমা শঙ্গাগদৌরি। লফুপাৎ তেরা হায়রিবা খুল অসি ৱাঙ্গোই ব্লোক্কী খারোমদা লৈ। ব্লোক্কী ঙমখৈ, খুল অসিনা অরোইবনি। মসিদগীদি লোক্তাক পাৎ লৈখ্রে।

লফুপাৎ তেরাদা শঙ্গাগদৌরিবা অদুগী চিফ গেষ্ট ওইরুনবা ঐ চৎলি। থৌরম পাঙথোক্কদৌরিবা অদুগীদমক মফম অদুদা শীন লাঙলম্বা অঙকপনি। হোল অচৌবা, মান্দপকুম্বা শঙ অচৌবা লৈরমদবা খুঙ্গংদা অচৌবা হোল অমা শাবিবদা খুনজাশিংনা কয়াদা নুংঙাইজখিবা কয়াদা হরাওজখিবা। শঙ্গাবগী লাঙলিবা চাক অদো মী চামরি চামগুা চানবনি।

হোল শঙ্গারে। শঙ্গাচাক চাবা লোইরে। নুংথীলগী থৌরম পরেংদা য়াওরি— ৱাংজিং খোমদোনবীগী বাসোক। খুঙ্গংদুদা মচিঞ্জাক চাজবা, হাইফেৎ ইনাক খুনবা, য়ুমজাও মমাঙ শঙ্গোই, অৱাং শঙ্গোই লৈবা, শুমাঙসু ওখাক পাক চাউবা অমদা খোমদোনবীগী ঈশৈদু শরুবা শীল্লি। শুমাঙদু থুংনা মান্দপ খল্লি কারিগুম্বা নোং চীং তারক্লুবসু য়ুরক্তনবা চ্যেকশিন্না খনবা মান্দপনি ভাবোক লাক্লুবা হৌরে। অহল লমন য়ৌনরক্লে। ঙাইনরি বাসোক তাগদগী ভাবোক ময়াম। ভাবোক ময়ামদুগী মরক্তা মশা য়াম নানবা, মফি মরোল মওং তানা নীংথিনা শেৎ চাবা অহল চহী ৫০/৬০ গী লেঙ্গা মঙা তরুক য়াওরি। মখোয়দু চন্দোল চরানচিংবা ফজনা থিল্লি। মচা মমৌনা



*লক্সুপাৎ তেরাগী বাসোক্কী শক্তম অমা*

খোংজাই নাপী, চরোৎ মরা, শংব্রে, য়েনশীন, থোইডীং মনা, কমলা চম্প্রা মনানচিংবা হাপতুনা ফুৎপা চীংহি শোয়দনা লুরক্লম্নি থাজে।

নুমিৎ অদুদা খোমদোনবীদি শোরাৎ অমগী ঈশৈ শক্কুরগা লাক্দবনি। অদুনা খরা থেঙলকপা য়াই। অদুবু য়ারিমখৈ থুনা য়ৌরক্কবা হোৎনগে হায়না হায়রকইসু ঙাংনৈ। ময়াম অদুম ঙাইনরি। ঙহাক লৈরগদি খোমদোনবী য়ৌরক্রে।

ঈশৈ হৌরে। খোমদোনবী তনোয় তনোয় তৌরদনা শামু মচা মাল্লি। মেক্কপ তৌরগা থোরকপনিনা মৌনহা মচাগা পাংখল্লি। য়েংবা নুংঙাই। নোয়খ্রবা লুমখ্রবা মশা অদো লশিং মফোলগুম য়াংনা উই মান্দব ময়াই চঙখ্রগদি। ঈশৈদো হি লানবৈ মতাং শকপা মাল্লি। ঙানা ঈশিংদা চৎপৈ মতৌ তম্বা ঙাদৈ মানা চৎপনা হেন্না মাল্লি হেন্না ফজে। মদু ঈশৈগা কোম্নানা পুং য়ৈবৈ মনাক্তা চোংশিন চোংশিন শকলিবনি।

মশা নানবা অহলশিংদু হৌগৎনরকই শেল থাবা হৌরকই। খোমদোনবী মখল মখলগী ঈশৈ শক্লকই। মৈতেলোন বাঙ্গালালোন য়ান্ননা। ভাবোকলোমদৈ

মৈতৈলোন লেপখো লাউরকই। ভাবোক্কী ঈরাং মুন্না খণ্ডবী খোঙদোনবী লোন খণ্ডহোং হোংদোরকই। শ্লোক থিধরকই— "ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রবলী কুঞ্জদ্রা য়ারেকলুবদা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকানা ঝারৌদুনা অমদি ইবুংঙোনা থোল্লদুনা লেঙলক্লিবা খ্বাংজেং অদু উবদা অমুক্কা হেন্না ইবেম্মদো ঝারৌখ্রে। ইবুংঙোদি হাথু হাথুনা নুংশা থীবা অমগা লোয়ননা শেৎতুনা লাকপনিনা চন্দ্রাবলীগী ছারীদু থোন্দুনা লেঙকপা ওইরম্রে। মদু উবদা ইবেম্মনা— সি সি লাজ্জ নাই। তোর মুখে লাজ্জ নাই। লাজ্জ নাই লাজ্জ নাই। সিসি লাজ্জ নাই। তোর মুখে লাজ্জ নাই।"

হায়রিবা ঝাহয় মতেক খরসি পুং য়ৈবগা ঈশৈ শকপীগা তান চানা চানা চোংশিন চোংশিন মোৎ থোক্লদুনা শকপনি। ঈশৈ শকপীসু পুং য়ৈবসু অমতা হেন্নদে। নুংঙাইমনখিদুনা ভাবোক অহল মশা নানবশিংদু হৌগৎ হৌগৎ শেল পংথাদা থায়। শেল খুৎথাদুদা খোমদোনবীসু ময়াই অমা কাখিদুনা মাগী লৈজবী থাদুনা শকখি। শেলনা চাইখিদুনা ঈশৈ শকপীগী খোঙথাফম লৈখিদে। খোমজিল্লগা তুলসিবোংদা পৈবদু ফনা ঝাংঙি। কুম্মে মখল অমনি। য়েংবা য়াবা কুমহৈনি।

ঐনা সুম খনবদকো শেল থারিবা মশা নানবা অহলশিংদো খোমদোনবীনা লৈশাবী ইনখৎলকপা, ফাওগৎলকপা মতমদা অহলশিংদো পাখং ওইরমনি। মতম অদুদা মহোয়গী পেলহৌদবা, শরুক অদো নৌহৌননা ফুদোরকপা ওইরম তায়। ময়াম্না শেল থানবা উবদা ইকায়খাংদে ঐসু তুমিন্না লৈথোকপা চুমদ্রে খল্রে। ঐগী ইহুৎ শিন সনাজাওববু নেক্তুনা শেল থাহল্লি।

ঝাংজীং খোমদোনবী হায়না ফাওখ্রিবসি মাগী খ্বাইগা মান্নদবা গুণ খরা চেনবননি হায়নীংই। গুণশিং অদুদি ভাবক ফাবা ঙম্বা শৈশক, তান মেন চাবা, পুংয়ৈবনা লাকচবা ঙমদবা। ভাবোক্কী অপাম্বা খণ্ডনা শকপা ঙম্বা। গুণ ময়ামসি মঙোন্দা চেনবা মরম্না ফাওবনি হায়জনীংঙি। ঈশৈ শকপা লোইরবা তুংদা মানা পালা লেপলিঙৈ মরেংবান্দা য়ানখিবা জয়পুর ইনফিদু ফজনা থুপচিল্লগা পানা তাঙ্গা অমগা ঐঙোন্দা পীরগা খুরুম্মী। ঐনা হায়ঃ খোমদোনবী! নঙনা ঈশৈ তাহনখিগে হায়রদি হোরেন নোংয়াই মতুং ফাওবা লৈথখো হায়বসু লৈগনি।

ভাবোক ময়াম হন্নখিবদা ঙাংনা ঙাংনা চৎনখিঃ খোমদোনবীনা ফাওখ্রিসি মাগী সি সি লাজ্জ নাই। তোর মুখে লাজ্জ নাই। হায়বা মাগী শৈশকসিদা ঝাংজীং খোমদোনবী হায়না ফাওখ্রিবনি অসুন্না।

———

# ৩৭

# চকপীকারোংদা কৈগা মীগা মুক্না শান্নবা

চকপীকারোংগী খোঙচৎনি। চকপীকারোং ব্লোক্তা তাবা গ্রাম সেবিকা দুংশা মোয়োনগা ঐগা লোয়নদুনা চৎলি। চকপীকারোংগী থোংদু লাম্বোক্লগা মাইল মরি মঙারোম চৎলগা লৈবা খুল অমনি। খুলগী মমিংনচিংবদি কাউথোকখ্রে ইশিনখিবা দায়রীসু ঈশিং চাউবদা মাঙথোকখ্রে। চকপীকারোংদগী খরা চৎলগা ঈচেল কংলি কংলি তৌবা তুরেল মচা অমা লৈরম্মী। ঈপান থাদদি চাউরম্বা য়াই। মদুগী তুরেল খোঙনুং অদু জিবনা কুমদুনা লাম্লগা চৎলি। গাড়ী লম্বী লৈতে খোঙ লম্বীদি ফজনা লৈ। গাড়ী লম্বী লৈত্রবসু গাড়ীদি অদুম চৎপা ময়াই। উচিন নাচিন্না ঐখোয়না লাক্লিবা অদুগী লমথুংদি য়ৌরে। গাড়ী খাম্লে। দুংশা গাড়ীদগী কুমথরগা চৎখ্রে। ঙহাক্তনি ঐবু লৈরমখো হায়রম্মী।

দুংশানা চৎখিবা ঙহাক লৈরগা গাড়ী লৈরে, লাক্লো, পুরক্লো গাড়ীদা থাঙ্গ ৎলসি হায়না মরাঙ মরাঙ তৌনরকই। অদুদগী ফিনা মশা অপূম্বা কুপ মমায়তমক হাংদোক্লগা ময়াম চঙদুনা শগাই অমদা হাপকৎতুনা মী অমা পুথোরকই। থাদুনা লৈরিবা ঐগী জীব গাড়ী মথক্তা হাপকৎলি। অনাবদো নুপানি। মমিৎ পাঙলিবা অদু উবদগী খঙবা ঙমখি অনাবা অদো শদৌ থোংলবা অনাবনি হায়বা। অনাবা অদুগী মতুং ইনগদৌরিবা লোয়নদুনা চৎকদবা মী মখৈসু ঙন্না গাড়ী কাখৎলে। ড্রাইভরগা ঐগা লেপতুনা য়েংঙি মখোয়না তৌরিবা অদু। ঐখোয় অনীসু য়েংনৈ মরক মরক্তা। ভাব লোইনা তানৈ ৱাদি ঙাংথোক্লদে। তৌরিবা ময়ামদু উবদা করিবু হায়রুনি তুমিন্না য়েংবা নত্তনা।

গাড়ী মনুংদগী নুপী অমনা কৌরকই "হো ড্রাইফোরা পাপু লাক্লো চৎলসে। অশোকপসে শিপা য়ানা লৈরপনে। শুকুনুকি তাক্তরতা অমুক্তাতি য়ৌহৌসে খরা ঙল্লিঙৈতো।"



*চকপীকারোংদা কৈনা শোক্লবা অনাবদু জিপতা থাংগৎনা তৌবা থৌরাং।*

নুপীদুগী ঋা তাবদা ড্রাইভরনা ঐঙোন্দা য়েংঙকই। ঋাদি ঙাংথোক্তে। কমদৌগদগে হায়বা মওং মাল্লি।

তানজা অদুদা শুগুনুদা গাড়ী ঋায়নি হায়না চৎখিবা নুপাদু হল্লক্লে। মহাক চেন্না চেন্না লাকপনি নুংশা য়াম থীবা মাল্লি। শুগুনুদা গাড়ী অমতা ঋায়বা ফংদে হায়দুনা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোনদুনা হায়রে। গাড়ী উবদৈ মানা "ফরেতা কতাইতকি ঋায়রুবা জিপনো?" পায়দুনা য়েংঙি মখুৎনা নাল্লি "সিপো কনানা ঋায়রুপনো? মসিতি জিপ অতৈতকি শাংবা হেল্লিনা। ফখ্রেতা অশোকপা অনাপসে মখোঙ তিংথোক্তুনা হিপ্পা চল্লকনিনে। নহোয়কো থুনা চৎলো ঐতি য়াম ঋারে পোথাহৌরকে।"

নুপাদুগী ঋা তাবদা অহল অমনা "ঐখোয়তি নঙনা ঋায়রকপা কাড়ীনি হায়তুনা অশোকপা অনাপসে থাঙ্গৎতুনা চৎকতপকি ঙাইতুনা লৈরে। নঙনা ঋায়রকপা কারি নত্তপোইরে। কমতৌনি সিতে? কনাকি কারিনোনে সিপো?"

নুপাদুনা "ঐতি ঙসাইনা কারি ঋাইপা ফংত্রে হায়খ্রেনা। ঐ লাক্ত্রিভৈতা নখোয়না তৌরমপনিনা। কনাকি কারিনো হায়পা ঐতি খঙতে।"

মতম অসিদা দুংশা হল্লক্লে। তৌনরল্লিবা মওংদু উবদা মান্না ঙক্লদুনা হং লকই "ওচা তৌরিবসিতি করিনো? করি তৌরিপনো?"

খঙদে হায়না ঐনা তপ্পা খুম্মী।

দুংশানা "ঐতি উইম্যেন সোসাইটিগী চেয়ারমেনকা সেক্রেটরীকা উনরুবনি। ওচা লাকই হায়তুনা চৎলগা পাউ পীরুরিপনি। মখোয়কি ময়ুম কারি চঙবা য়াবা লমপী লৈতপতুদা। নখোয়না সরকারকী কারিবু নরম্নাইদৌনা শীজিন্নপতি কতাইতকি য়াকনি। অফিসারসু তাক্তনা মানসু য়াতনা নখোয়না কুসিতা কারি হেক কাখৎতুনা তোংপা য়াপ্রা?" হায়না য়াম শাউনা লৈরম্লিবা ময়াম অমসুং গাড়ী মনুংদা তোংলিবশিংদুদা খানা য়েংলগা হায়।

ঐঙোন্দা ওনশিল্লকুনা অমুক হংলকই "ওচা গাড়ীতা ময়াম কাখৎতুনা তোংলিসি ওচাতা হায়রকা তোংপ্রা? কনাতা হায়রকা তোংপনো?"

ঐদি খুমদে। ময়ামদুনা কনাদসু হায়তে হায়না খুন্নকই। দুংশান হায় গাড়ীসি সরকারগীনি। ওজাদা হায়রমদনা করিগী তোংবনো। দুংশাগী বাদু তাবদা ময়াম পুন্নমক ইঙক ঙক্লে তুমিন লৈনৈ।

অদুদগী অহল অমনা "কমতৌনি য়াতে হায়পনিনা থাংথপা তারেতনা। অদুপু অমুক্ততি খঙ্ঘপিখোতা অশোকপসি পুকতপা শুকনুগী তাক্তর ফাওপতনি। কারি অতে বাইপসু ফংত্রে। য়ারপতি খরা পুপিয়ুনে। নুমিৎ অহুম শুরপনি জংকোলতা শা থিপা চৎপতা কৈনা শোকপনি শোকলিবা নুপা অসিনকো কৈ অতু শিরে হায়নকো থৌশারুতনা চঙশিল্লুপতা কৈ অতুনা লাক্তে তৌপনিনে। অতুতা মখোয় অনী নন্নপনি। কৈতুপুতি মানা ঙমতুনা হাৎতোকপিগ্রপনি। কৈকা লাকনপতুতা কৈতুনা খরা খোৎপীরম্লে। মশাসি ঈহীং নাহীং শারপনি। কৈতু হাইফেৎ চাউরে। অতুনা শাথীনা শোকপনিনে। ঙসি নুমিৎ হুমনি শুরপনি লন্নাইকি হিদাক তৌতুনা হোৎনপা। অতুপু ফত্রে। তাক্তরতা পুদুনা য়েংসি নুপাসিগী থবাই কনপা ঙমপরা য়েংসি হায়তুনা খুলনা তৌপনিকো। দুংশা নঙনা নখোয়কি সাহেপসি য়ানপা খরা ঙাংনৌনে।

মদু তাবদা দুংশা মমিৎ ঐঙোন্দা য়েংলকই। মহাক বা ঙাংথোক্তসু মানা হায়নীংলিবা অদু ঐ ভাব তায়। ঐনা অশোক অনা য়েংদবা য়াব্রাও? য়েংনগদবনি। অশোক অনাগীদমক্তি সরকারগী গাড়ী শীজিন্নবা য়াই। অকায়বা কৈসু লৈতে। ঐগী বা তাবদা দুংশাদো ময়া ইহি হিগৎনা নোক্লকই। কুইথরবদি কয়া খুদোং চারোই। দুংশা গাড়ী কাখৎলো চৎলসি হায়বদু তাবদা ময়ামদু হরাউই। হায়হৌই সাহেব নঙবু ঈশ্বরনা থৌজানবিসনুকো। খরা অমনা ওজানি নঙ ফবা ওইয়ুকো। ইচে নঙ পুন্সীখোকো খরা অমনসু হায়হৌই।

---

৪০

# শিগ্রবা নুপীনা বালৱাদি ওঝা ওইরম্বা

নোংমা চুড়াচান্দপুরদা টুর চৎলি। এনকোয়ারি অমগীদমক চৎপা টুরনি। চুড়াচান্দপুর কৈথেল য়ৌগদবা খরা ৱাংলিঙৈ এগ্রিকলচর ফার্ম অমা লৈবদুদগী খজিক্তং চৎলগা খুল অমা লৈ। সড়ক অচৌবা অদুদগীদি মনীং পাংনা চঙবনি। মতম অদুদা এল বি থাঙ্গ সাহেবনা ডেভেলবমেন্ট কমিস্নর ওইরি। হায়রিবা খুল অদুদা বালৱাদি সেন্টর অমা লৈ। সেন্টর অদুদৈ দরখাষ্ট অমা থারকই। দরখাষ্ট অদুগী শরুপ্পা মরোলদি সেন্টর অদুদা অঙাং য়েংশিন্নবা নার্স অমা থুনা থাবিরকউ। সেন্টর অদুদা পীরিবা শঙ্গোম মকুপ অদুনা অঙাং মশীং য়ামনবনা পীথকপা কোন্নদে। শঙ্গোম খরা হেন্না পীয়ু অসিনি।

কমিসনরনা দরখাষ্ট অদু ঐঙোন্দা পীথরকই এনকোয়রী তৌরুচো অদুগা রিপোর্ট অমা পীখৎলকউ হায়না। চে অদুগী মতুং ইন্না ঐ খুল অদুদা চৎপনি। খুল অদুদা বালৱাদি সেন্টর কদায়দা লৈ হায়বা কনামতনসু খঙবা য়াওদ্রে। নুপামচা অমখক্তংনদি হায়রকই। অঙাং অদুনা নুপা অমগী মমিং পন্দুনা হায়রকপনি কাউথোকখ্রে মমিংদু।

— মানা মরক মরক্তা শঙ্গোম বোড়া অচৌবা পুরকপা উই। মতু মাকি মরন্নাইকিনি হায়। মতম অমতনেকো ৱ্রোক্তকি নুপীশিং লাক্লকা অঙাং খরতকো শঙ্গোম শেমতুনা পীথকপসু উইয়ে। অতৈতি খঙতে।

অঙাংদুনা তাক্লকপা মতুংইন্না হায়রিবা নুপাদুগী য়ুমদা চঙলে। য়ুমদু থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মী। ঙহাক লেপতুনা লৈরে ঐখোয়। য়ুমথংনবঙ্গা হংলে। লৌদা চৎখি হায়না খুল্লকই। ঙহাক লৈরগা য়ুম্বুদু চেন্না চেন্না লাকই নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্না ময়ুমদু য়ৌফাৎত্রিঙৈদা মানা লাউরকই—

— জিপ থৌজিনখিবা উবদা ঐ চেল্লকইপনিনে লৌপুক্তকি।

— ফরে নঙ লাকপা। বা ভাংনরসিকো।

— ভাংনরসিনে। ঐ থাখিপা দরখাষ্ট অতো নখোয় ফংলপরা?

— দরখাষ্ট থারিসি নঙলাও?

— মান্নিনে মেম সাহেব। ঐনা থাখিপা দরখাষ্ট অতো মতুকী উংকার লাকপা ওইপরা?

— বালবাদি সেন্টরগীদমক নঙনা করম হায়না দরখাষ্ট থারকলিবনো?

— মেম সাহেপ সুমতৌপনিতা। ঐকি নুপীতো অতুনা বালবাদিকি ওচা ওইপনিনে। মা হৌজিক্তি শিখ্রে হায়পা। শিখিপা কুইত্রিতা থা অষ্টম মরিতা ভাইরিতা। মা শিখ্রে হায়পসে নখোয়তা ঐনা তাকথোকপিতপনিকো। নখোয়না খঙলপতিকো মাকি তলপসু শংকোমসু পীরক্লোইতো। অতুনা তাকথোকপিতপনেকো শাউকনো। থবক পুন্নমক ঐনা তৌপিপনে। মাতিনেকো ঙমতে নাই হায়তুনতা লৈপা। মেম সাহেবসু খঙলিপা নত্রাও মাকি শংকোম শরুক্তো ঐনা হেক হেক লৌপা লাকপতো মা নাতুনা লাকপা ঙমতপনে অতুননে।

— পীখিবা শঙ্গোম মখৈ অঙাংশিংদা পীথকপরা? নখোয়না চাথোকপরা? হৈনথোকপরা?

— কতাইতকিনোতা। অঙাংশিংদা পীথক লিপনিনে।

— অঙাংশিং নুমিৎ খুদিংগী সিদা শঙ্গোম থকপা লাকই হায়বৈ খুদম অমতা ফংদে। করম্না পীথকলিবনো?

— অতুপুরাও মেম সাহেপ। ব্লোক্কী সেবিকাশিংনা মহোয় লাকনি শংকোম অঙাংশিংতা পীথকপা য়েংলনি হায়পা। মখোয়না লাক্কতবা নুমিৎ অতুতা অঙাং ময়াম কৌরকা পীথকপনিনে। মখোয় ব্লোক্কী সেবিকাশিংসু শংকোম শেম্পতা য়াউইনে। নুমিৎ অতুতা অঙাংশিংকি মমিং ইহৌপনিনে। রেজিষ্টারতা চনশিনতুনা থমপা। মখোয় লাক্রুপতি পীথক্তে।

— থা অমদা কয়ারক্তি পীথকই?

— ব্লোক্কী সেবিকা লাকপা নুমিৎততা পীথকপনে। নুমিৎ অতৈততি পীথক্তে। থা অমগী মনুংদা পীথকপসু য়াওই পীথক্তবসু য়াওই।

— য়াম্না ফরেনে। ফরেনে অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু। নঙনা নার্স অমা থাবিরকউ হায়রিবা অসিনা করিগীনো?

— অতুপুরাও ঐকি নুপীতো মচা অপীকপা অমা থনম্নকা লিপিপনিনে। অঙাংতো য়োকপতা ঐ য়াম বারে। অঙাংপু হোৎনকত্রা? লৌতপু চংকত্তরা? ঐ মফম খঙত্তপনিনে। অঙাং অদু য়োকপীনপকো সরকারতা নার্স অমা নিপনিনে।

— খঙলে। ঐ ভাব ারে। ঐ বা অমা হায়গে নঙ বাদু মুন্না তারোকো।

— মেম সাহেপ তাকে তাকে।

— নঙ নশা নহা ওইরিকো ।নুপী অমা থিরো।নুপীদুগা নঙগা লুহোংলো। নুপী অদুনা নঙগী নচাদু য়োকহল্লো। অদুগা বালবাদি সেন্টরগীদমক্তি নোংমা খুল অসিগী মিটিং অমা কৌরসি। খুলগী নিংথৌ, অহল লমন শুনা য়াওহল্লসি। ময়ামদুনা য়াবা নুপী অমা খলহল্লসি। ময়াম্না খনবা নুপী অদুনা বালবাদিগী থবক অসি পুহল্লসিকো। মদুনা ফবা তারে।

— এঃ মেম সাহেপ অতুতি করি বানোতা। মতুম তৌরতি ঐতি মাংচরেতনা। তলপসু ফংঙরোই শংকোমসু ফংঙরোই। মতু ওইপা য়াপা থপক নত্তেতা মেম সাহেপ মতুম তৌপিকনুতা।

— নঙগী নচা অঙাংদুগী শঙ্গোম চাকথুং নুমিৎ খুদিংগী ফংগদৌরিদুদি।

— অতুতি মক মচাকী খাংঙৈতনে ফংকতৌপা। মেম সাহিপ নঙনা হায়রিসি অওইপনিকো?

— অওইবনে অওইবা।

ঐখোয়সু চৎলগে এনকোয়ারী লোইরে হায়দুনা য়ুম অদুদগী থোরক্লে। নুপাদু মকোক্তা মখুৎ হাপ্লদুনা করি নুংগী দরখাস্ত থারুবনোকে হায়দুনা শুমাঙদা ফম লৈহোই।

—

# তুগদৌরবা লাইখন তাবা য়ুমজাও

ঐখোয় মরি মণ্ডা চৎলি চুড়াচান্দপুররোমদগী সাইতোন ফাওদুনা কুম্বী তেরাখা পাং। ফম্না য়াম শাং চৎলে ঐখোয়। খরা চৎলগদি গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লৈরমদরে। কোইনা চৎলগদি গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লৈ। খোঙনা চৎলবদি শমদি শমই। গাড়ীনা খরা চৎ খোঙনা খরা চৎ তৌরবদি অশম্বা লম্বীদুদা চৎপা য়াগনি হায়না খুনজাশিং অদুনা তাকপীবকই।

খুনজাশিং অদুনা তাকপীবকপা মতুংইন ঐখোয় চৎলে। লম্বীদুদা চুমদ্রিংনা চৎলগদি কুম্বী তেরাখা তাবনিসু হায়বকই। মতেক খবদি লৌবুক্তা লৌবী শমদুনা চৎপা তারি। লম্বী অদু মতেক খবদি শলগাড়ীগী লীকলম তাবগুমসু তৌই। জীব অদুদি মী য়াওদনা লৌবীশিংদু লাম্থোক্লে। জীব চৎপা যাবা অফবা লম্বী ফংলবদি মফমদুদা ঙাইবম্মো হাযদুনা জীব অদু থাদোকখ্রে। গাড়ীদা তোংলকপা ঐখোয মখৈদি খোঙনা লৌবুক অদু শমদুনা চৎলে।



তুগদৌববা খুগাগী লবুক লমহাংদা লেপলিবা য়ুম

পাক চাউপ্রবা লৌবুক অদু তংখায় অময়োমদি চঙশিল্লে। মফম অদুদগী মতাই খরা ওইরপনা মখা পাংবদা ইনা কুপ্পা ৱাগী লাইখন তাবা য়ুমজাও অমা লৈ। য়ুমদোনপোকনি। য়ুমদুগী শুমাঙ লৌবুক অদু ফাওদুনা ঐখোয় চৎকদৌরিবনি। মরমদি মফম অদুদা শলগাড়ী লীক্রম তাবদগীনি। ঐদি য়ুমদু য়েং লেপ লৈহৌরে। য়ুমদো লাইখন তাবা য়াইমরপ চাউবা য়ুমজাওনি। মতম কুইনা মনা শিল্লক্তবা, অমদি য়ুম্বী মখোঙ শিল্লক্তবনা ইপয় পয়রে ইহো হোরে। য়ুম অদো তুখিদনবা মখা থংবদা য়ুম্বী অনীনা ঙাকলৌ ওইরি। য়ুম অদো হেক উবদা মিৎতগী পি তাখিবা ঐ খঙহৌদে। থায়না ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ পাঠশালা তমলিঙৈ মতমদা লৈরকপা য়ুম অদুগা চপ মান্নরম্বা অদুদা। পাজিনা শারম্বনি হায় ইমানা ঐখোয়গী য়ুম অদো। য়ুমদুদা ইমাগা ইচেহনগা ঐগা লৈরকই। য়ুমদুদা লৈরগা চাউরকপনি ঐ। নীংশিংলকই নোংমা অহীং অমগী ৱা। অহীংদো নোংনা ফুদিৎ ফুনা চুই। মপান্দা তাবা নোংগা ইমুংদা তারকপা নোংগা কনানা হেল্লমগদগে খঙদে। ইমাগা ঐগনা কোন্নদুনা ছাটিন শেগায়বা অমা লৈবদু তুপ্পী। ইচেহন্না য়াংকোক তু তুনা নোংগী ঈশিং অদু খল্লি। নুমিৎতুদা ইমানা ঐঙোন্দা হায়খি "নপাদো লৈরম্লবদি ইমা ইচা ঐখোয় সুক ৱারম্লোইদবনিদো। নঙ পাজি লৈখিদবদৈ য়ুমসিগী মনা শিন্দ্রবনি। অদুনা নোং য়ুরিবনিনে।" নীংশিংলকই ইমানা হায়রমবা ৱাহয়শিংদো।

য়ুমদুগী শুমাঙ মতোল ওইরপনা চরুদ পকপা ফৌ খিকথরি লা (ফৌরা) শেগায়বা অমদা নুপী মীয়ায় চম্লবী অমনা। নুপা অমনা চরুশিং হোল্লক্তুনা নুপী অদুগী মনাক্তা পৈররি। খিক্তোক্লবা ফৌ মরূ অদু খপলি নুপী অদুনা। নুপা অদু অপৌবা লৈবাক মচু মাল্লবা খুদৈ অমা শেৎলি। নুপী অদুসু মল্লবা ফনেক খোংদাই অমা শেৎলি। মশম মনা ইফা ফাই। মকোক্কী মশম অদো শূকহাৎ হাৎতবা মাল্লি। ফিনচিংবা অমতা ইন্দে শেৎলিবা ফনেক অদু নত্তনা।

অঙাং অনী লৌরীদা চৈতেক কোৎপী শান্নরি মফি অমতা য়াওদে। শোয়দনা মখোয় অনীগী মচা ওইরমনি। নীংথমথানি। ঐখোয়দি নীংথমই হায়দুনা পুলওভর, কোট, ওভরকোট লিংলি। শামতুগী খোঙমোজা, শউন খোঙউপ, কমফোটি, নীংথম্বা কোক্লবা শেৎ চারি। মহোয় মপা মচা মরিগীদি মহৌশাগী লাইনা শেম্বীরকপা মহোয় মহোয়গী উনশা অদুনা নীংথম্বা ঙাকথোক্লবা ফিজোল ওইরা তায়। চহী মঙাগী থৌরাংগী মখাদা লাঈরবগী পংখৈ মনুংদা লৈবা, লাঈরবগী লাঈনা কোক্লবা সরকারগী মতেং অদো মহোয়দা কৈদৌনুংদা য়ৌরোই। মরমদি মহোয়দি নোংমতা ভোৎ থাদগে হায়দুনা থোরক্তে। রাজনীতি ৱালাশিংগী মিৎয়েংদা উফম

থোক্তে। মখোয়গী ৱিজেৎ চাকশোং মতাদুনা করম্না মীমাঙ থোক্কুনা ভোং থাদগনি? মখোয়দি মীখলগী বা সুখণ্ডবু খণ্ডলম্লোই।

সরকারগী থৌশীল অমগী মথাদা অঙাংশিংদা শঙোম পীথকপগী থৌরম অমা চৎথরি। শঙোম পীথক্লিবা অদুদা অঙাং অনী অদুগী শরুক্তি য়াওদে। মমা মপানসু থিরুদে শঙোম পীথকপগী শিল্লি লাঙলিবা মীওইশিংনসু থিরদে। করম্না শঙোম থকপা ফংগনি? ঐখোয়না চাওখৎ থৌরমগী মমিং লৌদুনা পাঙথোক্লিবা থবকশিং অসিবু চুম্লিব্রা? ইতোমতা পুক্লীংদা হংজে। করিদি তৌনি? উপায় লৈতে।

য়ুম অদুই ইমুংদা য়েংশিল্লুই। উরকই ৱাগী কাংথক অমা। মথক্তা চরু মপুন অনী লৈ। মদুনা মহোয়গী খাঙনবা মোন ওইবা তায়। কাংথক অদুদা চরু খরসু চাইথোক্কুনা লৈ। মথক্তা বোরা শেগায়বা খরা। চাকখুমদনা পুল কংনানবী মপাল কায়বা অমা, এলুমিনিয়মগী তোসালা অনীসু লোন্নদুনা লৈ। তোসলা অনীদুগী অঙৌবা শরুক উবা ফংদ্রে। ইকোপ কোপ্নী মুসুক মুই। এলুমিনিয়মগী অকোপ্পা পুখম অনী তেঙোৎ অমা অনীগা। ব্রম্মানা ফংঙমদ্রবা মপোক হায়বদো মহোয়গুম্বগী পুপ্পী অসিবুরা? মহোয়গী পুপ্পী অসি ওইরিদ্রা?

মাঙ থানা চৎখৎখিবা কাঙবু অদুনা ঐ লাক্লে হায ঙাইবা ওইরম তাই মহোয় পরেং শানা লেপ ঐনা লাক্কদবা মায়কৈরোম ওন য়েংদুনা লৈ। ঐসু থুনা চৎলে মহোয়গী মনাক তান। মহোয়না হংঙি, "করিগীনো ইচেবেম্মনা অদুক কুইনা য়ুম শেগায়বা অদু য়েংদুনা লৈথোকপীরুরিবো?"

তপ্পা "য়ুম শেগায়বা অপয়বা অদুনা ঐবু খাল্লিবা। পাক হেক থাদোকপা য়াদদুনা তৌরিবনিনে।" খুম্মী ঐনা।

---

৪২

# ককচীংদা ৱাকচীং

নোংমা কুইদ্রি। তাং ২২/৯/২০০১ ইংদা খঙহৌদনা ইথা থাজদনা থৌবাল ব্লোক্তা থেংনখিবা গ্রাম লক্ষ্মী অমা ঐগী য়ুম থিদুনা লাক্লম্মী। থাজদনা মাবু উবদা ঐ ঙকখি। অহল ওইজবতনি মাগী শকফমদি কৈমতা হোংলমদে। হেক উবদা নীংশিংই মহাক হৈরোক ৱাংজীংগী মীনি হায়বা। মাগী ময়ুম হৈরোক লম্বীগী খাথংবদা লৈবা কোম্হোং অনীশুবদা লৈবনি। মহাকপুদি নীংদি নীংশিংলগা মমিংদি কাউথোকখ্রে। হংঙি মশাদা নঙগী নমিংবু করি কৌবগে ঐদি কাউখ্রেনে। নঙ গ্রাম লক্ষ্মী ওইরম্মী থবক য়াম ফবী মরু খীঙবী নুপীনি। নঙদি স্কুলগী ওঝা ওইরি হায়দুনা নচানুপীগী মমিংদা নঙনা গ্রাম লক্ষ্মী ওইবনি।

ঐগী ৱাদু তারগা মানা ‘ইচেবেম্মা ঐগী মিং ইনাকখুনবী। ইচেবেম্মা ইচেবেম্মনা লুনা তৌবিবা ইনাকখুনবীদুনিনে। ময়াম্না ইচেবেম্মদি ইনাকখিনবীনা হায়রগা লোইরে হায়নবদো। কয়াদি কুইরে অহল ওইরক্লদুনা কাউরিবনিনে।

থৌবাল ব্লোকী লমদা ঐ য়াওনা তৌখিবা, ঐনা পাঙথোক্লম্বা থবক ময়াম মথং মথং ওইনা মাগী পারবা চিনবান অদুনা মথং মথং থীথরকই হৱাই মঙ্গল মরূনা য়ুমগী জিঙঘ মথক্তা ওম্থরকপগুম। নীংশিংলকই থৌবাল ব্লোক্তা ঐনা তৌরম্বা থবক ময়ামদো। নহা ওইরিঙৈদা তৌখিবদো। কয়াদা নুংঙাইরমখ্রবা? মতম অদুদা ঐনা ঙসি ওইরিবা ফীভম অসি ওইরক্কনি হায়বা খল্লুদে। মঙফাওবা মঙলুদে। কয়াদা খেন্নখ্রবা? মসি পূন্নমক মতম্না পুরকখিবনি।

ৱাকচীংগী ঈংলবা নীংথমথাগী মতমদা ওরিয়েনটেশন ট্রেনীং অমা তৌখি। ককচীং হায়স্কুলগী শঙদা তৌখিবনি। মণিপুরদা লৈবা ব্লোক খুদিংমক্কী ওইবা। মুখ্য সেবিকা, গ্রাম সেবিকা শুনা য়াওবা ট্রেনীং কেম্পনি। লমহাংদা লৈবা স্কুলনিনা অইংবা নুংশিংনা উ উ হুম্লকপদা থোঙ অহোবদা ফক্লাং অহোবদা নুংশিং চঙলকই। ফৈজুপ কোন্নদদুনা নীংথম্বনা অয়াম্বা তূম্বা য়ানদে ফম ফমদুনা তাশিন্দুনা লৈনৈ।



*নিংথমথাদা ফি রাংপগী অৱাবা।*

মুখ্য সেবিকা অমনা হায়রকই— ওঝাদি অহলনিনা তুমহল্লসি। ওঝাগী ফৈজুপ্তা ঐখোয়গী ফি খরা হাপচিল্লসি হায়দুনা ফি খরা পুরক্তুনা ঐগী ফৈজুপ মথক্তা হাপচিল্লে। লুম্লদুনা ঐ তুমথখ্রমাল্লে। নোংঙাল্লমদাইদদি ঐ নীংথম্বনা থক থক নীক্লক্লে। হৌগৎলে ফম্মুংদা ফম লৈরে। য়েংবদা উরে ঐনা তুমথখিবা মতমদা ফৈজুপনা নম্বদুনা লুম্লম্বদো ইয়াং য়াংদুনা লৈরম্লে। ফি অমতা লৈরমদ্রে। ঐগী ফি ফাও য়াওনা লৈরমদ্রে। ঐনা কোয়েং য়েংবদু উরদুনা খরনা ফৈজুপ মনুংদৈ থীক থীক নোক্লকই। অদুগা হায়রকই— ওঝাদি তুমথখ্রে ঈংলম্লরোই হায়দুনা ওঝাগী ফৈজুপ মখৈ ঐখোয়না ঈংমন্দুনা লৌথোকপনি। ওঝাসু নীংথম্বরা হায়দুনা নোক্লকই।

---

# ৪৩

# তমেংলোংদা অহোঙয়ুম



(১) (২)

**তমেংলোংগী মফম অনীখক্তা অহোঙয়ুম উরকই। ১) অহানবগী অসিনা নুঙবারোমগী খুলদা উরকপা মওংনি। ২) অনীশুবগী অসিনা তমেংলোং খুঞ্জাওদা উরকপা য়ুমশাগী মওংনি।**

হায়রিবা মফম অনী অসিদা লৈরম্বা অহল লমনশিংদা হংজবদা মখাগী অসূম্না তাকপীরকই।

খুঙ্গংদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা খ্বাইদৈ ইনাক খুনবা মরল লৈবা মীতনা অহোঙয়ুম শাবা ঙম্মী। অহোঙয়ুম শাগে হায়রবদি জঙ্গলদা চৎতুনা খ্বাইদগী চাউবা উপাম্বী অমা খল্লগা মদু য়ানগদবনি। য়াল্লবা মতুংদা উজাও অদু খুনজা ময়াম চঙদুনা চিংদুনা থাংদুনা পুরক্কদবনি। মদুদা য়াওবা খুনজা ময়ামদু চাবা থাক্কদবনি শা হাৎতুনা য়ুনৈদুনা পীজগনি মপূক হরাওনবা।

উজাও অদু য়ুম শাফম ফাওবা পুরকপদা নুমিৎ মঙা তরানি চঙবসু য়াউই। হেন্না চঙবসু য়াউই। উ অদু হেক য়ৌরক্ত্রিফাওবা চিংলিবা খুনজা ময়ামদু য়ুম

শাগদৌরিবা নুপা অদুনা থাক্কদৌবনি। লাঙ্গৈরবা অনংবা মীনা অহোঙময়ুম শাবা ঙম্বে ৱা লৈতে। শাবা লোইরবা মতুংদা শঙ্গাবদা খুল অপুম্বা পীজ পীথক তৌদুনা খুল অদু হরাওই। অহলশিং অদুনা অসুম্না হায়বিরকই।

অহোঙয়ুমসি উরগা ঐখোয়না লায়না খঙবা ঙম্মী মদুদি থা অমনিদা য়ুম শাবা লোইবা ঙম্মোই। খুৎ য়াম চঙনা শাবনি। মতম কয়া চঙনা থা কয়া চুপ্পা শাংওইরমনি। চহী অনী অহমদগী হেন্না চঙলম্বসু য়াই।

# অইবীগী মরমদা



**খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা** ১৯২৬ ইং, নবেম্বর তাং১৮ ক্বাকেথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপা লৈখিদ্রবা খাইদেম কমল অমসুং অপোকপী লৈখিদ্রবী খাইদেম ওংবী শঙ্গাই।

মহৈগী থাক ঃ বি, এ; বি, এড;

থৌরকপা থবক ঃ মণিপুর সরকারগী স্কুলদা চহী ৯ ওঝা ওইরম্মী। ডেভেলপমেন্ট ডিপার্মেন্টতা ডাইরেক্তর ওইনা নুপী অঙাংগী থৌরম পুরম্মী। মণিপুরগী নুপী মরক্তে ইহান হানবা ক্লাস ৱান গেজেটেড অফিসারনি। হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ওইখিবসু মহাক্না অহানবনি।

ইং ১৯৮৬ তা থবক্তগী পোথাই।

পাঙথোকখিবা অমসুং পাঙথোক্লিবা

(১) ওসি ফাওবদা লাইরিক ৩৭ ইদুনা ফোঙখ্রে।

(২) ঈশৈগী ডিস্ক ৫ কেসেট ৩৫ ফোঙখ্রে।

(৩) মশানা ইজবা ডোকুমেন্টরি ফিল্ম "**থবা**" মচুগী ফিল্মনি। অদুগা ফিএচর ফিল্ম "**লাংলেন থাদোই**" পুথোকখি। মণিপুরদা মচুগী ফিএচর ফিল্ম পুথোকখিবা মহাক্না অহানবনি।

(৪) "**কেপি রেকোর্ডিং স্টুডিও**" মহাক্না লিংখৎপা মণিপুরদা মমিং লৈরবা স্টুডিওনি।

ফংখিবা মনা ঃ (১) ইং ১৯৫৯ দা অঙাংগী সাহিত্য চাংদম্নবদা মহাক্না ইবা "**নুজা ফিদম**" কৌবা লাইরিক অদুদা মণিপুর সরকারনা খ্বাইদৈ ফবশিংগী মরক্তা অমনি হায়দুনা মনা পীখি।

(২) অকাস বানী ইম্ফালগী রেডীও লীলা চাংদম্নবদা ইং ১৯৯০ অমদি ১৯৯১ চহী অনিমক্তা "এ" গ্রেড ফংদুনা মকোক ওইখি। লীলা অনী অদুদি "**মমাদো লৈশাবীদো অপ্পওবীদো**" হায়বা অদুগা "**কবোক ওইখ্রবী কবোক্রে**" হায়বা অদুগানি।

(৩) ইং ১৯৯৪ দা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা "**সাহিত্য ভুষন**" হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নবিখি।

(৪) ইং ১৯৯৫ দা মণিপুর ফিল্ম ডেভেলপমেন্ট কোরপোরেসন্না "**বেস্ট আর্ট ডিরেক্তর**" গী মনা পীখি। ফিল্মনা "**লাংলেন থাদোই**" দনি।

(৫) ইং ১৯৯৬ তা পাঙথোকখিবা "**সিলভর জুবিলি সেলিব্রেসন ওফ মণিপুরী সিনেমা**" হায়বা থৌরমদা "**মণিপুর ফিল্ম কোরপোরেসন**" না মোমেন্টো অমদি সার্টিফিকেটনচিংবা পীখি।

(৬) ইং ১৯৯৭ তা রোটারী ক্লব ইম্ফালনা "**সেনিয়ার সিটিজন**" মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নবিদুনা মোমেন্টো অমদি মনা পীবিখি।